# ꯌꯨꯝꯕꯨ ꯑꯣꯜꯂꯕ ꯃꯤꯊꯨꯡꯁꯤꯡ

# য়ুম্বু ওল্লবা মীথুংশিং

সনসম নবদ্বিপ




মণিপুর সাহিত্য পরিষদ
থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট মশা, ৱাংজিং

**Yumbu Ollaba Meethungshing**
*(a translation work of twelve collected stories)*
*by Sanasam Nabadwip*


মখুম ঃ বসন্তরাজ সনসম

অহানবা ফোঙবা চহী ঃ আগষ্ট, ২০১১

লাইরিক মশীং ঃ ৬০০

লাইরিক্কী হক ঃ পূন্নমক অইবগীনি

অফোঙবা ঃ মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট মশাগীদমক
সনসম সচিদানন্দ

মমল ঃ ₹ ১৪৫

লাইরিক ফংফম ঃ রাজেস বুক ষ্টোর (গভর্নর রোদ),
অইবা মশা অমসুং মণিপুরগী
মরুওইবা লাইরিক য়োনফমশিং

লাইরিক নম্ফম ঃ সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল।

# হন্দোকপগী পূক্নিং

অনুবাদ হায়বসি অরায়বা থবক নত্তে হায়বসি অচুম্বনি খল্লি। মসিবু মীওই খরনা হস্থনা খন্নরবসু থবক অসিমক্তি ইখন খন্থদনা লায়না লৌরিবা অদুক লায়বদি নত্তে। হন্দোক্লিবা মী অদু য়ামদ্রবদা লোল অনীগী মপুদি ওইবা তাবনি, কলচর অনীদি খঙবা তাবনি অদুগা অইবগী পূক্নিংসু খঙবা তাবনি। অৱায়বা ফুরিৎ ইশাগী মান্নবা চাননবা শেমদুনা লীৎকদৌরিবনি। চানদ্রবদি অৱায়বনি হায়দুনা অতাক অফোঙনগদৌরিবনি।

ঐনা খঞ্জবদদি ইশাগী খূৎই অমা পুথোকপদি লায় হায়না খল্লি। ফজবা ফজদবা হায়বদুনা অমনি। অদুবু মীগী খূৎই অমা হন্দোকপা হায়বসিদি অইবগী ৱাখলগা হন্দোক্লিবগী ৱাখলদা লাপথোক্লখ্রবদি কমদৌনি। অইবদু হন্দোক্লিবা মীদুনা খৌরিদা থৌরি থুদুনা চিংবগুম চিংথরুবসু য়ারিবনি। হৌজিক্তি হন্দোকপগী মমলসি খরা খঙবিরকপগুম উরে। নমশিন্দুনা থম্বা য়ারক্তবনি খল্লি। অফবা অইবশিংসু অসোমদা হুপচিন্নরকপা উরে।

অদুবু হন্দোকপগী থবক্তা অরুবা কয়া লৈরবসু ঐহাক্না ৱারী খরা হন্দোক্নুনা ফোঙবা অসিদা থোইদোক্না অকিবা পোক্লুবা লৈতে। মরমদি ঐহাক্না হন্দোকচরিবা অসিসু সমাজ অসিগী পোত্থোক অমা ওইগদৌরিবনি খল্লি মরমদি ঐহাক ইশাসি সমাজসিগী ইভোলুসন্দা য়াওজবা পোৎচাক অমনি। মায় পাক্লবসু সমাজসিগীনি। অপূনবগী থৌরাংনি। ঐবু তাকপী তম্বীরকপা ওজা-গুরুশিং, ইয়াম্বা ইতোনশিং, মরূপ-মপাংশিং পূম্নমক্কীনি মসিদি। ঐগী অকোয়বগী মমিনি তারিবসি। অদুগা লাপখ্রবা মফমদা পোকপা ঐনা ইংলিসকী ৱাহৈ খঙদবশিং য়েংফম ওইরিবা 'এডভান্স লার্নর ডিক্সনারি'গী লেংশিনবা ওইরিবা এঃএসঃ হোর্নবাই ফাওবা ঐনা হন্দোক্লিবসি দায়ত্ব য়াওরিবনি। পূম্নমক্কী পোত্থোক অমগী। হন্দোকপগী থবক্কী ইপিসেন্টর ঐঙোন্দা ওইরুবখক্কী ৱানি।

অফ-ফত্তা অকোয়বগী দায়ত্বনি। সমাজগী য়াওল পরিংদা থোকপা থৌদোক অমনি। 'সিদবু ঐনা কিরুফম করি লৈবগে?

হন্দোকচরিবা ৱারীশিং চোইখোম্মি। ঐঙোন্দা খরা হেন্না পানখিবা ৱারীশিং খোমজিন্দুনা হোৎনজবনি। হান্নৈনা অতোপ্পনা ফোঙদোক, হন্দোকখ্রবা ৱারীসু য়াওরম্বা য়াই।

ঙসিদগী চহী ১৫ গী মমাঙদা হন্দোকপা লাইরিকসি ফোঙনবা হোৎনখি অদুবু অকোয়বনা অয়াবা পীখিদে। শেল লৈখিদে, পার্মিসন ফংখিদে, শৌগৎপিনিংঙাই ৱাৎখি। কনানবু শিন্দম্বা ঐখোয়দা হন্দোকপগী অয়াবা পীনীংগনি। মসিনি হন্দোকপা কাঙবুনা থেংনরিবা সমস্যা। ঙল্লিঙৈনা ঐগী মরূপ-মপাং খরনা চে-চাং, শেলনচিংবা তেংবাং পীবিরকপা য়াওখি। অদুবু ঙনখৎনা ফোঙবদি ওইথোকখিদে।

চিনাদা পোষ্ট রিভোলুসনদা মীয়াম্না লৌখিবা রিভোলুসনগি স্পিরিট য়াওবা ৱারীশিং খরা ঐখোয় স্বায়গী তৌনরিবসিগা খেন্নবদু খন্নজনীংদুনা লৌখৎচবনি। অদুগা সাহিত্য একাদেমিনা ফোঙবা খোমজিনবা ৱারীশিংগী হন্দোকপা (ইংলিসতা) অমদগী ৱারী অমা-অনী অমা মণিপুরীদা অমুক হন্দোকচবনি। 'মরাল য়াজবা', 'ভাদারী' নচিংবা ৱারীশিং ফেমিনিজমগী ৱাখলোন্দা লৌখৎচবনি। লাইরিকসি চাংয়েংনি। তৌহৈদবা থবকশিং য়াওরম্লবদি পূম্নমক ঙাকপিগনি।

'মরাল য়াজবা' হায়বা ৱারী অসিদা মালায়ালম লোন খরা ইংলিসতা য়াওশিল্লম্বা থেংনবদগী মখোয়শিংদু য়ারিবমখৈ হন্দোক্লবা হোৎনজবনি অদুবু খরদি অদুমক উপায় লৈখিদ্রে। অরান-অহুই য়াওবদু নীংশিংবিরক্লবদি মথংগী খুৎনমদা শেমদোক্লবা হোৎনজগে।

লাইরিকসি ওইনবা হোৎনবদা মীওই কয়াগী থৌদাং চেন্নখ্রবনি। মরুওইনা সিরোই ওফসেট প্রিন্টর্সকী প্রোপ্রাইটর ডা শরৎচন্দ্র অমসুং ইচিল-ইনাওশিং, লাইরিক মখুম য়েকপিখিবা ইনাও বসন্তরাজ সনসম, তেনখ্রবা নুমিৎ কুন্নিগী মনুংদা লাইরিক অসি ওইনবা হোৎনবিখিবা পূম্নমক তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

*সনসম নবদ্বিপ*

লমদিং

# য়াওফম তাকপা

# ভাদারি

— *লক্ষ্মিনাঠ বেজবোরোৱা*

সিশুরাম লৌবূক্তগী হল্লকপদা ঙাইরি। মহাক্না লাঙ্গোল অদু শুমাঙদা মফম চানা থল্লে। হাথু-হাথু ঈরুজরগা খূদৈ হোংদোক্লুনা চাকখূমদা হোৎচীল্লক্লে। চাক্তি লোইদ্রি, অদুগা ইনশাংসু হৌজিক ফাওবা মৈদা থাঙ্গৎত্রি। ফীভমদু উবদা সিশুরাম শাউনীংলকই। থোংগদবা মনা-মশীংদু হৌজিক ফাওবা শেমদনা লৈরিবা অদুগা থাঙ ছুরীদুনা লা অমগী মথক্তা তাদুনা লৈবদু মহাক্না উরকই। ঊৎ তোৎলবা ঙক্রা খরসু, গঞ্জা থক্লবা, নিশা পাল্লবা মীগুম চাইদুনা লৈরি। নাকল অমদনা লৈরঙ মনাক্তা ভাদারিনা মৈখূ মরক্তুদা মীৎ উদবমখৈ মৈ কাল্লি।

চাক লোইরমদবসিদা সিশুরাম শাউবনা মচিং লাক্লম্মী। অয়ুক ঙন্তাদগী ৱাখল নুংঙাইতবসি হৌখ্রবনি। মরম কয়ানা শীং য়াঙদুনা মাগী অশাউবদু পন্দোন লোমখৎলক্লম্মী। মমাঙগী নুমিৎতুসু শম্পোৎ থোইবা য়াদে হায়নবা কৃষ্ণ একাদশী হায়বদু তাবনা থোইরুদ্রে। ঙসি অয়ুকসু ষন পাবোৎতুনা চক্রি তৌমন্দুনা লৌবুক্তসু অৱাবা কয়া নংলুরে। অসিগীসু মথক্তা ঙসি অয়ুক অঙনবদসু মাগী হেক য়ুমদাইনরিবা বাহুৱাগা মাগী লমদা হেঞ্জিল্লি হায়বগী ৱাহৌদগী চীন্দা-পাউদানদুনা খৎনরুরে। খৎনবদু অসুম কনখৎনরক্তুনা পোখায়বা য়ারম্লবনি। অদুবু বাহুৱানা থোক্লকপা য়াবা তমথীবদু হান্ননা উরদুনা লৈথোকখিবনি, কোঙ্গোলদু পোকখায়দ্রিঙৈদা। লিরবা হায়নবা অমা লৈ—কনাগুম্বা অমনা মপূং ফানা শাউরবা তাইনফম খঙদ্রবদি মাগী নুপীদা হেক হেক অশাউবদু হৈথবী। মমাঙগী হৌখিবা থৌদোক অমদসু সিশুরামবু বাহুৱাগী থৌওংনা শাউহল্লম্মী। অদুবু মাগী অশাউবদু ভাদারিগী মথক্তা হৈথবিরম্মী। ষন

শজিক মতম চানা হাপ্তে হায়না মরাল শীদুনা থীনা ফৃবিরম্মী।

ভাদারিনা মালেম লৈমগুম মপুরোইবগী মীওৎ-মীনৈশিংদুবু ব্রাকৎপা, তেংথা-নাওইবা তৌদনা খাঙলম্মী। তশেংনমক ভাদারিগী ব্রাখলদা থাজবা অমনা চেৎনা মহূম শাখ্রে। অসুম্না মরক মরক্তা ফূবিবা তমথীনা তৌবিবা অসি ঐখোয়দা লাম্বা অমসুং তূম্নীংবা ফাওবগুম, য়ূম্বাল্লবা পুন্সি অমগী ওইফম থোক্লবা অমগুম খল্লম্মী। মাগীদি মপুরোইববু নীংজবা হায়বসিদা পোখাফম ওইরম্মী।

অদুবু খুদিংমক্কী পনখৈ লৈরিবনি। ইমা পৃথিবী ফাওবা অব্রা মৈশা খাঙঙল্লক্তদুনা তনীক তনীক খাঙলিবনি। অদুনা উপায় লৈজদ্রবী ভাদারিনা খাঙঙমদ্রদুনা করিগুম্বা ওনখৎলক্লবদি মসিবু মহৌশা নত্তে হায়বিগদৌরিব্রা?

মৈখূ থাংলবা মৈদু কামখৎনবা হোৎনবদা ভাদারিদি শদৌ থোংলবনি। সিশুরাম্না লাপ্তক্লা মাবু খানা য়েংলদুনা খংলাউ লাউরকই!

"হে হূই... হৌজিক ফাওবা চাক লোইদ্রিসিবূ নমীৎতু 'সুক থেঙলবসি উদ্রবরা?" মাগী মায়থোঙদু শাউনীংবনা ঈ কাবমখৈ ঙাঙলে।

মৈখূ মরক্তগী লৈথোক্লগা ভাদারিনা শৌ-শৌ লাউনা খুম্লকই, "চাক থোংবসিবু ব্রাখলনা থোংগদ্রো? ইমুংসিদা শীং মচেৎ অমত্তসু লৈতে। শীং অচোৎপসি কাম্নবা হোৎনবদা মীৎ চোংথোক্কদৌরে। খজিক্তফাওবা খন্তদনা ঐদি ঙাঙলিবনি হায়না ঙাঙলিবদু চুম্লিব্রো?" মৈখূনা হাইহৎলবা মীৎতুসু ঈরা চেল্লে।

"হে হূই করিনো নঙনা ঙাঙলিদো" সিশুরাম্না শংদোক্লুনা লাউরকই অদুগা লেংজুম শূপকৎলদুনা ভাদারি তম্না হোৎচীনখিদুনা লৈমায়দা তারিবা হৈজ্রাংদুনা ভাদারিগী নঙ্গন্দা থিলম্মী। ভাদারিনা থম্মোয় কায়বমখৈ লাউবদূ তাবদগী ময়াম্বা কিনারাম্না চেনশীল্লক্লনা অনীরকশুনা থিনদ্রিঙৈদা ফাদুনা সিশুবাম্বু মপান্দা চিংথোকখ্রে। উপায় লৈত্রবী ভাদারি খঙহৌদনা চৈনা ফাওরক্লম্মী। ঈগী ঈচেল'মা চেম্থুরম্মী।

কোম্নথংদা ভাদারিবু হোস্পিতালদা পুখ্রে। হ্মনি চনবা নুমিৎতা হোস্পিতালদা ভাদারি তপ্পা তপ্পা ঙ্গান তারক্লে। মীৎ পাঙথোক্লগা কোয়রৈ লয়দুনা কনাগুম্বকাক মনাক্তা লৈব্রা য়েংলকই। মাবু শেন্নদুনা লৈরম্বা মীদুনা মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা মাবু য়েংলকই। ভাদারিনা খোঞ্জেল নেম্না খোয়রাঙনা হংলকই।

"মাবু কদায়দা লৈখ্রবগে?"

"কনাবুনো হায়রিবো?" শেন্নরিবা নুপাদুনা হায়রকই।

"ঐখোয় নুপাবুনি সাহেব" ভাদারিনা লৎকক্ তৌনা হায়রকই।

"ও! মীফত্তদুরা, আ লোক-অপ য়ৌখ্রে।"

"মাবু অসিদা মুক্তা কৌবিয়ুবা, সাহেব।" ভাদারিনা পূক্নীং নুংশিনা হায়রকই।

"মহাক্তি কমদৌনা 'সিদা লাক্কনি। মাদি হাজোংতা লৈরিবনি। মাগী খল্লুরনু মাবু 'সুম নীংশিংদুনা লৈরবদি নঙগী অনাবসি হেঞ্জিল্লকপা য়াই।"

মাবু শেন্নরল্লিবা নুপাদুগী ব্রাহ্মৈশিংদু তাবদা ভাদারি মীৎ উইশিল্লক্লম্মী। থুনমক অমুক জ্ঞান মাঙখ্রে। দাক্তরদা ব্রাফমসি খঙহনখ্রে। অদুদগী মাবু শেন্নরম্বা মীদুনা থোকখিবা ব্রাফমশিংদু তল্লম্মী। মাগী মনাক্তা সিশুরামবু পুরকপা নত্তনদি অনাবদু হেন্না শোকচিনবা য়াই খন্নরম্মী। মহাক্না সিশুরাম্বু ভাদারিগী মনাক্তা খূদক্তা পুরক্নুনা উনহল্লগা মাবু জ্ঞান লাকপ্রা য়েংনবা শীল্লম্মী।

মথং নুমিৎতা ভাদারিনা জ্ঞান অমুক লাকপদা সিশুরাম্না মনাক্তা ফমদুনা মাগী মকোক্কী ফারবা শন্নাংশিংবু খূৎশাশিংনা শমজেৎ হাৎপীদুনা লৈরম্বদু উরে।

মপুরোইববু হেক উবদা মহাক চনীং তাবগুম, মহাক্না নাক্তা লৈরবদি পূম্নমক শাফরগদবগুম ফাওরম্মী। মহাক তপ্না মোমোন নোকচরম্মী, অদুগা হংলকই, "নঙবু করম লৈরিবগে? চাক-ঈশিংদি চাং নাইনা চারিব্রা? চাক-ঈশিং থোংবা, লাঙববু হৈনরিব্রা? খল্লুরনু, ঐসু ঙসি নোং নীনিসিদা শোয়দনা ফরনি। ঐবু য়ূমদা হনবা য়ানবা 'মুক্তা শীনবিয়ু, নঙগী নতেঙ পাংবা য়াননবা।" সিশুরামগী মীৎ অনীদা পিগী ঈচেল চেম্থরক্নুনা খজাই তম্না চেম্থখ্রে।

দাক্তরদু মনাক্তা চঙলকপা উরবদা ভাদারিনা হায়জরকই, "ঐবু অমুক পোকপিরিবা ঈশ্বরগুম্বা ইবুংঙো! ঐগী ইপুরোইববু নত্তে তাইনগদবসে। মহাক্তি করিসু লান্দবনি। মাবু থাদোকপিয়ু, ঙাকপিয়ু, ঐনা নঙোন্দা হায়জরি— ইপুরোইববু অমুক্তা ঙাকপিয়ু। ঐদি থাঙ মথক্তা ইথন্তা তুশিন্দুনা শোকচবনি।" মাগী মীৎ অনীদা পিনা থূমহংলে।

দাক্তরদুসু, এতেন্দেন্সতুসু অদুগা সিশুরামসু ভাদারিগী ব্রাহ্মৈশিংসি তাবদা ঙকচান্নরম্মী। সিশুরাম মহাক্না লাল্লুবগী অব্রাবদু পুবা ঙল্লক্ত্রে। মাগী থম্মোয়গী

অৱাবদু ফৃদোক্লুনা খঙহৌদনা অঙাং মচাগুম মখোল থোক্লা কপ্লক্লে।

"সার, হায়রিবা অসি অচুম্বা নত্তে। মাগী নঙ্গন্দা থাঙনা থিন্দুনা শোকহনবদু ঐননি। ঐসে মদুগীদমক ফাঁসী তৌবা য়ারবনি, পাপ চেল্লবনি। মপুরোইববু নীংজবী নুপী অমবু থাঙনা থিনবা ঙম্বা নুপাদু ঐনি", মহাক্লা থম্মোয় শেংনা তেংথারকই।

চয়োল খরগী মনুংদা ভাদারিগী অনাবদু খরা খরা ফগৎলক্লুনা হোস্তিপতাল থাদোক্লল্লে। অদুবু মহাক্লা সিশুরাম্বু আইনগী চৈরাক্কী খুৎতগী কলহৌনবা হোৎনজরবসু আইন হায়বসিগী লীচৎতি তোপ-তোপ্পী অদুনা সিশুরাম্বু কৈশুমশঙদা থা অহুমদং অকনবা থবক শূবগী দন্দী পান্দুনা থাজীনখ্রে। সিশুরাম মাগী লঙশিল্লুবা পাপকী লমন কোকচরে খন্দুনা কৈশুমশঙদা হরাও-হরাও চঙখিরম্মী।

ভাদারিনা, মশামক্লা মপুরোই্ববু অৱাফমদা তাহল্লি খন্দুনা শিরাপ তৌজরম্মী। মশাবু শিন্থোঙ খঙদবীনি খঞ্জরম্মী। মহাক্লা মশাবু চৈজরিবসি য়ৌনা মালেমসিদা লৈবা কনানসু মাবু চৈবদি ওইথোক্লরোই। ❑

*— ইংলিসতা হন্দোকপা ঃ বিরিঞ্চি কুমার বরুৱা*

---

*লক্ষ্মিনাঠ বেজবোরোৱা (১৮৬৮-১৯৩৯), ১৮ শুবা শতাব্দীগী অইবশিংগী মনুংদা পূক্লিং চিংশন্নীংঙাই ওইবা অসামীজ সাহিত্যবু অনৌবা খোঙথাঙ অমদা পুখৎনবগীদমক খূদোল কয়া তৌরম্বা অইবনি। মহাক কবিনি। ৱারীমচা ইবনি। ৱারেং অমসুং দ্রামা কয়া ইবা অমসুনি। অকনবা ইথিল পীবা ঙম্বা সাহিত্যগী চেফোঙ 'বাহি' গী এদিতর ওইরম্মী। মহাক্কী তিম্বরগী কারবার তৌরিবা মফম কোলকাতাদা মহাক হিংলম্মী। মহাকসিবু অনৌবা অসামিজ সাহিত্যগী মপানি খন্নে। মাগী মশক নাইবা ৱারীশিং হায়ববদি 'সুরভী' (১৯০৯), 'সাধুকঠাঁ কুকি' (১৯০০) অমসুং 'জোন বিরি' (১৯৬৯) পনবা য়াই।*

# চিঠী

— *ধুমকেতু*

ৱাউথাংনরবা অতিয়াদা নোংঙাল্লমদাইগী থৱাম্মিচাকশিং মমি শামদ্রি। নুংঙাইরবা নীঙশিংবনা মনাক নকপা পুন্সি অমবু ময়েক শেংনা উহল্লকপগুম। চহীনা লূমথরবা অহল অমনা মাগী অচোনবা ফুরিৎতু অমুক অমুক চিংশিল্লদুনা চীক চীক লাউনা ইঙলবা নুংশিৎতগী মশাবু কন্নবা লাম্থেংনরদুনা সহরসিগী ময়ায় ফাওদুনা চৎলি। চাইথোক্লা তারিবা কনাগুম্বগী য়ূমশিংদগী চক্ তকপগী মখোল তারি অদুগা নুপীশিংনা শকপা অঙনবা অয়ুক্কী থবক্কী তাম্থা ঈশৈসু তারি। অসিগুম্বা খোঞ্জেলশিং অসিনা মহাক্কী নাইতোম তাবদুবু শাফহল্লি। হূইনা মরক মরক্তা খোংবা, অরাপ্পদা অঙনবদা থবক সূবা চৎপা মীওইশিংগী খোঙথাং মখোল, মতম কায়না খোংলকপা অঙনবা উচেক্কী খোঞ্জেলশিং খরা নত্তনা সহর অসি অচীকপগী মতম্বাক্তা তূমখুন হুল্লি হায়বা য়াই। সহরসিদা খুন্দারিবশিং পূম্বা নিদ্রাগী মতম্বাক্তা য়াতারি হায়বা য়াই। ইঙবসিনা থৌইনশিন ওইদুনা হেন্না পামজনা তূম্লিবা মওংনি।

অহল ওইরবা নীপাদু মশা তনিক্লবসু মাগী পান্দম্মা মাঙওইননা মখা তানা সহরগী গেৎতু লাম্থোক্লুনা চুম্না চৎখিবা লম্বী অদোমদা চৎলম্মী। করিননো মহাক হৌজিক খোঙথাংদু তপথরক্লুনা মাগী মহাক্লুম অহল ওইরবা চৈশুদুদা ঙাকলৌ পীরদুনা চৎলক্লে।

মাঙদা লৈরিবা বিল্ডিংগী উগী য়ুম্বীশিংদু উবদা লমকোয়বা যাত্রিকশিংনা মখোয়গী পম্থুং য়ৌবগুম মহাক হরাওজরম্মী। অদুগুম্বা উগী য়ুম্বীশিং অদুগী অমদা, মল্লবা বোর্দ অমদা "পোষ্ট ওফিস" হায়দুনা চাউনা থারি। অহলদু থুনমক

চঙখিদুনা বিল্ডিং অদুগী মাঙ্গোল কাখৎখ্রে। মী অনী অহুম মখোয়গী মথৌ তৌরিবদুগী মীনিলদু মপান্দগী নাশোন্ননা তাবা ফংই।

"পুলিস সুপরিন্টেন্দেন্ট" মনুংদগী থৌরবা খোঞ্জেল অমা লাকই। অহল অদু খোঞ্জেল অদু তাবদা খংপ্রেক খংলম্মী। অদুবু মশাবু মতোমতা ফাথজরম্মী। অদুগা মখা তানা ঙাইথরম্মী। মহাক্কী পামজবা অমসুং থাজবনা মশাবু শাগৎহন্দুনা চিক চিক লাউনা ইঙখ্রবদু ফাওরমদবা য়াই।

মিং অমগী মথংদা অমা, চিঠিদা ইরিবা লৈফম্নচিংবা অদু ক্লার্ক অদুনা পাথরি। অদুগা চিঠিশিংদু পুগদবগী ঙাইরিবা পিয়নশিং অদুদা মাগী মাগী লংথোকখ্রি। কুইনা শীজিন্নরকপগী খুৎলোইরবনা মিংশিংদু থুনা পাবা ঙম্লে— কমিশন্নর, সুপরিন্টেন্দেন্ট, দিৱান সহেব, লাইব্রেরিয়ান— অদুগা চিঠিশিংদু মাগী মাগী নাকলদা লংখ্রি।

অসিগুম্বা চত্থরিবসিগী মরক্তা মনুংদগী ফাগী তৌদুনা অহলদুবু লক্লদুনা কৌরক্লি, "কোচ্মেন অলি"।

অহলদু খঙপ্রেক খংনা হৌগৎলকই, নুংঙাইবা-হরাওবনা মমিৎ-মনা চপ য়ুংখৎতুনা মথক্লোমদা য়েংদুনা মাঙলোমদা চঙশিল্লকই, মাগী মখূৎনা থোঙবাদা পায়রদুনা হায়রকই।

"গোদুল ভাই!"

"হাঁ, কনানো?"

"হৌজিক কৌখিবদু" কোচ্মেন অলি হায়বা নত্রা? ঐ'সিদা লৈজরে। ঐ ঐগী চিঠিদু লৌবা লাকচরিবনি।"

"মসি অঙাওবনি, সার, মাগী চিঠি য়াওরিব্রা হায়না নুংতিগী ঐখোয়দা হংলগনি।" ক্লার্ক অদুনা পোষ্টমাষ্টরদুদা ওনশিন্দুনা অহলদুবু মশক তাক্লম্মী।

অহল ওইরবা নীপাদু ৱাফমসি তাবদা তপ্না নীংবা কায়না হন্দোক্তুনা মহাক্না চহী মঙা চুপ্না ফমফম ওইরক্লবা ফানশাংদুদা ফমথখ্রে।

অলি মতম অমদা হৈ শিংলবা শাদানবা অমা ওইরম্বনি। শাদানবদা মহাক্না হৈশিংলিমতিক, মসিবু পামজবসু হেনগৎলক্লম্মী। কাইনথংদদি নোংমতং শাদানবা চংহৌদ্রবদি লেনবা ঙমশিল্লক্তে। বিরিদা লাইচুরবা মীনা বিরি লৈতবা মতমদা মতেক অমত্তং ফংলবদি খনবদু ঙায়খ্রে। অতোপ্পা মীৎশিংনা উবা খরা

ব্রাগদবা লৈবাক মচুগী ব্রাউথাংলবা উরেম্বী হায়বা উচেক্তু অলিগী মীৎয়েংদগীদি নাম্থোকপা থক ঙম্লমদে। অসুম্না হায়নৈ অলিনবু উখ্রবদি অদুগুম্বা উচেক্তু মাগী খাউদা য়াওরবগুম্বনি। মাগী থৌরবা মীৎকী মমাঙদদি থেবশিংনা পাকথদুনা লোৎলিবদু অরেম্বনি। শিকার ওইবশিংগী শিংলবা মমীৎতগীফাওবা নমথাক তৌদুনা উবদা ব্রারবা লৈবাক মচুগী ব্রাউথাংনবা, নাপীশিংগী মরক্তা লোৎলিবা থেবদু অলিগী লংজাগী থৌরবা মীৎতগীদি নাম্থোকপা য়ারোই। পীকখ্রবা মনাদু খপ্লফাওবা উগনি অদুগা তাইনবা মীৎকুপ্তা শিদুনা তাগনি। অসিদসু নত্তনা ইতৎ তৎতনা মাগী ঙাফাবা মরুপ-মপাঙশিংগসু ঙা ফাবা মরক মরক্তা চৎকনি।

অদুবু মাগী পুন্সিগী নুমিদাংব্রাইরম ওইরক্লবদা মহাক্কী হান্নগী হৈনবী পূম্বা থাদোকখ্রে। অদুগা খঙহৌদনা অনৌবা পুন্সিগী মহিং অমদা লেনখ্রে। মাগী অমতা ঙাইজবী মচানুপী মেরিয়ম লুহোংখ্রবদা মাবু থাদোক্তুনা চৎখ্রে। মহাক্তু মাগী মপুরোইবা সিপোয় অদুগা লোয়ননা মাগী লৈফম রেজিমেন্ট অদুনা লৈরিবা পঞ্জাবতা চৎখ্রে। থংনবা চহী মঙা চুপ্পা মচানুপীদগী মব্রা মপাউ অমতা তারক্ত্রি। মসিনা মঙোন্দদি নাইতোম লৈবগী চৈথেং অমা পীররে। হৌজিক্তা মঙোন্দা মচাবু নুংশিবগী, কায়নবগী অব্রাবদু ময়েক শেংনা থুংলরে। হৌজিক্তি মঙোন্দা শান্না খোৎনরম্বা, শাদানবা অমসুং মচা কায়নরবা উরেম্বী মচাশিং ঙাওদুনা পায়বদু উরগা নুংঙাইবা ফাওবা ঙম্লক্ত্রে।

মাগী শীংলি-নাওরিদা শাদানবা, শা হাৎপগী ঈচেলনা লৈরবসু মাগী মচানুপীগা কায়নখিবদগী নাইতোম তাহল্লবা পুন্সিগী মওংসিনা হৌজিক্তি মাগী শান্না খোৎনবগী হৈনিং শিংনিংবা, অশংবা লৌবুক লমহাঙশিংদা কোয়নীংবগী অপাম্বদু মমি শামখ্রে। মসিনা মাগী ব্রাখলদা অসুক্কী মতিক মমি তাহনখ্রে। অদুনা সংসার হায়বসিদি নুংশিবা হায়বসিদা য়ুম্ফম ওইদুনা শেমগৎপা অদুগা খায়নবা-কায়নবা হায়বসিদগীসু নাম্থোক্তুনা চেনবা য়াদবা অমনি হায়না লেপ্লে। অসুম্না খল্লুবদা মহাক্না উখা অমদা ফমদুনা মতোমতা পেন্না কপচরম্মী। হায়রিবা নুমিৎসিদগী মহাক অয়ুক ঙন্না পূং মরিদা হৌগৎলম্মী, পোষ্ট ওফিসতা চৎননবা। অদুবু ঙসি ফাওবদা চিঠি অমত্তা মাগী মফমদা থুংলখিদ্রি। অদুবু ঙসি তান চানদুনা চিঠি অমত্তং ফংবা য়াই হায়বগী আশাদা লাক্লি। থাজবদা য়ুম্ফম ওইদুনা মহাক চোকথবা নাইদনা ঙাইরক্লি। অদুগা খ্বাইদগী ঙন্না পোষ্ট ওফিসতা থুংলবা

মীসু ওইবল্লি।

পোষ্ট ওফিস হায়বা মালেমগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না তুফক-তুফাই চনবা মফমশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা মফমসি মঙোন্দদি লাইফম অমগুম খল্লি। মতম পূম্বদা মহাক বিল্ডিং অসিগী মাঙ্গোলগী কাচিলদা লৈরিবা অকক্লবা ফম্ফমসিদা নুংতিগী ফম্লনি। মাগী অসিগুম্বা হৈনবীসি মমৈদা অতৈ মীওইশিংনা অসুম খঙলকপদগী মাবু অঙাওবগুম নোক্লরকখিবনি। পোষ্টমেন অদুনসু মাবু তত্তনা শান্নরম্মী। মহাক্কী চিঠি সুকয়াও য়াওদ্রবসু মাগী মমিংদু লক্লদুনা কৌগনি, মদুদা মহাক খঙহৌদনা হৌগৎতুনা থোঙলোমদা হোৎচিল্লকপদু য়েংদুনা নুংঙাইগনি অদুবু মাদি মপাল নাইদবা থাজবা অমসুং লোইনাইদবা অখাঙ কনবগা লোয়ননা নুংতিগী লাক্কনি অদুগা মখূৎ হাঙনা হনখিনি।

অলিনা ফমদুনা মাগী চিঠি ঙাইরিঙৈ অতোপ্পা মফম কয়াদগী মীওই কয়া মখোয় মখোয়গী ফার্মশিংগী চিঠিশিং লৌবা লাক্কনি অদুগা মখোয় মখোয়গী মাষ্টরশিংগী মরমদা, থৌদোক কয়ামরুমগী ব্বারী শাগনি। মশা ওইরিবা, অনানবা অরুবা কোকয়েৎশিং য়েৎপা, য়োৎপী থিনগৎলক্লুনা নাবা ফাওরবা খোঙউপশিং তোংবা মশা খীংবা পিওনশিংদু মশা মশাগী অনীংবা ফোঙদোকহৌনবা খোয়রাংনৈ। পোষ্ট ওফিসকী থোঙদু হাংদোক্লুনা মনুংদা য়েংলুরবদি পোষ্ট মাষ্টরদু মাইরেল ফমপ্রেক্কী মতৌগুম লেঙদনা খিন্দুনা ফল্লিবদু উগনি। মহাক্কী ফীভমদু অহিংবা অমগী মতৌ য়াওদনা খিন্দুনা লৈরি। অসিগুম্বা শাদাসি খুঙ্গংগী পোষ্টমাষ্টরগুম্বা ওফিসকী ক্লার্ককুম্বা নত্রগা পোষ্টমাষ্টরগুম্বা ওইগদবা শাদামক্লি।

নোংমসু মহাক মহৌশাগুম মফমদুদা লাক্লম্মী অদুগা ওফিসকী থোঙদু হাংদোক্লবা ফাওবা মহাক মহাক্লা হেক হেক ফম্বা মফমদুদা লেঙদনা ফমদুনা লৈরম্মী।

"পুলিস কমিস্নার।" ক্লার্কতুনা কৌরকই। চিঠিশিংদু নহা ওইরিবা নহা অমনা চঙলক্লুনা লৌরম্মী।

"সুপরিন্টেন্দেন্ট!" অতোপ্পা পিওন অমমুক চঙলক্লম্মী, অদুদগীদি ক্লার্ক অদুনা বিষ্ণুনুগী লাইশোনগুম মহৌশাগুম মিং পরেংশিংদু পাবা চথরম্মী।

মমৈথংদা মখোয় পূম্বা মথং মথং চৎনখ্রে। অলিসু তপ্না হৌগৎলক্লে, অদুগা পোষ্ট ওফিস অদুবু করিগুম্বা মমল য়াম্লবা পোৎ অমা চহী চা কয়া লাৎতুনা

থল্লক্লিবগুম সলাম তৌরল্লগা নুংশিনিঙাই ফিভম অমা পুরগা চৎখ্রে।

"মসিগী নিপাসি, পোষ্টমাষ্টর হংলকই, "অসিবু অঙাওবরা?"

"কনাবুনো সার? আ-হোয়।" ক্লার্কতুনা খুল্লকই। "নোংজু নুংশাগী ফীভম ওইনীংবা ওইসনু মহাক মফমসিদা চহী মঙারোমসি নুংতিগী লেপ্তুনা লাক্কনি, অদুবু ঙসি ফাওবা মাগীনি হায়বা চিঠি অমত্তসু লাক্ত্রি।"

"মহাক নুংতিগী লাকই হায়বদুবুদি ঐসু অসিদা লাকঙৈদগী খঙলে, অদুবু কনানা মঙোন্দা নুংতিগী চিঠি ইবিরক্লবা মতম লৈগদগেনে?"

"খঙদে সার, অদুবু মাসি থম্মোয় শোক্লবদি মাল্লি। মাগী ঙল্লিঙৈ পুন্সিদা পাপ কয়া লংশিল্লুবা মাল্লি। করিগুম্বা লাইফম তিনফমদা ঈ-নাই তাহল্লুবগী প্রাইচিৎ হৌজিক ফংলিবা ওইবসু য়াই।" ক্লার্ক অদুনা মশামক্কী ৱাফমদু শৌগৎতুনা হায়রম্মী।

"অঙাওবা হায়বা জাৎ 'সিসু অঙকপনিকো" পোষ্টমাষ্টরদুনা হায়রকই।

"হোয় সার, অমুখক ঐনা অহমেদবাদতা করিমতা হেক অদুনা লৈঙোয় পৈখত্তুনা শান্নবা অঙাওবা অমা থেংনখি। অদুগা অতোপ্পা অমনা তুরেলদা নুংত্তিগী চত্তুনা নূং অমদা ঈশিং খরা খরা হৈরুবা অঙাওবা অমসু।"

"এ! অদুর্দি করিসু নত্তেদা", অতোপ্পা অমনা মরক থৎনা অঙাওবগী ৱাফমদু য়ানিংবা উৎতুনা হায়রকই, "ঐনসু অঙাওবা অমখক থেংনখি। হঙ্গৎ হন্দা অসুম নুমিৎ চুপ্পা চত্তুনা লৈবা। অদুগা অতোপ্পা অমসু শৈরেং থীবা সুক্লেপ লেপ্তবা, অদুগা অতোপ্পা অমনা মথন্তা মখাজাইদা খুবাক্লা থাজবা অদুগা মীনা ফুবিরম্লে হায়দুনা পঙকপ্তা কপ্পা।"

অদুদগী পোষ্ট ওফিসতুদা লৈবা মীওই খুদিং থাশী-থানৌ হৌবগী মরমদা অমুক ৱারী শান্নবা হৌরক্লে। থবক সৃ-নোমদুনা হিংবা থাক্কী মীওইশিং পূম্বা করিগুম্বদা মখোয় মশেন পূন্সিন্দুনা ৱারী ৱাতাই ঙাইহাক শাদুনা পোত্থাবগী হৈনবী লৈনৈ। ঙৈহাক ঙাঙনরিবদু তারম্লবা পোষ্টমাষ্টরদু হৌগৎলক্লম্মী অদুগা হায়রকই।

"অঙাওবশিং অসিসু মখোয়গী ওইবা সংসার অমা লৈবা মাল্লি। মখোয়নদি ঐখোয়বুসু অঙাওবা ওইনা খল্লম্বসু কনানা খঙবা? ঐনা খনবদদি অঙাওবা মীগী সংসারসিসু কবিশিংগী সংসারগুম্বনি।"

ব্রাহৈশিংসি হায়বদা মহাক্না শৈরেংকাসু হেক হেক ইবা ক্লার্ক অমা য়াওরিবা অদোমদা ওনশিন্দুনা নোকফেৎ তৌরম্মী। অদুদগী মহাক থোকখ্রে ওফিসতু অমুক তুমিন্না লৈনখ্রে।

নুমিৎ কয়ানিমরুমদি অলিদু পোষ্ট ওফিসতা খোঙদারকখিদ্রে। করি কমদৌবদগী মহাক লাকখিদ্রিবনো হায়না মিনুংশি উৎকদবা নুংনাংবিগদবা কনাসু লৈতে। অদুবু পূন্নমক্না মহাকপু করিনা লাকখিদ্রিবনো হায়বগী খঙনীংবদি মখোয় লোইনমক লৈরম্মী।

কুইনগী তুংদা মহাক অমুক লাক্লে। অদুবু শ্বর হোনবা য়াম্না ব্লারবগুম উরে অদুগা মায়থোঙদু উবদা কুইনা হিংলরোইদবগুম মমি তারে। নুমিৎসিদদি মহাক্কী ঙাইঙমদবগুম ইচঙ থৌবদু উবা ফংখিদ্রে।

"মাষ্টর সাহেব!", মহাক্না করিগুম্বা অমা নীংবগুম হাজরকই, "ঐগী মেরিয়ম্না থারকপা চিঠিকা লৈ লাকপ্রা?"

পোষ্টমাষ্টরদু খুঙ্গং অমদা চৎকনি হায়দুনা হাথু হাথু তৌরিবসিনি।

"কয়াদা য়েৎখ্রবনো তাদা নঙসে!" পোষ্টমাষ্টবদুনা লাউবোই করিবোই হায়রকই।

"ঐগী ইমিং অলি হায়বনি" অলিনা তরঙনা খুম্লকই।

"হোয়নে ঐ খঙইনে। অদুবু নঙগী মেরিয়মগী মিং ঐখোযদা ইদুনা থম্বসু নত্তে?"

"অদু ওইরগা অমুক্তা ইশিনবিয়ু ইনাও ইবুংঙো করিগুম্বা ঐনা অসিদা লাক্লকান্দা মদুনা কান্নরকপসু য়াই।"

মাগী মেরিয়মবু মহাক্কী মমিৎতদা লুনা উজবনি, কনাগুম্বশিংগী মফমদদি করিসু ওইবা নত্তে, করিসু মরী লৈনবা নত্তে হায়বদু পুন্সিগী অহুম থোকপগী অনী শাদানবগী পুন্সিদা হৌখ্রবা খুঙ্গংগী চম্লবা মহাক্না করম্না খঙগনি।

পোষ্টমাষ্টরদু অশাউবা ফাথবা ঙম্লক্তবে, "নঙবু জ্ঞান অমতা য়াওদ্রবরা?" মানা লাউরকই, "চৎখ্রো চৎলো। নঙগী চিঠিদু লাক্লগা ঐখোয়না চাথোকখিদৌ মানব্রা?"

অসুম্না শাউজিল্লম্লগা মহাক থুনা য়াঙনা চৎখ্রে। অলিদু পোষ্ট ওফিসতু য়েংনা য়েংনা তপ্না তপ্না খোঙ থাংদোক্লুনা নীংবা কায়না থোক্লক্লে। মমিৎ

অনীদা উপায় লৈতবগী নীংবা কায়বগী পিনা কাইহৌররে। মাগী খাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গলদু মমি শাম্লক্লে। অদুবু হৌজিকসু চিঠি লাকখিনি হায়না থাজরি। খঙদে, কমদৌনা মেরিয়মদগী চিঠি আশা তৌরিবনো।

অলিনা মাগী তুংদা ক্লার্ক অমা লাকপগী শহুম ফংলম্মী। মদুদগী ক্লার্কতুদা লৈশিল্লম্মী।

"ইনাও ইবুংঙো।" মহাক্না কৌরম্মী।

ক্লার্কতু ইঙক ঙক্লম্মী। অদুবু কুইনা উরক্লবা মী ওইরম্বদুদা হংলকই,

"কৈদৌরবা?"

"সি য়েংউ।" অসি হায়দুনা অলিনা টিনগী উপু মচা অমা পুথোক্লম্মী। অদুগা সনা মচুগী শেঞ্জোই খরা ইঙক ঙক্লা য়েংলিবা ক্লার্কতুগী মখূৎতা উপুদুদগী হৈথরক্লম্মী।

"ইঙক ঙক্কনু সে" মানা মখা চথরকই, "মসি নঙোন্দদি কান্নরকপা য়াই অদুবু ঐঙোন্দদি করিসু কান্নররোই। অদুগা নহাক ঐগীদমক থবক অমত্তং তৌবিগেরা।"

"করিনো?"

"মথক্তগীসি উবরা য়েংউ?" অলিনা অতিয়াদা খুদোম্বীনা থিল্লদুনা হংলকই।

"স্বর্গনি"

"মসিদা অলা লৈবনি। মহাক্না শাক্কি ওইরগা ঐনা মসি নঙোন্দা পীরিবনি। অদুগা নঙনা ঐগীদমক তৌবিগদবসি, ঐগী ইচাগী চিঠি লাকপগা ঐগীদা থিনবিরক্কদবনি।"

"অদুবু মফমদু কদায়দনো— কদায়দনো ঐনা মসি থিল্লক্কদৌরিবসি?" ইঙাও ঙাওরবা ক্লার্কতুনা হায়রকই।

"ঐগী মঙফমদা।"

"করিঅবা?"

অশেঙবনি ঙসি 'সি ঐগী অরোইবা নুমিৎ ওইরবা য়াই, ঐগী অরোইবা নুমিৎসিদা ঐগী ইচানুপী মেরিয়ম্বু অমুক্তং উবা ফংদব 'সিনি ঐগী অৱাবা। মঙোন্দগী চিঠি অমতসু ফংবা লৈত্রে।"

অলিগী মমিৎতা পিগী ইরা ইহৌরকপদুগা ঈরোইননা ক্লার্ক অদুসু মহাকপু থাদোক্কুনা তপ্না তপ্না চৎখ্রে। চৎনা চৎনা শেঞ্জোয়শিংদু মাগী ফুরিৎখাউদা হাপচিনখ্রে।

নুমিৎসিদগী অলিবু অমুক হন্না উখিদ্রে অদুগা কনানসু মাবু থিরুবগী খুদোংথিবদু লৌরুদ্রে।

অদুম ওইনমক নোংমা অলিগী চৈথেংদুমক পোষ্টমাষ্টর অদুদা থুংলরে। মাগী মচানুপী অতোপ্পা সহর অমদা নাদুনা লৈরে হায়রকপা অদুগা মদুগী মখা করি থোক্লিগবা হায়বা পাউদু মহাক্না খৌরাংনা ঙাইরি।

হৌজিক চিঠি ময়াম য়াওবা খাউদু পুশিল্লক্লে অদুগা চিঠি ময়ামদু টেবল অদুদা পৈররে। মাগী মীৎয়েংদু মশক মচুদা তোপতোপ্পা করিগুম্বা অমা ওইবা য়াই হায়না থম্মোয়দা ফাওবা চিঠি অমদা চিংশিনখ্রে। চিঠিদু মানা লৌখৎলম্মী। চিঠিদু কোচ্‌মেন অলি হায়না ঠিকানা পীরম্মী। চিঠিদু পায়রুরগা মৈনা চিংবগুম খংথা থাথরম্মী। ওফিসকী থবক কুইনা তৌরকপগী কনশিল্লবা থম্মোয়দুনা মাবু থাদোক্কুনা অৱাবা খোয়রাংবা পুন্সি অমদা নমশিনবিরম্বগুম, অদুগা মীনুংশিনা থল্লবা মীওইবগী থম্মোয় অমা পীশিল্লম্বগুম ফাওরকই। অহল অদুনা কুইনা চিঠিদুনি হায়বা খঙলে, মসি মাগী মচানুপী মেরিয়মদগী ওইবা তাই।

"লক্ষ্মীদাস", পোষ্টমাষ্টরদুনা কৌরকই। মহাকসিনি অলিনা মাগী পৈশাদু শিন্নরম্বা নীপাদু।

"করি তাকপিগদবা সার?"

"সে নঙগী পোচ্‌মেন অলি হায়বা অহলদুগীনি। মাবু হৌজিক কদায়দা লৈখ্রবনো?"

"ঐ থিজরগে সার।"

পোষ্টমাষ্টরদুগী মহাক মশানা ঙাইরিবা চিঠিদুদি লাক্তরে মহাক অহিং চূপ্পদু খোইরাংলম্মী। অদুনা পূং অহুমদা হৌগৎতুনা ওফিসতা চত্তুনা ফম্লম্মী। মহাক্না খল্লকই, "হোরেন অলিনা পূং মরি তাবদা লাকপদা মাগী চিঠিদু ইশামক্না পীরগে?"

হৌজিক্তি পোষ্টমাষ্টরদু অলিগী থম্মোয়দা ফাওখিবদু খঙলকপগুম তৌরে। মাগী থম্মোয়দমক ফাওররে। ঙাইঙমদ্রবা অহিং অমা হৌখ্রবা মতুংদা, মচাগী

চিঠিবু খৌরাংনা ঙাইবদা ৱারবা অসিদদি, চহী মঙা চুপ্পা অহিং কয়া ঙাইনা ঙাইনা হৌখ্রবা, উপায় লৈখিদ্রবা অহল অদুগী নুংশিবগী মিনুংশিনা মাগী থম্মোয় পাথোকপমখৈ হৈজিল্লরে।

মঙাগী পূংজা য়ৈবা মতমদা থোঙদা নাশোন্ননা থীনখিবগুম্বা অমা তারম্মী। অলি শোয়দনা ওইরমগনি হায়না থম্মোয়দা ফাওরম্মী। মহাক মাগী চৌক্রিদগী থুনা হৌগৎলকই। মাগী শোক্লবা মপা অমগী থম্মোয়দুনা অতোপ্পগী অৱাবদু ফাওরক্লে। অদুগা থোঙদু লাউনা হাংদোক্লুরে।

"চঙশিনবিরকউ ইয়াম্বা অলি।" মহাক্না চিঠিদু মোং হাদ্রবা চহীনা লুমথদুনা কোম্থরবা, মপান্দা লেপ্লিবা অহল অদুদা পীরদুনা হায়রম্মী। অরোয়বা ক্লার্কতুনা ৱারী শাখিবা মতমদুদদি অহলদুগী মায়থোঙদু মীৎকী পিনা চোৎলদুনা মখুত্তা চৈশু অমা পায়রদুনা উখিবনি। মতমদুগী ফীভমদু কল্লিবগুম উখি। অদুবু ফীভমদু ঙসিদি খৌজাল অমদি মীনুংশিনা থোৎহনবগুম উরে। মমিৎশিংদু তরংদা য়েংলদুনা মীৎসনাশিংদু মালেমসিদা অমুক্তা উদ্রিবা মওংগুম লংখৎনা উরি। মদুনা পোষ্টমাষ্টরদু ঙকপগুম কি-তুজুংবগুম তৌরম্মী।

পোষ্টমাষ্টরদুনা মতোমতা হায়খিবা ৱাফমদু লক্ষ্মীদাসনা ক্যাটর অমরোমদগী ওফিসলোম তম্না লাকপদা নাশোন্ননা তাহৌরম্মী।

"কনাবুনো সার? 'অলি হায়বা অহলদুরো?" মানা হংলকই। অদুবু পোষ্টমাষ্টরদুদি মহাক্না হায়রিবদু তারমদে। মাদি অলিনা মাগী মীৎমাঙদগী তপ্পা তপ্পা মাঙখিবগুম তৌরি থোঙ অদোমদা তরং চত্তুনা য়েংলি। কদায় তান্ননো মহাক্না চৎলমদৌরিবা? মমৈথংদা মহাক লক্ষ্মীদাসরোমদা ওনশিল্লক্লে। "হোয়! অলিদনি ঐনা হায়রিবসি" মহাক্না হায়রকই।

"অলি হায়বা অহলদুদি শিখ্রে সার। মাগী চিঠিদু ঐঙোন্দা পীবিরো।"

"করি হায়বা! কয়াম কুইখ্রবা? লক্ষ্মীদাস নঙনা হায়রিবদু শোয়দ্রবরা?"

"অহোয় সার, অচুম্বনি" ক্লার্ক অদুনা হায়রকই, "অহলদু থা অহুমগী মমাঙদা লৈখিদ্রবনি।"

পোষ্টমাষ্টরদু কঙাওনরম্মী। মেরিয়মগী চিঠিদু থোঙজিন মপান্দা তারি। অলিগী শক্তমদু হৌজিকসু মাগী মীৎমাঙদা উবগুম তৌরি। অলিনা অরোইবা ওইনা লক্ষ্মীগা শান্নখিবা ৱারীশিংদু নাকোংদা তাবগুম তৌরে। অদুগা হৌজিক্তা

থোঙদা থীল্লকপগুম তৌখিবা মাগী মমীৎতা পিনা থুমহৎনা ৱাখলদা উখিবা অলিদু অশেঙবগুম খল্লি পোষ্টমাষ্টরদুনা। মহাক তশেংনা চমম্নরে। নৎত্রগা লক্ষ্মীদাসপু অলি ওইনা উরুরে।

নুংতিগী চখবা থবকশিংদু হৌরে। ক্লার্ক অদুনা মিং লৈফম্নচিংবশিং হৌনা পাবা হৌখ্রে— পুলিস কমিস্নার, সুপরিন্টেন্ডেন্ট, লাইব্রেরিয়ান— অদুগা চিঠিশিংদু মাগী মাগী নাকন্দা হৈশিংনা লংখ্রি।

অদুবু পোষ্টমাষ্টর অদুদি মখোয়না তৌরিবা থৱায় চঙনা য়েংলি। চিঠি অমমদং লংবা খুদিং থম্মোয়দা তিঙ-তিঙ পানবগুম তৌরি। হৌজিক মহাক্না চিঠিশিংদুবু ইনভেলব্ ইনলেন লেটর, পোষ্ট কার্দ হায়না উদরে, মদুবু মীওইবগী ওইবা নুংগী মিৎয়েংদা চিঠিগী মমল লেপ্লে।

হায়রিবসিগী নুংথিলদা নহাক্না লক্ষ্মীদাসকা পোষ্ট মাষ্টরদুগা অলিগী মংফম তম্না তপ্না চৎলিবদু উরমগনি। মখোয়না চিঠিদু মংফম মথক্তুদা থল্লন্মী অদুগা লৈথোক্লক্লে।

"লক্ষ্মীদাস, তশেংনা ঙসি অয়ুকসি নঙনা মফমসিদা ইহান হান্না থুংলব্রা?"

"হোয় সার, ঐনা ইহান হাল্লে।"

"অদু ওইরবদি কমদৌনা... নত্তে নত্তে। ঐসি খঙদেদা।

"করি তৌরবগে সার?"

"ও! করিসু নত্তেদা, খল্লুরনু" পোষ্টমাষ্টরনা তেনশিনখিরম্মী। ওফিস য়ৌরবদা লক্ষ্মীগা কায়নরে অদুগা ওফিসরোমদা চঙখ্রে। মপা ওইবগী থম্মোয় ঈহৌ অমা হৌরক্লিবদুনা মঙোন্দা চঙলক্তুনা অলিনা মতমদুদা খোয়রাংখিবা, নুংনাংখিবদু মশক খঙলুঙৈদগী ওৎলরে। হৌজিক্তি অহিং অমগসু খৌরাং খৌরাংনা, লৈতাদনা লেনবা তারি। চিংনবা, নুংনাংবগা ওৎলবা মহাক্তু মৈনিল থোক্লা চাক্লিবা মৈফুগী মনাক্তা কালেনদা লৈবগুম মখা তানা ঙাইথনবা ফমথখ্রে। ❑

*— ইংলিসতা হন্দোকপা ঃ অইবা মশামক*

---

*ধূমকেতু (১৮৯২-১৯৬৫), মহাক্কী অশেঙবা মমিংদি গৌরিসঙ্কর গোবৰ্দ্ধনরাম জোশী কৌই। মাগী খ্বায়দগী ফবা ৱারী মচা ইবনি হায়না খন্নে। মহাক্না ৱারীমচাগী খোমজিনবা*

*লাইরিক ২৪ গী মথক্তা ফোঙলম্মী। এসে অমসুং নৈন্য ৱারেংতা নত্তনা ইতিহাসিক উপন্যাস মঙাসু ইরম্মী। মাগী শীঙথাবা য়াবা লাইরিকশিংদি "তখা" (ভোলুম মরি) জীবনরঙ্গ (পুন্সি ৱারী) অমসুং "চাউল দেবী" (উপন্যাস) নি।*

# ঈচাও মনুংদা

— *সিবসঙ্কর পিল্লাই*

লাইশঙ অদুনা খুঙ্গংদুগী খ্বাইদগী তোঙবা মফম্নি। অদুবু মদুদা লৈরিবা ঈশ্বরগী মুর্তিদুগী ঙকশম য়ৌনা ঈশিংনা থুমজিনখ্রে। ঈশিং। মফম পূম্বা ঈশিংঃ খুঙ্গং অপূম্বা লমগং থিনবদা য়ূম থাদোক্লখ্রে। কনাগুম্বা মশাগী হি লৈজবা কাঙবু অমা অনীদং মখোয় মখোয়গী য়ূম-কৈশিং ঙাক শেন্নবা লৈহৌবা য়াওরি। লাইশঙদুগী মথক্কী কা অহুমদুদা অঙাং হুম্ফুতরাতরেৎ পূন্সিন্দুনা থম্লি। অদুগা মফমদুদা মীওই য়াম্খ্রেতরুক অদুগা লোয়ননা হুই, হৌদোং, হামেং, য়েন্নচিংবা পূন্না লৈমিন্নরম্মী। কনাসু খৎনবা চীক্লবা তৌদনা লৈমিন্নরম্মী।

অহিং অনী, নুংথিল অমা ছেনা পারায়ানা ঈচাও মরক অদুদা পাঙ্গল ফৃদোক্লুনা লৈথরম্মী। মহাক্কীদি হি-নুং লৈবা নত্তে। মাগী লৌপুনা মাবু মশাগী থৱায় হিংনবা হোৎনরুরে হায়না থাদোক্লম্বদুদগী নুমিৎ নীনি শুরক্লবনি। ছেনানা মাগী য়ূমগী শন্দংখাদা য়ুবী পাম্বী অমসুং মকৃশিং শীজিন্নদুনা ঈশিংগী ঈমায়গা তাইন্ননা কাংথক হারম্মী। ঈশিংগী ঈমায়দু শোয়দনা হুম্বুরকখিগনি হায়বগী আশাদা মহাক্না ইমুংদা নুমিৎ চুপ্না ঙাইরক্লবনি। করম্না মহাক্না মফমসিবু অসুক থুনা থাদোকপা ঙমগনি। মফমদুদা লফোয় পাম্বীশিং খরসু হৌরিবনি অদুগা চরু ইকু অমসু লৈরি। অদুনা মফমসিবু থাদোক্লম্বা হায়বসি হুরান চীন্থি তৌবা কাঙবুশিংগীদমক্তদি অহলশিংগী হৌদোঙদা ঙারুবাক শিন্নবা হায়বদু ওইগদৌরিবনি। হৌজিক ঈশিং মহাক্না শেন্নিবা কাংথক শগাইদু য়ৌনা থুমগৎলক্লে। চরুনা কৃপ্লিবা য়ূমগী শরুক খরদি ঈশিংদা লাকশিল্লক্লে। ছেনানা য়ূম মনুংদগী কন্না লাউরম্মী। অদুবু মহাক্না লাউরিবদু কনানা তাবিগদৌরিবনো?

মহাক্কী মশা ৱাই শংদ্রবী নুপী, মচা মরি, হৌদোঙ অমা অদুগা হূই অমসু মঙোন্দা তাংদুনা ইমুংসিদা হিংলিবনি।

অদুগা হৌজিক মাগী ইমুংগী অরোইবা মতমদু মখোয় পূম্বা ঈশিং মনুংদা ঈরাক্লদুনা য়ৌরক্লগদ্রা খল্লকই। ঙসি হুম্নিরোমসি সুকলেপ লেপ্তুনা ফুদিং ফুবমখে চুরক্লিবা নোংনি। ছেনানা মহাক্কী খাংপোকশঙগুম্বা য়ূমদুগী মথক কৃপ্লিবা চরুগী পরেংদু খরা হোগায়দুনা য়ূমথক্তা ফাওগৎলক্লে। অদুগা অকোয়বদা খোয়রাংনা য়েংলকই অৱাংথংবা মায়কৈরোমদা খরা লাপ্লক্লা উনা পুন্দুনা শেম্বা পোঙ অমা হোল্লিবদু উরে। ছেনানা মখোয়রোমদা ওঙ্গিন্দুনা কন্না কৌরম্মী। লাইবক ফবদগী মহাক্লা কৌরিবা অদু মখোয়না তাবিরম্মী। অদুনা মহাক্কী মায়কৈ তপ্লক্লে। মহাক্লা থুনা য়াঙনা মাগী নুপী, মচাশিং, হূই, হৌদোঙ পূম্নমক ফক্কাইবা অহোবা য়ূমথক্তুদা চিংখৎলম্মী। পোঙ থৌরিবা নুপাদুসু মাগী মনাক্তা নকশিল্লক্লে।

অঙাংশিং পূম্নমকপু পোঙ অদুদা তোংখৎহনখ্রে। "হো-ছেনা" কনানো অমনা নোংচুপলোমদগী লাউরক্লিবদু মাদিয়াথর কুহাপ্পানা মাগী য়ূমথক্তগী লাউরক্লিবনি। ছেনানা মাগী নুপীবু থাংবোই ইনবোই পোঙ তোংহনখ্রে। হৌদোঙ অদুসু মতোমদা পোঙদুদা চোংখৎখ্রে। য়ূমথক্তুগী নোংচুপ থংবা কাচিনলোমদা মনম সুৎ সুৎ নমদুনা লৈরিবা হূই অদুবুদি কনানসু খুদক্তুদা নীংশিংহৌদ্রে।

পোঙদু তপ্পা থৌদোরক্লে। হৌজিক পোঙ অদু ঈয়াইদা থৌদোরক্লে। হূই অদু মাগী মপুশিং লৈহৌবা মফমদুদা হল্লক্লম্মী। মখোয়না তোংলিবা পোঙ অদুদি য়ূম অদুদগী খরা থাপখ্রে। হূই অদুনা মখোয়দুনা অরাপ্পদা য়াঙনা থৌরিবদু উরে। মহাক্লা তেংথা-নাওইদুনা হৌনা কপ্পগুম, উপাই লৈত্রবা মীওইনা অমনা ওন্না থোইনা লাউ খোংদুনা তৌবগুম খোংলম্মী। অদুবু কপ লাউবগুম খোংলিবদু তাবিনবা কনাসু লৈখিদ্রে। য়ূমথক অদুদা নাক অমদগী অমদা কোইথুং থুংনা মনম নমদুনা চেল্লম্মী।

অসিগুম্বা খঙহৌদনা খোংবা লাঙবা অসিদা য়ূমথক্তুদা লৈরম্বা ঈশিংদগী কাখৎলক্তুনা চঙজফম লৌরম্বা হঙোই অমদি অকি তুজুংবা ফাওরম্মী। অদুনা হূইদুগী মমাঙমক্তদা ঈশিংদা চবুক লাউনা চোংথখিরম্মী। হূইদু খংপ্রেক খংলম্মী। মাগী শীংলি নাওরিদা অকিবা অমা ফাওবগুম তৌরম্মী। হঙোইদুনা কিহল্লম্বদগী মফমদুনা উয়ুংগুম্না কুইনা লেপ্তুনা লৈরম্মী।

অদুদগীদি য়ূমথক্তুদা কোইচৎ চতুনা মনম শুৎ-শুৎ নম্বা অমুক হৌরক্লে। অসুম্না নল্লকপসিদা অতোপ্পা হঙোই অমসু মাগী নাতোন মখুলমক্তদা কিবনা ময়ুং চিৎশিল্লল্লগা ঈশিংদা চোংথখ্রে। মদুনা মঙোন্দা কয়াম নাতৈ চাহনদবগে হায়বদা মহাক শাথিনা হকথি খল্লম্মী। অদুদগী মহাক মমাঙগী খুমাঙ থাঙ্গৎতুনা মমায়দু তৈথোক্লম্মী। নোং অমুক কন্না চুবা হৌরক্লে। হুই অদু মশাবু কোনশিন্দুনা কূল্লদুনা নোংলিকশিংনা য়ৈবদু খাঙলম্মী। মতমসিদা মাগী মপুদুদি অম্বলপুঝা য়ৌরল্লগনি।

অহিংনি। চাউরবা গুস্তীর অমনা য়ূমদুগী হেক মমাঙমক্তদা চাউখৎতুনা ঈশিংনা তঙ্খায় অমা লূপ্লবা/থূল্লবা য়ূমদুদা তপ্পা ঙারদুনা চৎলম্মী। হুইদু কিবনা মমৈদু থেকথদুনা লোৎলম্মী। অদুবু গুস্তীর অদুদি করিসু থৌশাদনা অদুমক তাউদুনা চৎখ্রে।

মবূক লাল্লবা, ৱারবা হুইদু য়ূমথক্তুদা, অমম্বা, নোং মংলবা অতিয়াদা ওনখৎলদুনা শিথ-শিথ খোংদুনা কপ্লি। মাগী অৱাবা খোঞ্জেলদুনা লাপ্পা শন্দোকখিবগুম তৌবি। নুংশি খঙলবী নুংশিৎ লাইরেম্বীনা হুইদুগী কপ্পগী খোঞ্জেলদু অরাপ্পদা য়েনখ্রি। অদুগা কনাগুম্বা ঈশিং মরক্তুদা য়ূম শঙনবা লৈহৌবা কাঙবুশিংগী মনুংদা মিনুংশি খঙবা কনানা শোল্লি। "ও...! হুই'সি মতোমতা য়ূমথক্তা লংথোকপিরল্লমাল্লেদো।" মাগী মপুদুদি হৌজিক সমুদ্রা খোঙবান্দা নুমিদাংগী চরা চারম্বা য়ারে। মহাক্লা চাবা লোইরকপদা হান্ননা তৌবগুম মাগী হুইগী শরুক খাক্তুনা থল্লম্বসু য়াই।

হুইদু মতম শাংনা শিথ-শিথা খোংদুনা লৈরম্মী। অদুনা খোঞ্জেলদু শোন্দম নাদম্বগুম তৌরে। অদুগা খোঞ্জেলদুসু অমম্বা মবক্তুদা শিথখ্রি। অৱাংথংবা নাকল অদোমদা লৈবা য়ূমশিং খরদা, শঙদুনা লৈহৌবা মী খরদি রমায়নগী শ্লোক থীরি। হুইদু ঙাইহাক নোংচুপলোমদা ওন্দুনা শ্লোক থীবদু তারিবগুম লেপ্লম্মী। ঙাইহাক লৈরগা অমুক ঙংলম্মী। অদুদগী লাক্লা-লাক্লা খোংবা হৌরক্লে।

অহিংগী অচীকপা অদু রমায়নগী মেঙলবা শ্লোকনা অমুক থৌগনখ্রে। হৌজিক হুইদু অমুক হন্না তুমিন্না লৈখ্রে। হন্দক্তি খরা কুইরপ অমুক শ্লোকতু তারিবগুম লৈখ্রে। শ্লোকশিংগী শুরশিংদু ঈংলবা নুংশিৎকী ঈপোমদা তিনশিনখ্রিবগুম তৌরি। হৌজিক নুংশিৎকী ৰু-ৰু হুম্বগী মখোল অদুগা ঈথক

ঈপোমগী খোঞ্জেল নত্তনা করিসু তাখিদ্রে।

যূমথক অদুদা ছেনাগী হুইদু কুম্থখ্রে। নুংশা শ্বর চাউনা চাউনা হোল্লি। করিগুম্বদা মথন্তা করিনোমা শোল্লিবগুম তপ্না, নীংবা কায়না ঙংলি। ঙা অমা মমাঙমক্তদা মোংলকই অদুদগী হুইদু অমুক হৌগৎলক্লে অদুগা খোংলম্মী। হুইদুনা খংখোং খোংবদুদা হঙোই অমা কিদুনা খংচোং চোংশিল্লক্লম্মী।

অয়ুক্লি। হুইদু খোঞ্জেল নেম্না ঙংবা হৌরক্লে। মহাক্কী খোঞ্জেলদু অতাবা মীশিংগী থম্মোয়দা পেৎহল্লগে মতাগুম শক্লিবা রাগগী শৈদাগুম্মী। হঙোইশিংদুনা হুইদুনা ঙক্লা য়েংলি। মহাক্লা লৈথোক্লকপদা হঙোইশিংদু ঈশিংদা লূপখ্রি অদুগা অতোপ্পা নাক অমদা লাপথোক্লা ঈরোইখ্রি।

ঈশিং মথক্তা লেমহৌদুনা লৈরিবা যূমথক্কী শরুক্তুদা মহাক কোইথুং থুংনা চেল্লি। হুন্দোক্লম্লবা, লূপথখিগদৌবা খরদা ঙাইহৌরবা যূমথক অসি মাগীদি থব্রায়নি। কদায়দসু মৈ হৌবগী খুদম উদরে। তীন্না কাঙনা চীকখিবা মফমশিং মচীন্না কক-কক চীক্লি। অদুগা করিগুম্বা মতমদা মনীংগী মখোঙনা মখজায়দগী তীন-কাঙ তাম্থোক্লি। নুংশা অমুক থোক্লক্লে। হুইদু নুংশাদা ঙৈহাক উইদুনা লৈবম্মী। নাকলদা হৌরিবা লফু মনাশিংনা নুংশিৎনা হুম্বগী ফ্র-ফ্র হাইরিবদুগী মমি যূমথক্তগী তারিবদুগী মথকলোমদা চোংখৎতুনা খোংলম্মী।

অদুদগী লৈচিন্না নুমিৎপু অমুক লুমশিনখ্রে। উরুম লাংলে।

নুংশিৎকী শম্থুন্না ঈশিংগী ঈমায়দা তনিক তনিক হুন্লি। অশিবা শা-য়েনশিং পুম্লবা পোৎ-চৈশিংনা মরক মরক্তা তাউরি। অশিবা ওইবনা কনাবুসু কিরুদনা তাউরি। হুই অদুনা পূম্নমকশিং অদু কুইনা য়েংদুনা লৈবম্মী। অমুকসু মহাক ঙংলি।

যূম অদুদগী খরা লাপ্লপ্না হি অমা হোল্লি। হুইদুনা মদুবু উরে, অদুদগী মমৈ হাইরদুনা হৌগৎলক্লে। মহাক্লা মদুবু যুবী পাম্বীশিংদুগী মরুমদা লৈশিন্দুনা উখিদ্রবা ফাওবা য়েংদুনা লৈরম্মী।

নোং লাংকপ-লাংকপ অমুক তাবা হৌরক্লে। পীক্তকপা হি অমা অব্রাংলোমদা লৈরিবা যূম অদোমদগী থোক্লক্তুনা যুবী পাম্বী অমা হৌরিবা অদুদা লেপ্তুনা লৈখ্রে। হুই অদুনা অমুক হৌনা খোংলবা ফাওবদা ক্বাক অদুনা মাগী অতুম্বা মচীন অদুনা অপুম্বা শাদোংদুদা থিংজিন্দুনা শেৎতুনা কয়া থৌশাদবা

মওংদা চাবা হৌরক্লম্মী। ঙৈহাক চাদুনা মবূক থল্লবদা ক্বাক অদু পাইখ্রে।

হুই অদু পোথাফম খঙদদুনা খোংলম্মী। উচেক অদুসু পাইখ্রে। ঈশিংদা তাউরকপা ককচেং চোল্লুপ অমা যূমথক অদুদা তাউশিল্লক্নুনা লৈররে। মখোয়দু শিগদবদগী কঞ্জহৌরে। ককচেংশিং অদুবু চাবা য়াবা পোৎ ওইরবোই নীংদুনা মচীন্না থেংলুরে অদুদসু মহাক শাথিনা হকথি খল্লম্মী। মমায়দা ঈ কারম্মী। অদুগা মনাতোন্দু ফু-ফু কামথোক্লম্মী।

নুংথিলদা মায়কৈ অদোমদা নুপা অনীখক হি মচা অমদা তোংদুনা লাক্লম্মী। হুই অদু হরাওদুনা খোংলম্মী অদুগা মমৈদু ফেৎ ফেৎ হাইরম্মী। মহাক্কী মরোলদু মীওইবগা ফাওনবগুম খোংবোই ঙংবোই তৌরম্মী। মহাক ঈশিংদা মখোঙদুনা কূমথবা হৌরক্লম্মী। অদুগা হি অদোমদা চোংগদৌবগুম তৌরম্মী। "য়েংউনে অসিদা হুই অমা লৈরিসে।" হিদা তোংলিবা নুপা অমনা হায়রম্মী। হুই অদুনা নুপাদুগী মীনুংশি লৈবদু খঙবগুম বৌ বৌ খোংলদুনা তেংথারম্মী। "লৈগে লৈসনু" অতোপ্পা নুপাদুনা হায়রকই। হুইদু ময়া কাথোক্নুনা খোঞ্জেল অমা থোকহন্দনা করিগুম্বা অমা হায়রিবগুম তৌরম্মী। হুইদু কন্না হায়জবগুম তৌরদুনা হিদুদা চোংখৎকদবগী তৌরকই।

হিদু থৌদোকখ্রে। হুইদু অমুক ঙংলকই। হি তোংলিবা অনীদুগী অমনা লৈশিল্লক্লম্মী।

"অয়য়ও"

কপ্লগী খোঞ্জেলসি হিহোনবা অদুদগী নত্তে। হুই অদুদগীনি।

"অয়য়ও"

উপায় লৈরক্ত্রবা পূক্লিং শোন্থরকপগী খোংলকপা খোঞ্জেলদু নত্তনা করিসু তাখিদ্রে। অদুগী মতুংদদি কনাসু লাকখিদ্রে। হুই অদুদং মীৎয়েংদগী তামখ্রবা হিদুনা উরিবা ফাওবা য়েংদুনা লৈহৌরি। মহাক যূম য়াংতেক্লোমদা অমুক কাখৎলক্লে। ঈপাকসিগী ব্রাংমদা লৈরিবা কংফালগী তাইবঙদা বিদাই পীবগুম্না ঙংলম্মী। তাইবঙ মীওইবা হায়বসিদা কৈদৌঙৈদসু মীনুংশি উৎখ্ররোই হায়বা ওইরম্বসু য়াই।

ঈচাওগী অনৈবা ঈশিংদু মরৈনা তংদুনা খরা থকচিল্লম্মী। অদুদগী মহাক্কী মথক্তা লান্না পাইরিবা উচেক অদুদা য়েংখৎলকই। লিল্লবোব অমনা শান্ন-শান্না

ঈশিংদা তাউদুনা মহাক তম্না লাক্লিবদু মহাক্না উরে। হুইদু থুনা য়াঙতেক্লোমদা চেনখৎখ্রে। লিল অদুদি অসুম লাক্তুনা ছেনাগী ইমুং মনুংদা হোগায়দুনা থোকখিবা য়ূমথক্কী অহোবা অদুদা চঙখ্রে। হুই অদু চঙশিন্দুনা অহোবদুদা য়েংথরম্মী। অদুগা কন্না খোংলম্মী। অদুদগদি মহাক অমুক ঙংলক্লে। অরাম খৌরাংবা অমসুং থৱায়গীদমক অকিবা ফাওরবগুম ঙংলি। মহাক্না ঙংলিবা মরোলদু কনানো মালেমগী ওইনীংবা লোল অমা হেক্তা ঙাঙবা মীসু ওইসনু নত্রগা গুহাদা য়ূমলিংবসু ওইসনু হেক্তা খঙগদৌবা মরোলনি। জগৎকী মরোল।

অহিংদু কন্না চুরিবা নোং অদুগা শাফু কল্লবা নোংলৈ অনীনা অকিবগী মশক ওইহল্লম্মী। য়ূমথক অদু ঈথক ঈপোমদা তপ্না তপ্না কিন্থুবা হৌরক্লম্মী। হুই অদু অনীরক নাম্থুগে তৌরম্মী। অদুদগী অমম্বা অদুদা শাংলবা মকোক অমা থিনগৎলকপা উরে। মদু গুন্তীর 'মগী মকোক্লি। মদু উরুবদগী হুইদু কিবনা কন্না খোংবা হৌরক্লম্মী। অনকপা অদুৱাইদা কদায়ৱাইদনো য়েন অমসু নাহেবগুম খোংবা তারম্মী।

"কদায়দনো হুই খোংলকইসিনা? শ্বাইগী মীশিংসি অমত্তা হোংদোক্লখিদ্রবা জাৎলা? হৌরিবা লফু পাম্বী অমগী মখোঙদা লেপ্লদুনা য়ুবী, লফোয়, শজিক্লচিংবা ময়াম অমা য়াওবা হি অমদা ঙাঙনবা খোঞ্জেলনি।

"য়েংঙউ ইবুংঙো হুই অসি চোংশিল্লক্কদৌরে।"

অদুদগী হুই অদু য়ূমথক অদুদগী মখোয় তম্না চোংল্লিরক্লম্মী। নুপা অমদি ঈশিংদা চোংথখ্রে। অতোপ্পা অমদুনা মাবু হিদা কাখৎলকপদা মতেং পাঙলম্মী। হুইদুদি ঈশিংদগী অমুক ঈরোইদুনা য়ূমথক্লোমদা কাখৎখ্রে। মতুদু কংনবা মতোমতা নীকথোকচরম্মী। অদুদগী লাক লাক্তুনা শাউনা খোংবা হৌরক্লম্মী। হুরানবশিংদুনা লফোয়শিংদু কক্তুনা হিথক্তুনা হাপখ্রে। "ঙৈহাক লৈরগা নুংঙাইনি নঙ।" নখোয়না মকোক হাইগত্তুনা লাক্লা লাক্লা খোংলিবা হুইদুদা হায়রম্মী। অদুদগী মখোয়না ঈশিংদুদা হেনগত্তুনা লৈরিবা চরুশিংদু খরা খোমজিন্দুনা হাপচিল্লম্মী। অরোইবদা মখোয়গী মরক্তগী অমা য়ূমথক্লোমদা কাখৎলম্মী। হুই অদুনা খুদোংচাবদু নাম্থোকহল্লমদে। মখোঙদা চোংশিন্দুনা লাক্লম্মী। মহাক্না শদোং য়াউম অমদি ফকহৌরে। নুপাদু চৈনা খাঙবদা লাউরম্মী। মতমদুদা মাগী মরুপ্তুনা হুইদগী পূকনোপ্তা চৈতুপ অমনা কল্লবসু মাদি চৈনাদুনা হিথক্লোমদা চোংথোকখ্রে। হুইদুনা

চৈনা খাঙদুনা কেং কেং হায়না কন্না খোংবদু অসুম অসুম তপথরক্লে। হুইনা চীকখ্রবা নুপাদু হি মনুংদা কপ্পি। "তুমিন লৈয়ুদা" অমদুনা চৈবোই থেমজিনবোই হায়রকই। নুপা অনীদু মফমদু থাদোক্লম্লে।

হুই অদুনা অমুক খোংলকপা মতমদু ফনা কুইনা কান্নরবা মতুংনি। মমায়দু নুপা অনী চংখিবা অদোমদা ওল্লি।

নোংয়াই চবুক য়ৌরক্লে। চাউরবা ষণ অমগী অশিবা হকচাংদু মানা লৈরিবা য়ূম অদোমদা তাউশিল্লক্লে। মদুবু হুইদুনা য়ূমথক্তগী য়েংলি। মা পাক হেক কূমথদে। অশিবা ষণবু ঈশিংনা তপ্পা তপ্পা মনাক্তা পুশিল্লক্লি। হুইদু ঙংলকই। য়ূম মথক্তুদা মহাক্লা খোংলম্মী, অদুদগী তপ্পা ষণ অশিবা তাউশিল্লক্লিবা অদোমদা কূমথরক্লম্মী। ষণদু ময়ানা চীক্তুনা মনাক্তা চিংশিন্নবা হোৎনরম্মী। অদুদা মহাক্কী চরা ওইবা য়াবা শদুম মরাঙ কায়না য়াওরে। মানা মদুবু থব্রায় য়াওনা চাবা হৌরক্লে।

"চাউউপ" খঙহৌদনা থাজহৌদনা থোক্লকপা য়াওম অমগী খোঙ্জেলনি। হুইদু উখিদ্রে। অদুগা অশিবা ষণ অদুবু খঙহৌদনা লাক্লকপা অদুগা হুইদু লূপখ্রবা মতুংদা তাউথোকখ্রে। মফমদুদা খোঞ্জেল অমতা তাখিদ্রে, নুংশিৎ শিৎপগী মখোল হঙোইশিংনা খোংবগী খোঞ্জেল, ঈপোমশিংগী মখোলশিং নত্তনা। মখোয়গী খোঞ্জেলশিংসি তারমদ্রবাদি মফমসি পূমচীক চীক্লমগনি। মতুংদদি নুংশি চাউবা য়ূম শঙদুনা লৈহৌবা কনাগুম্বশিংনসু হুইগী ঙংবা, খোংবা তাখিদ্রে।

অশিবা শা-য়েনশিংগী হকচাংশিং ঈশিংগী ঈমায়দা মফম মফমশিংদা তাউরি। খবনা ক্লাক, লঙজাগুম্বা ভচেকশিংনা চাখিবসু য়াওরে। অচীকপদু থুগায়বিনবা খোঞ্জেল অমতসু থোক্লকখিদ্রে। হুরান চীম্থি তৌরবসু য়েৎপিনবা কনা লৈত্রে। পূমচীক চীকপা হায়বদু ওইখ্রে।

মতম খরগী মতুংদদি য়ূম অদুসু কীহ্নদুনা ঈশিংদা লূপথখ্রে। পাক্লবা ঈমায়না তাম্না শন্দোকখ্রিবসি নত্তনা করিসু উবা ফংখিদ্রে। মপু নীংলবা হুই অদু মাগী অরোইবা পূংফম ফাওবদি মপুগী য়ূম শঙলম্বনি। হৌজিক্তি মহাকসু সংসার থাদোকখ্রে। য়ূম অদুসু হুই অদু গুম্ভীরনা লাকখিদ্রিবা ফাওবা ঙাইরম্বগুমখ্রে। মহাক লৈখিদ্রবা মতুংসিদদি য়ূম অদুসু ঈশিং মনুংদা পূমলূপ লূপখ্রে।

খরা লৈরগদি ঈশিংগী ঈমায়দু ময়েং তাথরক্লে। ছেনা ময়ূম মায়কৈ

তম্না ঈরোইদুনা মাগী হুইদু লৈরিব্রা হায়না খোঙগুন লীবা লাক্লম্মী। অশিবা হুই অদু য়ুবী পাম্বী অমগী মখা ওইরপ, ঈপোম্না তপ্না তপ্না য়েরদুনা লৈবা থেংনরম্মী। ছেনানা মদুবু খুদোম্বীনা নাক য়েৎ ওন্দুনা মুন্না য়েংলম্মী। মদুবু মাগী হুইদু ওইরিদ্রা চিংনরম্মী। মনা নাম্মসু ফক্তোক্তুনা চাথোকখ্রে। ফজনা পুমথরদুনা মচু ওনখিদুনা মশক লাকপদা অব্রাবা ওইরে। ❑

*— ইংলিসতা হন্দোকপা ঃ পিঃ পিঃ রাবিন্দ্রন*

---

***সিবসঙ্কর পীল্লাই*** *(১৯১২-১৯৯৯), মখাথংবা কেরালমগী খাথংবদা লৈবা কুত্তনোদকী খুঙ্গং অমদা পোকপনি। মাগী "থোত্তিয়ুতে মঙ্গন" (সুভেঞ্জরম মন) অমসুং 'রানদিদঙ্গাজি' হায়রিবা লাইরিকশিংদা সমাজ অশেংবা মশকশিংবু য়েক্লবা হোৎনৈ। 'চেম্মিন' কৌবা ওা ফাবশিংদা য়ুম্ফম ওইবা য়াম্না লুশিনবা নুংশি নুংঙোনগী ব্বারী অমদগী সমাজদা মফম কনবা ওমখিবনি।*

*পীল্লাইনা ১৯৫৭ তা সাহিত্য একাদেমি এৱার্দ ১৯৮৪ দা জানপিথ এৱার্দ অদুগা ১৯৮৫ দা পদ্মা ভুষন ফংখি।*

# কর্ম্ম

*— খুশৱান্ট সিংহ*

রেল ষ্টেসন অদুগী ফাষ্ট ক্লাসকী ৱাইটিং রুম অদুদা লৈরিবা শকয়েং মিংশেল অদুদা সার মোহন লাল মশামক্কী তারিবা মমিদু য়েংজরম্মী। মিংশেলদু তশেংনা য়েংবদা ভারতবর্ষদা শাবনি হায়বা হেক্তা খঙই। মসিগী মনীংদা তৈরিবা রেড্ ওক্সাইদতু মফম কয়াদা চামথরে। মফুৎ মফুৎ হোরে অদুগা শাংনা শাংনা ময়ি কয়ানা মিংশেল মমায়দুদা তারি। সার মোহন লালনা মিংশেলদুদা তারিবা মমিদুনা মশামকপু শুমহৎলদুনা মোমোন তৌরম্মী।

"নঙ 'সি লৈবাক 'সিগী অতৈ পোৎ-চৈশিংগুম মোৎতাই চুদাইনবা, ফিভম চাদ্রবা, পূক্লিং চঙবিদ্রবা মওংগুম উবেসে," মহাক মতোমদা মুরুম মুরুম শোঞ্জরম্মী।

"নহাক হৌজিকসু ফীভম কায়দ্রি, অহল," মমিদুনা মঙোন্দা হায়রকপগুম তৌরি। "পূম্নমক্তগী তোপ্তোপলি, ফীভম ফরি, য়েংবদা চঙখোল্লি। নীংথিনা শেম্বি শাবিরিবা নাতোন শুমাঙগী কোই, কুদাম মখুলদা লৈরোং হত্তুনা শেম শারিবা 'সভিল রোৱ'দগী পুরকপা ফিজোল, 'কোলোং'না শাবা হকচাং পাউদরগী নুংশিরবা মনম, পূক্লিং হুরবা মনম চেনবা হকচাং শাবন শীজিন্নরকপগী মনম, পূম্নমক নঙোন্দা লৈরি। তশেংনা নহাক্কীনি হায়বা পূম্বা শাফরি। সার মোহন লালনা মাগী থবাক্তু হাইরপ ফন্দোক্তুনা তেকথোক্লগা মাগী বেলিওন্দগী লৈরকপা টাইদু কয়ারক নাম্থদুনা শেমজিল্লম্মী। অদুগা মিংশেল অদুবু বিদায় পীরম্মী।

মহাক্না মাগী ঘড়ীদু থাঙ্গত্তুনা য়েংলম্মী। হৌজিকসু মতম খরদি লৈরি।

"কোই হৈ?"

অঙৌবা ফিজোল শেৎপা সেবারী অমা অপাবা থোঙগী পর্দাদু হাইদোক্তুনা থোক্লকই।

"এক চোটা", মোহন লালনা চাউরবা লিগী চৌক্রি অমদা ফমদুনা মহী মনাই খজিক্তুং থকসিরা হায়দুনা কৌরম্মী।

ৱাইটিং রুমগী মপান্দা সার মোহন লানগী পোৎয়োমদু ফক্লাং ময়াদুদা পৈদুনা লৈরি। অপীকপা ষ্টিলগী ত্রঙ্ক অমদা মোহন লালগী লোয়নবী লাচ্‌মি ক্বা মতপ অমা শায়রদুনা খবরচে অমনা হুমাই হুল্লদুনা ফল্লি। মহাক চহী নিফুমঙা-তরুক্কী লৈশিল্লবা, নেম্পক তৌবা, নোইথোক্লবা মতাংনি। ফিবান অঙাঙবা চনবা, মোৎতাইনরবা ছারি অমা শেৎলি। মহাক্কী নাতোনগী নাকচি নাম্মদা হীরা থাম্বা কাঙ্গৈাইগী নাশিকা অমা লৈতেংলি। খুদাংদসু সনাগী খুজি কয়ানা লৈতেংলি। মোহন লালনা হেক মনুংলোমদগী সেবারি অদুবু কৌরক্ত্রিফাওবা মহাক্না সেবারিদুদা ৱারী শারম্মী। সেবারিদুনা হেক চথোকখিবগা কুলি অমা মহাক্না খূৎ হত্তুনা কৌরম্মী।

"ইবুংঙো, [১]জেনান কম্পার্টমেন্ট'সি কদায় ৱাইদা থাবগে?"

"প্লেটফোর্মগী আ... য়েৎথংবা অশোমদা থাবনি।"

কূলিদুনা মাগী কোকযেৎতু মকোক নাদনবা হাইফেৎ পাকথোকহল্লদুনা ষ্টিলগী ত্রঙ্ক অদু কোক্তা থোঙ্গৎতুনা হায়রিবা প্লেটফোর্ম অদোমদা কূমথখিরম্মী। লাচ্‌মিনা মাগী শেঞ্জেংগী টিফিন পুনবদু পায়খত্তুনা হাথু-হাথু কুলিদুগী মতুং ইন্নরম্মী। লম্বী ময়াদা ফম্বা দুকান অমদা ঙৈহাক লেপ্তুনা মাগী সিলভরগী ক্বাগোৎতুদা ক্বা মরু-মনা লৈদুনা হাপচিল্লম্মী। অদুদগী থুনমক কুলিদুগী মতুং ইন্নখ্রে। কুলিদুনা থল্লকপা ত্রঙ্ক অদুদা মহাক অমুক ফমথরম্মী। অদুগা ৱারী শাবা হৌরক্লম্মী।

" 'সোম নাকলদা চেল্লিবা রেলশিং'সি মী য়াম' চিনব্রা?"

"হন্দক মরকসিদি রেলগাড়ী অয়াম্বা মী চিল্লি। অদুবু জেনান কম্পার্টমেন্টতদি ফম্ফম ফংনিদা।"

"অদুদি ঐ চাবা থকপা নংলোই হায়না পাখৎলুনীংঙাই ওইদেদনা।"

---

[১]জেনান=অচৌ-অশাং নুপীশিংনা শীজিন্নবা ক্বা

লাচ্‌মিনা মাগী শেঞ্জেংগী চান-থক্লবা পুনবদু হাংদোক্লম্মী অদুগা নমশিন্দুনা হাপ্লকপা তনগংদুগা হৈনৌ অচারদু খরগা লৌথোক্লম্মী। মহাক্না মদুবু হুকচিন্দুনা হাউনা চারিঙৈদা কুলী অদুনা লৈমায়দা লৈতানা ফম্লদুনা উফুল মথক্তুদা লৈই চিংলদুনা লেপ্লম্মী।

"ইচেমদি ইতোমতা লেঙবিগদব্রা?"

"নত্তে, ঐখোয়... আ মাসু য়াওরি। মাদি ব্রাইটিং রুমদা রেল ঙাইরি। চৎপসু মাদি ফার্ষ্ট ক্লাসতদা চৎলি। বেরিষ্টরগী থবক তৌবনি। অদুনা অতৈ অতৈ ওফিসারশিং, ইংলিসমেন্নচিংবা কয়াগসু রেলগাড়ী মনুংদা উনৈ ঙাওনৈদো-অদুগা ঐদি ঐখোয় স্বাইগী ইচম চম্বা মীনিদো। ইংলিসসু ঙাঙবা হৈতে অদুগা মখোয়গী মতৌদুসু খঙদে। অদুনা ঐদি জেনান ইন্টর ক্লাস অসিদদা চৎলি।"

লাচ্‌মিনা নুংঙাইনা ব্রারী শাদুনা লৈরম্মী। মাদি ব্রারী ব্রাতাই খরা পামজবা মীনি। অদুগা ময়ুমদসু ব্রারী শাফম কয়া লৈজদে। মাগী মপুরোইবদি মাগীদমক মতম কাইথোকপা নংবিবা নত্তে। মানা য়ুমগী মখাদা অদুগা মপুরোইবনা দলাল মথক্তা লৈ। লাইরিক লাইসু কয়া হৈজদবা মাগী মরী মতাশিংদু মখোয়গী য়ুমদা লাকপদুসু মপুরোইবনা কয়া পামজদে। অদুনা মখোয়সু নোংমতা লাক্তে। কুইদ্রিঙৈ নোংমা মপুবোইবদু মথক্তগী কুমথরক্তুনা অহিংদা মাগী নাক্তা ঙাইহাক লৈরম্মী। অদুদগী খুদক্তা ইংলিস মচানা ঙাঙবা হীন্দুষ্টানি মরোলদুদা করি করিনো থৌদারক্কনি। মাসু তন্দে মান্দে ইন্দবা য়াদবগুম ইনগনি। অদুবু অসিগুম্বা অহিং চাক্তাবা মওং অসিদি মহৈ করি লৈতবগুম্বনি।

রেলগাড়ী লাক্লগনি হায়বগী খুদম ফংলে। হৌরবা কাংশিগী খোঞ্জেল অদুনা মীয়ামদা রেল থুংলরগনি হায়বদু খঙহল্লি। সার মোহন লালগী লোয়নবী, লাচ্‌মি মানা চারি-থক্লিবদু হাথু-হাথু লোইশিল্লম্মী। হৈনৌ অচারদা য়াওরম্বা হৈনৌ মরূদু লেক্ল-লেক্লদুনা মহাক হৌগৎলক্লে। অশাংবা নুংশাশ্বর অমা হোন্দোক্লদুনা মীয়াম শীজিন্ননবা লৈরিবা টোটি কোঞ্জিল অদোমদা মচীন-মখা, মখূৎ-মশা শেংদোক-চামথোকপা চৎলম্মী। অদুদগী মাগী শারীগী নাম্বুরকপা ফিজি অমনা মখূৎ মচীন্নচিংবা তৈথোক্লম্মী। অদুগা মাগী চরাদুগীদমক ঈশ্বরবু থাগৎলদুনা মাগী ষ্টিলগী ত্রঙ্ক লৈরিবা অদোমদা চঙশিল্লম্মী। রেলগাড়ীদু অসুম তপথরক্তুনা মফমদুনা থুংলরে। অচৌবা পোংচাউশিং হাপ্না ধবাশিংদু শঙনবা

শস্ত্রিশিং লৈফমদুগা হেক তাইননা লৈবা অহাঙবা কা অমদা লাচ্‌মিদু ফম্ফম ফংলম্মী। রেলগাড়ী অদুগী অতৈ শরুকশিংদুসু লোইনা থনখ্রবনি। মহাক্না খুনিং কাঙদুনা লৈথোক লৈশিন তৌদুনা থোঙ অদু লানশিন্দুনা থোঙনাউ ময়াগী ফম্ফমদুদা ফম্ফম অমা ফংবা ঙমহৌরিবনি। মাগী শারীগী ফিজিদা কিরিবা শেঞ্জোইদুদগী অনা অনী লৌথোক্লুনা পীরগা কুলিদু থাদোকখ্রে। অদুদগী মাগী ক্লারুবাক্তু হাংদোক্লুনা মনা অনীদং লৌথোক্লগা শুনুনচিংবা তৈশিল্লে। চপখায়রবা ক্লা মরু অমা অনীগা লোং অমগা হাপচিল্লে। মদুবু থুনমক ময়াদা হুকচিন্দুনা খজাইদু নাকন্দা পোমথোকপমখৈ চারম্মী। মখুৎনা খদাঙ শৌরদুনা মখাদা প্লেটফোর্মদা ঈন্নরিবা মীয়ামদুদা তন্তে-মান্দে য়েংলি।

রেল থুংলবদুনা সার মোহন লানগী ঈংথবা মতৌদুবু কায়হনবা ঙম্লমদে। মাদি মাগী ক্লোচ মহীদু অদুম থক্লুনা লৈরি। সেবারিদুনা মাগী মপোৎ মচৈশিংদু ফার্ষ্টক্লাসকী কাদা থম্লরবা মদুগী পাউ পীরুলাউ হায়না মোহন্না হায়খিরম্মী। মথুম মরাং হৌবা, তপথদবা মতৌ উৎপা হায়বসি অফবা নত্তে হায়না সার মোহন্না খঞ্জে। অদুগা মাদি পুন্নমকসি ফাথবা তম্লক্লবনি। টিকেটনচিংবা কক্লুনা থবকশিং পুন্নমক মথং মনাও নাইনা তৌবা পামজবা মীওইনি। মপাল লমদা চহী মঙা লৈরকপা মতমদুদা মাদি থাক ব্রাংবা মীশিংগী লিচৎ-শাজৎতু তম্লক্লবনি। মহাক হিন্দুষ্টানি তোয়না ঙাঙদে। করিগুম্বা ঙাঙলবসু ইংলিস মচাশিংনা তৌবগুম্না তঙাইফদবা ব্রাহৈ অমনীংদং থেৎতুনা ঙাঙগনি। মাগী ইংলিসতু পৃক্লিং চঙনা ঙাঙগনি, শেমজিন শাজিঞ্জগনি। ওক্সফর্দ য়ুনিভর্সিটিদা ঙাঙনবগুম খঞ্জগনি। মহাক ইংলিসতা ব্রারী-ব্রাতাই শাবা পাম্মী। মরুওইনা নাক-পু তাবা, খোঙ্গুন তাবা ইংলিস মচাশিংগা হীবম অমদা হক্তা, লাইব্রিক্তা ওইসনু, রাজিনিটিদা ওইসনু, প্রজাশিংগী মরমদা ওইসনু মহাক হেক্তমক ব্রারী শাবা ঙম্মী। মহাক মশাসি ইংলিস মচাশিংনা মখোয়গুম ইংলিস ঙাঙবা ঙম্মী হায়না থাগৎপিবা কয়ারক তারবনি।

সার মোহন লাল, ফার্ষ্ট ক্লাসকী কাসিদা মতোমদা চৎকদৌরব্রা হায়না চিংনরম্মী। মহাক্না তোলিবসি সিপোয়শিংনা তোংনবা কম্পার্টমেন্টনি। অদুনা ইংলিস ওফিসার খরদসু তোংলকপা য়াই হায়না খল্লম্মী।

কনাগুম্বনা হুকচিন্না ব্রারী শাবা ফংগনি হায়বগী আশাদা থম্মোয়

চাউথোক্লম্মী। অয়াম্বা ভারত মচাশিংনা তৌবগুম মহাক অয়াম্বা মতমদা ইংলিস মচাশিংগা ৱারী শান্ননীংদবা মতৌ উৎকনি। অদুগা মখোয়গুম্না খোন ৱাংনা ঙাওদুনা, খৎনা চৈনবগুম ৱারী শাবদু তৌরোই। মোৎ পীবদা লিরি খোইরিনা পীগনি। তশেংনা মাগী মথৌদুগীদং কোয়না চৎপা মীগুম উগনি। কাচিন ওইরপ লৈরিবা থোঙনাউ ময়াদুদা ফমদুনা পোথাবা ওইনা 'দ টাইমস' কপি অমা য়েংদুনা ফমগনি। মহাক্না পাউচে অদুবু মীনা হেক য়েংলকপদা মমিংদু উদৌবা মওংদা পায়গনি অদুগা মানা ক্রোস্ ৱার্দ য়াওবদু য়েংগনি। হায়রিবা 'দ টাইমস' অসি মীশিংগী পূক্নিং চিংশিন্নবা পাউচেনি।

'ঐদি পাবা লোইরে' হায়বগী মতৌ উত্তুনা পাউচে অদু অতোপ্পা মীশিংনা পানবা অমুক্তা ৱায়গে হায়নীংলক্কদৌবা মওংদা মাগী নাকন্দা থমগনি। অদুগা করিগুম্বদসু মাগী, লম চখোকপা খুদিংদা পুনবা বেলিওনগী টাইদুনসু মীগী পূক্নিং মঙোল্লোমদা চিংশিনগনি। থৌওংশিং অসিনা মাবু অদুঙৈ ওক্সফর্দতা লৈরিঙৈগী পুন্সি, কলেজশিং, য়ুনিভর্সিটিগী ওজাশিং, টিয়ুটরশিং, মাষ্টর তন্নিবশিং অদুগা হি লমজেল তান্নখিবা, রগবি শান্নখিবা পুম্নমকপু নীংশিংহনগনি। করিগুম্বা 'দ টাইমস' অমসুং বেলিওনগী টাই অসিগনা মঙোন্দা মীগী পূক্নিং চিংশিনবা ঙমদ্রবদি সার মোহল লালনা "কোই হৈ !" হায়না কৌদুনা সেবারিদা স্কোট্চ্ অমতং পুরক্নবা হায়গনি। অসিগুম্বা স্কোট্চকী হুইস্কী অসিনদি শোয়দনা মীগী পূক্নিং চিংশিনবা ঙমগনি। অদুদগীদি সার মোহন লালনা মাগী সনাগী চুরুট হাপ্নবা কেস্ অদুদা য়াওবা ইংলিসকী চুরুট অদু পুথোক্লক্কনি। করম তৌনা মানা মসিবু ফংবা ঙন্নিবা হায়বা অদোমদা তশেংনা খোইজংলুদ্রে। সার মোহলনগী পূক্নিংদু মতোমদা মোমোন্দি তৌরম্মী- অদুগা তশেংনা অদোমদদি খল্লুদ্রে। অদুবু মহাক্না ইংলিসমেনশিং অদুদা মহাক মতম অমদা ইংলণ্ডদা লৈরম্মী হায়বদু উৎনবা হোৎনরিবা মওং ওইবা জাৎলা? উৎ মচুগী খাউ অমসুং লাইরিক তন্নিঙৈগী ফিজোলশিং, শান্ন-খোৎনবদা লীৎখিবা ব্লেজরশিং, ইন্স্ ওফ কোর্দতা মিক্স দবল শান্নখিবা, দিনর চাখিবা, পিকাদিলিগী ওক্তবীশিংগা অহিং কয়া লেনখিবা চহী মঙারোমগী পুন্সিদু নীংশিংলক্লি। অরং অরাক্নী মীওইশিংনা থল্লবা মীয়ামদুগা লোয়ননা লেনখিবা চহী মঙাদু। অমরোমদা, মওং তাবা পুন্সি ওইদ্রিবা, মোৎতাই চুদাইনরবা মরৈবাক মচাশিংগা চহী নিফুমঙা লেল্লক্লিবা মাগী পুন্সি, মশা

নোয়খৎলবী, অহল ওইশিল্লক্লবী মাগী লোয়নবী লাচ্মিগী মনাক্তা অহিংদা চত্তুনা কেন-ওইনবা, নুংশিবগী লৈনম নম্লুবা পূম্নমক অসিদগীদি চহী মঙাগী তেল্লবা পুন্সি অদুনা হেন্না মরেক মহাও থোকপগুম নীংলি।

সার মোহন লালগী মঙলান্দু বিয়ারর অমনা সাহেপশিংগী মপোৎ মচৈশিং খরা ইঞ্জিনগা তাইনবা ফার্ষ্ট ক্লাসকী কাদুদা থাঙ্গৎলক্কে হায়না লাউনবদুনা কায়হল্লম্মী। সার মোহন মানা লৈরিবা কাদুদা হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা ফীভমদু য়েংলম্মী। মহাক নুংঙাইজরমদে। মাগী কম্পার্টমেন্ট অদু হৌজিকসু হাঙলি। মহাক কাচিন অমদা ফমথদুনা মমাঙদা কয়ারক হন্না পারবা 'দ টাইমস' কী কপিদু হাংদোক্তুনা অমুক্কসু য়েংলম্মী।

সার মোহন মীয়াম লাউনরিবদু তম্না থোঙনাউ ফাওনা প্লেটফোর্মলোমদা য়েংথোক্লম্মী। ইংলিস সিপোয় অনীখক অহাঙবা কা থির-থিরদুনা, চোকথনা লাক্লিবদু উবদা সার মোহন মায়থোঙ মকা লাম্লম্মী। মশা মশাগী পোৎ চৈ হাপ্পা খাউশিংদু মনঙ্গলদা পোরদুনা তুরোই ঙাম্লোই চৎলি। সার মোহন্না মখোয়বু সেকেণ্ড ক্লাসতা চৎকদবা কাঙবু ওইরবা ফাওবদা মাগী কাদুদা হরাউ হরাউ তরাম্না ওক্কে খঞ্জরম্মী। সার মোহন্না ব্রাফমদু প্লেটফোর্মদা লৈরিবা গার্দ অদুদা হায়খিবা ওইবা তাই, সিপোই অনীদুগী মনুংদা অমা ফার্ষ্ট ক্লাসকী অরোইবা, মোহন্না ফল্লিবা কা অদোমদা লাক্তুনা, থোঙনাউদা মকোক থিংজিন্দুনা য়েংলম্মী। কম্পার্টমেন্ট অদুদা লৈরিবা হিপ্পফম অদু হাঙদুনা লৈরিবা অদু মহাক্না উরে।

" 'সিদা, বিল," মানা হৌনা কৌরকই, " 'সিদা অমা লৈরেহে।"

মাগী মপাঙদুসু অদোমদা লাক্লে অদুগা মনুংদুদা য়েংশিল্লম্মী। সার মোহন লাল মতোমদা ফমদুনা লৈরিবদু উরে।

"নেগ্রো 'সি তাম্থোকখ্রো।" মাগী মরূপ্তুনা বিলদা হায়রকই। মখোয়না থোঙদু হাংদোক্লম্মী অদুগা হায়নরিবা অদুবু য়ানীংদবা উত্তুনা নোকমি নোকমি য়েংদুনা লৈরিবা সার মোহন্দা লৈশিল্লক্লম্মী।

"রিজার্ভনি", বিলনা কন্না লাউরকই।

"খঙগে? রিজার্ভনি। আর্মি-ফোজি," জিন্না মাগী শেৎলিবা খাকিদুদা খুদোম্বীনা থিল্লদুনা খংহায় হায়রকই।

"একদম জাও- থোকখ্রো চৎলো।"

"আই সে, আই সে, সিয়োরলি...," সার মোহন্না মাগী ওক্সফর্দতা তম্লকপা খোল্লে-খোন্দাদু শীজিন্নদুনা য়েৎনবা হোৎনরম্মী।

সিপোয়শিংদু হাইফেৎ লৎকক তৌরম্মী। মহাক্না ঙাঙলিবা ইংলিতসু ইংলিস মচাশিংনা ঙাঙবা তশেংবা ইংলিসতুগুম তারম্মী। অদুবু মখোয়না মনাদা তারিবা অদুদগীদি হেন্দোক্না খঙই। মতাংসিদা রেলগী ইঞ্জিন্দু ঙংখৎলক্লে। অদুগা মাগী অশংবা মচুগী ফিরালদু হাইদুনা চৎকদৌরে হায়বগী ইঙ্গিৎ পীরি।

সিপোয়শিংদুনা সার মোহন লালগী সুইটকেসতু লৌখত্তুনা প্লেটফোর্ম তম্না লংথোকখিরম্মী। সার মোহন অশাউবনা থুমহৎলম্মী।

"নাতৈ চাদবা। মথোঙ হুক্তবা," মহাক্না অশাউবা খোঞ্জেলদা ইংলিস লোলদুনা লাউরম্মী। "ঐনা নখোয়বু ফাহনগনি, গার্দ-গার্দ...।"

বিলগা জিমগদু অমুকসু লৎকক তৌরম্মী। ঙাঙলিবদু মখোয়না ইংলিসকুম অমুকসু খল্লুরি। অদুবু মদু মখোয়গী মফমদদি করিসু কান্নদবা হায়বদু ওইরে।

"নচিন্দু খুম্ম!" হায়দুনা জিম্না সার মোহন লালগী মায়দুদা খুৎচাউদুনা পাক্না থাজিল্লম্মী। ট্রেনগী ইঞ্জিন্দু হুইশল খোংবগুম ঙংলদুনা চেনবা হৌরক্লে। সিপোয় অনীদুনা সার মোহন লালবু মশাইগল লাক্তুনা রেলগী মপান্দা লংথোক্লম্মী। মহাক তুং হন্দুনা তারম্মী। মাগী বেদ্দিং মথক্তুদা শিক্তুনা ওল্লগা সুইটকেস মথক্তুদা মখোল থোক্না তাশিল্লম্মী। সার মোহনগী খোঙশিংদু লৈমায়দা ফাজিনখ্রবগুম থাংবা থোকখিদ্রে। মাগী মপা লাম্থোক্তুনা য়াঙনা চেনখ্রিবা রেলগাড়ীগী মৈ ঙানবা থোঙনাউশিংদু তম্না উপায় লৈতনা য়েংদুনা লেলহৌরম্মী। অঙাঙবা মৈ অমা থানবা মমৈথংবা রেলগী শরুক্তুসু ঈরোয়ননা অদুম্মক চেনখ্রি। শন্থ্রিদুনা মখূৎতা ফিরাল অমা হাইরদুনা থোঙবাদুদা য়ান্দুনা লেপ্লি।

ইন্টর-ক্লাস জেনান কামপার্টমেন্টতা নোয় পেল্লবী লাচ্মিনা, নাতোন্দা য়াল্লিবা হিরা থাম্বা কাঙ্গোই নাশিকা অদুদা ষ্টেসনগী মৈঙাল অদুদা অরংবা কাপ্লদুনা ফল্লি। মাগী মচীন্দুদা ষ্টেসন লাম্থোকপগা ওথোক্লনবা খাঙজিল্লিবা ক্বাদাংদুনা পোমথোকহল্লে। য়াঙনা চেল্লিবা রেলগাড়ী অদুনা মৈ ঙাল্লিবা ষ্টেসন অদু হেক লাম্থোকগা সার মোহন লালগী লোয়নবী লাচ্মিনা মাগী খাঙজিল্লিবা অঙাঙবা ক্বাদাং মহীদু অমুক্তুদা য়াঙনা কামথোকখিরম্মী। ❑

খুশৱান্ট সিংহ (১৯১৫-   ), পঞ্জাপকী হুডালিদা পোকপনি। মাগী মপা, নই দিল্লী শেমগৎলকপদা চাউনা থৌদাং লৌখিবা আর্কিটেকচর সার সোভা সিংহনি। খুশৱান্ট সিংহ অগুাং ওইরিঙৈদা অফবা ইডুকেশন ফংলকখিবদা নত্তনা লণ্ডন য়ুনিভর্সিটিদা এলঃ এলঃ বিঃ তম্লুই। অইবা অমা ওইনা মহাক মায় পাক্লবা অমনি। ৱারীমচা ইবা অমা ওইনা, উপন্যাস ইবা অমা ওইনা, ইতিহাসকার অমা ওইনা অমসুং জর্নেলিষ্ট অমা ওইনা মহাক মায় পাক্লবনি। মাগী শীংথাবা য়ারবা লাইরিকশিংগী মনুংদা "মার্ক ওফ বিষ্ণু" (ৱারীমচা), "ট্রেন টু পাকিস্টান" (উপন্যাস), অমসুং "আই শেল নোট হিয়ার দ নাইটিঞ্জেল" (উপন্যাস) পনবা য়াই। ১৯৭৪ দা 'পদ্ম ভুষন' মিংথোল্ল ফংখি। মখাগী অসি ইংলিসকী চৎন-লোনচৎপু য়াম্না পামজবা নুপা অমনা ইংলিস মচাশিংগী মফমদমক ইকাইবা নংলকপগী করেম্নবা ৱারীদা য়ুম্ফম ওইবা ৱারী অমনি।

# শেম্নহৌদবা চৈরাক

*— শামসুদ্দিন*

মাগী মখুরা মপলশিংগী মচাশিংগী মনুংদগী সলিমা হায়বী চঙখোল্লবীদু বাদশাহ্ অকবরদা লুহোংদুনা পুন্সিগী অৱা নুংঙাই শরুক য়ামিন্ননি হায়দুনা লাক্লে। সলিমা অসি ফজবী ইচমত চমজবী, শুম্ফাৎনিংঙাইনা ফুদোংলবী অমনি হায়বা তাই। মসিমক্কা নিংথৌরেল অমা ওইনা খঙনরিবা বাদশাহ্ অকবরগী থম্মোয় লকানুংদা মাগী মফম অমা কনবা ঙমখ্রিবনি। অদুবু খরনি 'সিদা বাদশাহ্ অকবরদি নিংথৌ ওইরুবগী অচিনবনা লাকহৎখিদুনা সলিমাদা পূক্লিং থিংজিনবদগী খরখিৎ লাপথোকপা হৌরক্লে। নিংথৌকোল ওইবনা অরং-অরাক কয়ানা নাউকোল্লবসু অদুঙে মৌগী শীঙদা চন্দ্রিঙৈগী নীংখা তমজবদুদি মাঙজহৌরে। মহাক্না হৌখিবা মতমগী উচেক্কুম্না নীংখা তম্না কোয়না পাইরিঙৈ, অপাম্বদা চারিঙৈ, থক্লিংবদা থক্লিঙৈ, কোয়নিংবতা কোয়রিঙৈ পূম্নমক নীংশিংলক্লে। মহাক শেৎনিং ইন্নিংবতা শেৎ-চাবদা কনাগুম্বা অমনা পাম্লমগনি পাম্লম্লোই নোংমতসু খল্লুদে। অদুবু ঙসি কোনুংসিদদি, নৌনা লুহোংলকপি ওইবগা কৈন্যা অমগুম ফিজেৎ লৈতেংদুনা মতম চূপ্পসি লৈবা তারি। করম্বা মতমদা লেঙবিরক্কনিসু খঙদবা মবুংঙোদুগীদমক, মাবু পেলহন্নবা, মানা পাম্বীগদৌবা ফিজোলতা লৈতেংদুনা ঙাইবা তারি। চাবদা, থকপদা, চৎপদা অঙম অথৌগী ইয়ঙশিংগী লিচৎ শাজৎকুম ওইনবা হোৎনবা তারি। অমরোমদা হায়রবদি মশাগী অনীংবা অপাম্বা থাদোক্কুনা মাগী মবুংঙো, লৈবাক্কী মপুদুনা পেন্নবা হোৎনবনা মশিঙ্গাং ওইরক্লি। মায়কৈ মরিমক ফক্লাংনা কোয়শিনবা শরংগুম্না কোনুংসিদা মতোমতা অসুম্না খঙ্গরকই।

অসিগুম্বা সলিমাগী অৱাবা নুংবংনবা মওংসি অকবরনা খরমখৈ

খওলক্লবদা চান্নবীগী মফমদা তৌরিবসি চুমদ্রমাল্লে খল্লক্লে। ৱায়েল থৌদানা লাকহৎখিদুনা, নুংশিরবী রানি মাগী মফমদা থম্মোয়গী নুংশিবসি লাম্বোকপা ঙমজদ্রে। খরদং শাফনবা সলিমাবু কাশ্মীরগী কোনুংদা মতম খরদং নুংঙাইনা থল্লুগে খল্লে।

কালেম্বাগী শারবা নুমিৎশিংনি। বাদশাহ্ অকবরনা ফজখ্রবা থেল অমা ওইরিবা আইস বাঘকী ইক্স্ মহল হায়বা মথোল নাইবা য়ুম অদুবু চান্নবীনা লৈনবা খনগৎলে। মসিগী মথক্কী মথোলদগী য়েংখিবদা নক্না লৈরিবা তুরেল অমনা থেক খোয়না নীংতম্না চেম্ব্রখিবদু উরি। হেক নাকন্দা লৈরিবা মচু কয়াগী লৈকোন অদুগা ঈরোইননা শম্নখিবা চাংজৌ মান্নরবা অশংবা নাপীশিংনা চীংগী নাপোম তম্না লোইরোইননা শন্দোকখিবদু অয়েংবা কনানা হেক্তা পূক্নিং হুনা উরগনি।

বাদশাহ্ অকবরবু চান্নরবী সলিমাগা লোয়ননা মথক থংবা দলালগী খঙ্গিল্লিবা অদুগী ফিবান্দা ফল্লদুনা পুংজা কয়া ফজরবা প্রকৃতিগী মহাউ চূপ্লি। করিগুম্বদসু মখোয় ঙৈহাক লৈকোনগী অকোয়বদা কোয়থোক্লুনি। অয়োকপা শা-উচেকশিংগা ঙৈহাক অমুক শান্ননি। অদুদগী অমুক হঞ্জিন্দুনা পোত্থানি, পুন্সিগী অশেংবা মহাউদু চূপকনি। অসুম্না নুমিৎ খরনিদি বাদশাহ অকবরনা সলিমাবু মিকুপ 'মতসু থাদোকপা মরৈতরে।

নোংমা বাদশাহনা মাগী হৈনজবী মরক মরক্তা শাদানবা চৎপদু নোংমা নীনিদং চৎলুগে হায়না হৌদোক্লকই। অহানবদদি ৱাফমসিনা সলিমাবু য়াম্না নুংঙাইহল্লমদে অদুবু চান্নবনা কন্না পামজবা থবক্তুদা য়েৎনীংলুদবা অদুগা নুমিৎ হুম্নিখক্কী ৱাফম ওইবনা য়ানীংদ্রবসু য়াথোকখ্রে।

চান্নবীগী মফমদা কুইনা লৈরক্লোই হায়না ৱাশক্লল্লগা বাদশাহ অকবর শাদাল্লুনবা খোঙশানখ্রে। মহাক্কী য়াথংদা, অনৌবা নহা ওইরিবী নুপী খরবু রানি সলিমাগা লৈমিন্ননবা নেক্লুনবা হায়রম্মী। য়ামদ্রবদা মনাই নুপীশিংগী মনুংদা অমতা ওইরবসু মাগী মনাক্তা লৈদুনা মদোম তরক লৈবগী মৈশাদু লাংহন্দনবসু লাঙলম্মী।

চান্নবনা চৎখ্রবদা, সলিমাগী থম্মোয়দা করিনো'মা ইৱাৎতা ৱাৎপগুম ফাওররে। নাইতোম তাবগী অৱাবনা লান্দারক্লে। করিদসু খোয়জঙলুবা লৈরক্লে।

মনাক্তা মনাই অমা নৎত্রগা অমনা খূরক হাঙদনা মাবু পেলহন্নবা হোৎনরবসু, ৱারী ৱাতাই শাদুনা মবেম্মবু পেন্নবা হোৎনজরবসু মাগী চান্নজবা মবুংঙো ৱাংপগী অহাঙবসিবু মেনশিনবা ঙমদ্রি। নুমিদাং ওইশিল্লক্লবদা সলিমাগী অৱাবা হায়বদু ওইররে। খুনু জুরা অমা পাইরক্লগা মমাঙগী লৈকোলদা লৈরিবা ঈশিং চাইবীদুগী মনাক্তা তোংলরে। ঙহাক পোত্থাবগুম তুমিন তুমিন লৈনরি। অদুদগী অমগা অমগা চঙশিন্নদুনা চিল্লোক্লখ্রে। সলিমাগী শামথরবা মিৎস্নানা মঙম শান্দনা মতৌ অদু য়েংলুরি। ইখঙ খঙহৌদনা লৈকোলগী খোইথুম্নরবা লৈনম্লা মালংবগী শহুমগা ঈরোইননা খোইরাংবী হকচাংদা য়ৈররে। নুংশি মৈশা কোকপরা হায়ববু ফীভমসিনা মৈচাক হেন্নবা শীঙদুম য়াংলরে। লৈতাদবা হায়বদু হৌজিক মাগী ওইররে। মীহুথোঙ অদু থিংজিল্লন্নগা ফম্ফমলোমদা লেঙশিনখ্রে। অদুগা মনাই অমা কৌরকই। মনাই অমা খুদক্তা চঙলক্লুনা মকোক নোল্লরি।

"সেবারি ঙসিসি ঐ ঈশৈ নোংমাই তানিংই। ঈশৈ, ঐগী থম্মোয়গী অৱাবসিগা চাশিন্নবা ঙম্বা ঈশৈ...।"

"বেগম, অদোম্না য়াবিরবদি নৌরিবী ঈশৈ হৈবী লৈশাবী ননাই অমা লৈ। মাবু কৌজরক্কে। মহাক্তু বিনাসু নীংথিজনা খোংই। অদুগা মহাক্কী শৈহেক্লো অতাববু হেক্তমক শুক্কাৎপসু ঙমই," মনাইদুনা হায়বকই।

"অদুদি মহাকপু কৌকুরো। থিন্দনা মাবু 'সিদা পুরক্লো। ঐহাক ঙসিসি করিমতদা খোয়জংদ্রে, লৈতাবা ঙমদ্রে।"

ইকুই কুইদনা, অনৌবা মনাই অমা মশামকপু মশক তাকপগুম সলিমাগী মমাঙদা লেপ্লরে।

"নহাক্কী মিংদি করি কৌই? নঙদি মফমসিদা ইনৌ নৌবা মাল্লি।"

"ঐবু ময়াম্না জিনৎ কৌবী। ঐদি ঈশৈ শকচবা মীনি। মসিনা হিংবগী পাম্বৈসু ওইজবনি। মসিগীদমক মফম কয়াদা কোয়না চৎচৈ। মফম অশোমদা লাকপদা তান চানদুনা কোনুংগী মীনাই মীশন খরা লৌগদৌরি হায়না তাজে। অদুদা লাইবক ফরবদি ইবেম্মগী সেবা ফংব্রা য়েংগে লাকচবনি।"

মনাই অদু অসুক্কী মতিক নোল্লুক্লা শুকথনা ৱা ঙাঙখ্রে। মসিনা সলিমাগী থম্মোয়দা ঈথিল অমা পীররে। মহাক্লা হায়রকই, "জিনৎ, নঙগী বিনাদু পায়খৎলো অদুগা নুংশিরবা ঈশৈ অমতা শকউ অদুবু অৱাবদা শৈথাবা ওইহল্লু।"

জিনৎনা বিনাদু লৌরদুনা ঈশৈ শকপা হৌরে। মহাক্তুগী ঈশৈদু অসুক্কী মতিক খোইথুম্লখ্রে। ঈশৈগী শুরসিনা সলিমাবু থম্মোয়বু লায়না ঈরাক্লহনখ্রে। অসুম্না শক্লি—

*"ও! তমথিরবা নুংশিবা। নঙনা ঐবু মীরায়বিরম্লে। ইনাক্তগী লাপ্না চৎখ্রে। উজবা ফাওবা ফংখিদ্রে। নঙদি ঐবু কাউররিনি। ঐনদি নঙবু হৌজিকসু। লাৎলি থম্মোয়নুংসিদা, অশা তৌরি নঙবু। নোংমা উনখিনি হায়না..."*

সলিমাদু ঈশৈগী শুরদা লোথরক্লে। জিনৎপু থাদোকখ্রগা পোত্থারুনবা লেঙশিনখ্রে।

মথংগী নুমিৎতসু সলিমানা জিনৎপু কৌহল্লুরে। অয়াম্বা মতমদা মাগা ৱারী ৱাতাই শাদুনা লেল্লে। নুমিদাং য়ৌশিল্লক্লবদা মমাঙগী নুমিৎকুম অৱা ঈশৈ শক্লবা হায়রে। মমাঙগী নুমিৎকুম জিনৎ ঈশৈ শক্লকই অদুবু ঙসিনা শুক্মৎপা হেন্না শকপগুম তৌরি। সলিমানা জিনৎকী মখূৎতু মাগী খুবাম্নুংদা পায়রদুনা নুংশিনা হায়রকই।

"জিনৎ নহাক্কী কনাগুম্বা নুংশিনজবকাক লৈখিব্রা?"

"নত্তে, বেগম, চাক্লিবনবু নুংশিবা খঙলুবা য়াব্রা? নুংশি নুংওন হায়বসিদি ইনাক কৈবাক খুনবশিংগী লেন্নফম, নুংঙাইথোকফম্নি," জিনৎনা ঈংনা য়েংলদুনা হায়রকই।

"নত্তে, নত্তে, নঙনা হায়রিবদু ঐ থাজদে, নহাক্কী কনাগুম্বা নুংশিনজবা অমা শোয়দনা লৈরমগনি। মহাক্নুনা নঙবু শোয়দনা মীনম্বিরম্লগনি।"

"অদুদগী নিঙবা কায়রদুনা অসিগুম্বা তেংথা নাওইবগী ঈশৈসি ওইখিবা ওইবিনিদা" সলিমানা জিনৎকী মিৎলুদা মিৎয়েং থম্লদুনা হায়রকই, "নত্তে বেগম অদুগুম্না মওংকা নৎচদে।"

"অশেংবদু ঐঙোন্দা লোৎকনু জিনৎ। মহাক্তুগী মমিংদু হায়য়ু। ওইথোক্কদবা লৈরবদি ঐনা নঙবু মঙোন্দা লুহোংনবা হোৎনবদা মতেং পাংগনি," সলিমানা অমুকসু মিনুংশিগা লোয়ননা হায়রকই।

"নত্তে বেগম, ঐহাক পীক্লিঙৈদগী ঈশৈ পামজরক্লবনি। ঐহাক মসিদগী শান্তি, নুংঙাইবা ফংজরিবনি। মসিতনা ঐগী নুংঙাইনবা পাম্বৈ ওইরিবনি। ঈশৈ শকপসি নত্তনা সংসারসিদা ঐনা পাম্লুবা করিসু লৈত্রে।"

নুমিৎ নীনি হৌখ্রে। হৃন্নি শুবা মাগী নুংশিজরবা বাদশাহ্ লেঙলকপা নুমিৎনি। সলিমা হৱাওজবগী ঙমখৈ লৈত্রে। অয়ুক ঙল্লিঙৈদগী কদায়দা করি থন্বালগা অদুগা ফজবা ফজদবা শিনবা হোৎনবদা অচিনবা ওইখ্রে। নুংথিল য়ৌরক্লবদা খ্বায়দগী হেন্না ফজে খঞ্জবা ফিজেৎনা লৈতেংলদুনা অনৌবী কৈন্যা অমগুম মবুংঙো লাকপা ঙাইজরি। মরক মরক্তা অমুক'মুক হৌগৎতুনা মিংশেলদা মতোমতা য়েংলুনি অদুগা শেৎলিবা ফিরোলদু শেমজিন শাজিঞ্জগনি। অমুক চঙশিন্দুনা ফম্ফমদা ফম্লুগনি। পূং অমা হৌখ্রে, অনী চৎখ্রে, অহুম লানখ্রে। অদুবু মহাক্তু লাকপগী শমিন অমতসু ফংবা ঙমদ্রি। সলিমা লৈতাদবা হায়বদু অমুকসু ওইররে। দোলানগী নাকচিদা অমুক থোক্কনি। কোয়লৈ লৈদুনা য়েংগনি। অদুবু করিসু উবা তাবা লৈত্রে। চঙশিন্দুনা মাগী মিহুথোঙদু হাংদোক্তুনা তাম্না উখ্রিবা লম্বীদুদা মিৎয়েংনা খোঙ্গুল লীরুরি। মাগী থম্মোয়, থৱায় অৱাবদা ঈরাক্লরে। করিগুম্বা অমতা অরেপ্পা লৈবা নত্তে।

কা মনুংদা শাগৎলক্লদুনা মাগী দুপতাদু লংথোক্তুনা থমখ্রে। হৌজিক মহাক জিনৎপু অমুক নীংশিংলক্লে। কৌরুনবসু হায়খ্রে। ঙাইহাক লৈরগদি জিনৎনা মাগী সেবাগীদমক লেপ্লরে। সলিমানা হায়রকই, "জিনৎ, বাদশাহ হল্লক্লে করিগী অসুক থম্মোয়সিনা লৈতাদ্রিবা ঐ খঙদে। করি তৌগদবনো হায়বসু খঙদ্রে। নঙগী ঈশৈদু অমুক্তং শক্কেরা। মদুনা ঐবু খজিক্তং পোত্থাহনবগুম তৌই।"

"নুংশিবা অমনা মাগী নুংশিজবা অমবু ওৎপিরবা, ওৎপিরবা মাগীদি ৱাজবা হায়বসি হৌনশানি।" জিনৎনা শান্না য়েংলদুনা হায়রকই।

হৌজিক মাগী ঈশৈদু অমুক শক্লক্লে। ঙাইহাক্তি সলিমাদু ঈশৈগী ঈচেলদা লূপখ্রে। অদুবু অমুক বাদশাহ হল্লক্লিবদু নীংশিংলক্লে। অদুনা মথম্মোয়দু পুবা ঙম্লক্লে। অদুদগী জিনৎপু কৌদুনা হায়রকই, "সেবারী, ঐ হৌজিক অমুক খাঙবা ঙম্লক্লে। ঐ হৌজিক ইশানা ইশাবু কাউথোকচবা পাম্লে। ঐগী জ্ঞান পূম্বসি মাঙলসনু। মহাক্তুনা হল্লকপদুতং ঙাইবা ঙম্নবা। জিনৎ, নুংশিরবী সেবারী ঐঙোন্দা য়ু গিলাস অমতা পীয়ু, চৎলো থুনা লৌরুরো।"

সেবারী জিনৎ, রানীনা হায়বদু হীক্তোক্লমদে। অতোপ্পা কাদা চত্তুনা য়ু গিলাস অমা লৌরুদুনা সলিমাগী মচীন্দা ইল্লরে। মিৎনা কৃপ্পদা সলিমা অতোপ্পা সংসার অমদা তাউখ্রে। নিশানা হাইহৎলবদা করিসু থৌশারুদনা ফমথরক্তুনা

তূমথখ্রে। জিনৎ মফমদুদা তুমিন্না ফন্নদুনা রানি সলিমাগী মওং তানা ফজরবা হকচাংদুবু য়েংনিংলকই। মমল য়ান্নবা লৈতেংশিং, নীংথিজনা শেম-শারবা শন্নাং, ফজরবী মিৎন্না, অমুবা পিশুমগা লোয়নরিবা থোৎ নৌরবা হকচাং কয়াৎ পূন্নমক অসিনা মাবু অনৌবা ইনোৎ অমা কাররে। জিনৎনা কোয়না লৈদুনা য়েংলকই অদুগা সলিমাগী মনাক্তা চঙশিল্লকই। মশামকপু নোম্থরদুনা মাগী চীনবালনা সলিমাগী চীনবান্দা থন্নদুনা নুংশিনা চূপ্পুরি। অদুগা থুনা হৌগৎতুনা মমায় লৈথোক্লককপদদি মহাক্না তৌরিবশিংদু বাদশাহ অকবরনা য়েংদুনা লৈরম্বদু উবদা চঙক্লখ্রে।

জিনৎ মীপায়বা অকিবা ফাওরকই। বাদশাহবু য়েংলুবা ফাওবা ঙমজদ্রে। তুমিন্না লৈথোক্তুনা চৎখিবা পাম্লে। অকবরনা শাউনা লাউরকই, "নঙ কনানো? থেঙলবা অহিং অসিদা মফমসিদা করি তৌরম্লিবনো?"

জিনৎনা হায়জরকই, "ঐ নুপা অমনি। ঐ...।"

"খঙলে তোক্লো নরক্কী হুই! করি নথৌনা লৈদুনা অসিগুম্বা অসি তৌরিবা? অদুগা সলিমা নঙদি কয়াদা লৌনম চাউখ্রবা, তুক্কচরবা লিচৎ চৎলিবা? লৈবাক অমগী মপুবু অসুক নমথাক তৌদুনা অপঙবা শীরবা।"

জিনৎ করিগুম্বা খরদি হায়বা পাম্লম্বনি। অদুবু ব্রাহৈ অমফাওবা কাঙথোকপা নংদ্রিঙৈদা শঙলিংবা কাঙবু কৌশিন্দুনা মাবু চিংদুনা পুখ্রগা কোনুংগী অতোপ্পা নাকন্দা লৈবা অতোপ্পা মম্লবা কাখু অমদা নমশিন্দুনা বন্দি ওইনা থমখ্রে। বাদশাহসু মফমদু থাদোক্তুনা চৎখ্রে। নিশানা জ্ঞান মাঙলবী সলিমাবুসু বন্দি ওইনা থমখ্রে।

অয়ুক অঙনবা য়ুগী নিশানা ময়াই চমথরক্লবদা সলিমাসু খোইরাংনা হৌগৎলক্লে। কোয়লৈ লৈদুনা য়েংলকই। মনাই অমতসু মনাক্তুদা লৈবা উদে। অদুগা কাদুসু থোঙ-থোঙনাউ খুদিংসু লোন্দুনা লৈরি। মহাক্না থোঙগী অহোবদা চঙশিন্দুনা য়েংলদুনা থোঙদা কাক কাক থীল্লুরে। মখূৎতা থাঙশাং পায়বা থোঙশঙবী নুপী অমা চঙশিল্লক্লে। সলিমানা হংলকই, "করিনো তৌরিবা পূম্বসি? নঙনা মসিদা অসুম্না লেপ্পরিবনা করিগীনো?"

থোঙশঙবী নুপীদুনা খুম্লকই, "ঐ মফমসিদা বাদশাহগী থৌদা পাঙথোক্লিবনি।"

"বাদশাহ্ শাদানবা চৎখিবা হল্লক্লবরা?" সলিমা ইচম চম্না করিসু খল্লুদনা হংলকই।

"অহোয় অহিং অথেঙবদা লেঙলক্লে।"

"অদুদি হৌজিক্তি কদায়দা খোঙদোইখ্রবগে?"

"মোটি মহলদা।"

সলিমা হৌজিক ব্রাখল খরমখৈ লাক্লে। "ঐহাক অহিং চূপ্পা জ্ঞান মাঙদুনা নিশাদা তাউদুনা লৈরুরেদনা। বাদশাহ্ অহিং অথেঙবদা হল্লরুম্বা তারে। ঐনা তূমদুনা লৈরম্বা থেংনবদগী শাউরদুনা মোটি মহলদা চৎখিবা ওইরম্বা তাই। হৌজিক্তি ঐগী থম্মোয়গী য়েক্লবা "রুকয়াগী লাইবক ফবা নুমিৎ হায়বদু ওইখ্রেদো।"

বাদশাহ্ অকবরনা মপাগা পোকমিন্নবা মচিন মনাওশিংনা পোকপা অতোপ্পা রুকয়া কৌবী অমসু লুহোংদুনা লৌবনি। হায়রিবা নুপী অসি হৌজিক হৌজিক মোটি মহলদা লৈবনি। সলিমানা হৌজিক মোটি মহলদা তশেংনা শিরাপ তৌরকই, "রানী অমতনা মশাগী পুন্সিবু মশাগী ওইজবা ফংদে। মখোয় অসি নিংথৌশিংগী পোত্থানফম পাম্বে ওইনতা লৈবনি। মখোয়বু নুংশিবিবদু কৈদৌঙৈদসু অশেংবা হায়বদু ওইদে, ফজবা রানিশিংগী শক্তমশিংবু মন্তিক্লবতনি।"

সলিমানা খল্লকই, "ঐগী ইরালবু করিনো? বাদশাহনা হল্লকপদা মাবু ওক্লুনা, ঙাইদুনা লৈরমদে, তূমদুনা লৈরম্মী অসিরা? অসিগুম্না অসুক চাউখ্রবা দন্দিসিবু পীকখ্রবা থৌদোকসিগীদমক মতিক চারবরা?

নুমিৎ খবনিদি সলিমা ব্রানা খাঙদুনা ঙাইজরক্লে। অদুদগী চিঠি অমা ইদুনা থোঙশঙবীগী খুত্থাংদা বাদশাহ য়ৌহনখ্রে। বাদশাহনা চিঠিদু হাইফেৎ য়েংলগা লৈমায়দা লংথোকখ্রে অদুগা শাউনা হায়রকই, "অদুক চাউবা পাপকী থবক অমা তৌরবদসু চমজরবী অমুকসু শাবা শাই। মাগী মরাল হায়ববু তুল্লবা অদুগীরা হংজবসু শারি... চৎলু অদুগা শিজখ্রো হায়রু।"

সন্ত্রী অদু হল্লক্লুনা পাউ অদু সলিমাদা তম্লরে। সলিমানা খনবা য়াবমখৈ খল্লকই। অদুবু মহাক্লা করি লানখ্রবনো হায়বসিদদি লেপথোকপা ঙমজদ্রে। অদুদগী মানা অরোয়বা ওইনা চিঠি অমগা অমুক ইরে—

*ঐগী ইবুংঙো, ঐগী পুন্সিগী ঈশ্বর,*

*অরোইবা ৱাহৈ পরেং খরসিদং হায়বা য়াহনবীয়ু। ঐগী চান্নরবা ইবুংঙো নহাক্না তাকপিবগুম ঐহাক শিবদা লেপ্লে। অদুবু মসিগী মাঙজৌননা করিগুম্বা অমতংদি নিজনিংঈ। ঐবু, ঐনা লংজখিবা ইরালদুদং খঙলবদি শান্তি লৈনা শিজবা ঙমগদবনি। অদুদংদি খঙহনবিয়ু, অসিতনি।*

*সলিমা*

বাদশাহনা ৱাহৈশিংসি শন্নপ্না চিঠিদু ফংলবদা য়েংলকই। অদুদগী জিনৎ হায়বা নুপী শাদুনা লৈরম্বা নুপাদু বন্দি থম্লিবা কা অদোমদা লাক্লুনা নুপাদু কৌথোক্লরে। নুপাদুগী ফীভমদু য়াম্না মওং চারমদ্রে। অদুবু মায়থোঙদদি মোমোন্নবগী মমি অমা তারি। বাদশাহ্ অকবরনা হায়রকই— "শিদ্রিঙৈ মমাঙদা করি হায়নিংলিবগে হায়বদু তানিংই।" নুপাদুনা খুন্নকই, "ঐহাক অঙাং ওইরিঙৈদগী সলিমাবু পামজরকপনি। অদুবু মাদি খরা চাউরক্লবদসু পর্দানা অমুক কূপ্তুনা লৈখ্রে। অদুদগীদি বাদশাহদা অমুক লুহোংখ্রে। মহাক্না ঐবুদি কাউররিগনি। অদুবু ঐদি মাবু কাউবা মরৈত্রে। মহাক মফমসিদা লাক্কনি হায়বা তারদুনা ঐসু মফমসিদা লাক্লগা মাবু উনিংবনা ঙাওরদুনা মীনাই ওইনা ইশামকপু শকলোন লৌজররিবনি। অদোম্না লেঙলক্কদৌবা অহিংদুদা মানা শিনা লাকহত্তুনা তূন্নিঙৈদা ঐহাক্না অনকপদগী উরুবদুদা থম্মোয়দা হৌরকপা খাঙঙমদ্রবা মাবু নুংশিজরুবগী ঈহৌদু ফাথবা ঙমহৌদ্রদুনা মাগী চীন্দা চুন্নতা ইচীনসিনা চুপ্লুবনি...। অসিতনি।"

"অদুদি নহাক অসি মাগী মনাই অমগী শকলোন লৌরিবা নুপানি হায়বসি মহাক্না খঙখিদে?"

"নত্তে, ঐগীসু মপু, মসিগী মরমদদি মহাক করিসু খঙলম্লোই।"

বাদশাহ অকবর ইক্স্ মহল তান্না খোঙলৈ থুনা লাকপদদি সলিমাদি হান্নবা হু থর্কাচিল্লুবনা মরম ওইদুনা হুগী মৈশানা হাইহৎলদুনা অরোইবা নিংশা ঙাইদুনা লৈরম্লে। বাদশাহ লাকপদা মায়থোঙ হাইফেৎ হরাওবগী মমি অমা তারক্লি। হৌগৎনবা হোৎনরদুনা মহাক্না হায়রকই, "ঐগী ইবুংঙো, ঐগী ইরাল করিনো হায়বসিতা ননাইনুবীদা খঙহনবিয়ু, ঐহাক অনুতাপ লৈতনা শিজখিবা য়ানবা।"

"সলিমা নহাক হৌজিক ঈশ্বরগী খুয়া তম্না চৎলবনি। অদুনা অচুম্বা

হায়য়ু নহাকপু সেবা তৌরম্বী জিনৎ হায়বদু নুপানি হায়বা নহাক খঙখিদবরা?"

"মহাক্তুবু নুপানি হায়বা" সলিমানা ইঙক ঙক্লা হংলকই। "মহাক্তুনা নুপা ওইরবদি ইবুংঙোনা ননাইদা পীবিবা চৈরাকসি ঐ হরাওনা লৌজরবনি। হৌজিক ঐগী হায়নিংবা লৈজদ্রে। ঐবু ঙাকপীনবা চুম্নতা নিজরি।"

সলিমাগী অরোয়বা শ্বর হোনখ্রে। বাদশাহ্ অকবর ব্রাবনা ফুম্বংনরকই। ঈশ্বরদা মানা সলিমাদা লংজখিবা অশোয়বদুগীদমক ঙাকপিনবা নিজরকই।

"চাউরবা লৈবাক্কী মপু অমনা মাগী হেকমক লোয়নজবী রানীদা অচুম্বা ব্রায়েল পীবা ঙমখিদ্রবা?" ❑

---

*'শেন্নহৌদ্রবা চৈরাক' হায়বা ৱারী অসি মখুম তৎখ্রবা মল্লবা লাইরিক অমদা য়াওরম্বা থেংনবদগী ইচম চম্নতা পামজরুদুনা হন্দোকচবনি। লাইরিক অসি শামসুদ্দিন কৌবা নুপা অমনা ইবনি অদুবু লাইরিক অসিগী মখুম য়াওরমদবনা অইবগী খোঙ্গুল লীবদা ওইথোকপা খরা ৱাখ্রে। মসিগীদমক ঙাকপীগনি। মসিগা চপ মান্ননা মথংগী ৱারী 'লেমহৌবা মৈশা' হায়বসিসু হায়রিবা লাইরিক 'দি লভ্‌স ওফ বেগম সুমরু এণ্ড অদর ট্রু রোমান্স' হায়বা লাইরিক্তুদগী লৌথোক্লকপনি। ৱাবীশিং অসি পামজরুবনা লাইরিকসিদা হেক্তা হাপচিঞ্জরে। ঙাকপীগনি।*

# লেমহৌবা মৈশা

— *শামসুদ্দিন*

মহাক্তু ৱাংই, তোঙ্গানৈ, মুনা শাংলবা, নুংশিরবা অচোইবা শল্লাংগী মপুনি। খোইথুম্নগদৌবা, পীথোক্লিংলবগুম্বা চীনবান্না মাগী ওই, অদুবু শামথরবা, তাইফেৎ তাইরবা কুচুনা মদুবু লাকহৎলে।

নীংথিজনা গালিচা থাবা, ফজরবা ফীজংশিংনা লূম-লূম লাওনা য়াম্থুরিবা, লৈতেং হক্রুবা পিথ্রাইগী থাউমৈ অমনা টেবল মথক্তা ঙাম্থোইরিবা কাদুদা মহাক্তু নাইতোম ফম্লি। পল্লেপফম খঙদ্রবা ৱাখলগী ঈথিলনা মাগী মীৎম্নাশিংদু খামদেকহনবগুম্লে। অদুগা শেংফাত্তবা লৈই অমা অনী পীশুম মথক্তা ফাওরবগুম উরে।

জাইবউনিশকী কাহৎলবা মীৎম্নাশিংদু চোকথরবগুম উইশিল্লম্মী। অদুদগীদি হৌখিবা থৌদোক্কী নীংশিংবনা লান্দারক্লে।

* * * * * * * * *

মাগী মপাবুং নিংথৌরেলগা লোয়ননা লাহোরদা চৎপদা, মাগী পুন্সিদা অনৌবা করি থোক্লগবা হায়বদু মমি-শামি ফাওবা খঙলুবা ঙম্লুবা নত্তে। নিংথৌকোন ওইরিবা লাহোর সহরগী ফিবান য়ৌরক্লবদসু করিসু থম্মোয়নুংদা নাচুংলুদে।

মফমদুদা ঙাইহাক চরাং খোইরাংনবা অমা তারকই। জাইবউনিসনা করিনো খঙনীংবদগী খোয়রাংদুনা নীংথিনা লৈতেংলবা সনা খূত্তুনা দোলাইগী পর্দাদু হাইরপতং হাইগত্তুনা মপাল্লোমদা য়েংলমই। মহাক মমিৎনা উরিবদু মতোমতা থাজরমদে। নিংথৌরেল অদু মাগী শাদোং ওইরিবা চাউরবা শামুদুদগী কূমথরদুনা

শকখঙদবা ব্রাং-চাউনা চঙখোল্লবা নুপা অমবু পাম্বোমনুংদা নুংশিনা কোনবিরি। শকখঙদবা মহাক্তুনা নিংথৌরেলদুদগী খরখিৎ হেন্না ব্রাংবনা নিংথৌরেলগী লেংজুম লান্না য়েংলক্লি। অদুদগী থোৎনা উরবা, জাইবকী অমুবা মিৎনহা জুরা অনীগা থেংগাইনররে। জাইবউনিশ মোমোন তৌরম্মী। মহাক্লা মাগী মপাবুংবু অসিগুম্বা মীৎকুপ অসিদনা খ্বায়দগী হেন্না নুংশিবগুম খল্লকই।

শকখঙদবদুগী মীৎয়েংগী শমিন্দু ফংলদুনা মানা পর্দাদু থাদরম্মী। অদুদগী মহাক্লা মতোমতা খল্লকই, "হৌনখঙদা মীগুম ইকাই নাইদনা রাজকুমারী অমগী মীৎস্না তম্না অসুম্না য়েংলক্লিবা।"

আকিল খাঁ লাহোরগী অনৌবা গভর্নর অসিনা নিংথৌরেলদা কোল্লিবদুদগী কোমথোকহন্দুনা মশাবু হন্দোকহল্লগা খ্বাং হাইরপ নোম্বুরগা খূৎনা লাইবক্তো পুখৎত্তুনা শোক্লগা অমুক্কা নাকন্দা পুথদুনা নিংথৌরেলদা ইকাই খুম্নবা উৎলিঙৈদা ভাইবউনিশতি লৈথোরক্লে। মহাক অকিলখাঁগী মরমদা মমাঙদা কয়ারক তাখ্রে। চাউরবা লৈবাক অদুগী খ্বাইদগী ফনা লৈঙাক্লিবা গবর্নরশিংগী মনুংদা আকিলখাঁসু অমা ওইরিবনি। নিংথৌরেলগী মীৎয়েংদদি আকিলসু নহা ওইনা ইনখৎলক্লিবা শক হেল্লবা থৌনা ফবা অমা ওইনা য়াওরিবনি।

জাইবউনিশনা মপাবুং ঔরঙ্গজেবপু মাগী মপা অমগুম লোয়নরক্তে। পীক্লিঙৈ, কাংদোম ফাদ্রিঙৈ মমাগী মতুং ইন্দুনা মাগী নাক্তো অদুম লৈরক্লবনি। মাগী থোৎলবা পূক্লিংনা, মশামকপু চেকশিন খোমজিন্না নিয়ম ঙাক্লা চৎনবা হোৎনবদা তমথিবা মাল্লবা মপাবুং ঔরঙ্গজেবগী চগন্নবা মওংদুদা চাশিন্নবা ঙমজদ্রে। ব্রাখলগী কল্লনা চুরবা তনৌরবী মহাক্কী থম্মোয়নুংদা চঙখোন্না ফজরবা গভর্নর অদুগী অতপ্পা ইহৌ অমা ফাওরক্লে।

খরা লৈরগদি নিংথৌকোল্লগী রাজকুমারী অদুগা আকিলগগী থম্মোয়গী অরোনবা মরীদু জাইবউনিশকী মনাইনুপী অমগী খূৎথাঙদা লৈশাৎ তন্লে। কয়ারক উননবা শীল্লে অহিং খুদিং রাজকুমারীদু পাম্বুবগী মথানুংদা ঙাইহাক্তসু লোৎচবা ফংনবা ঙাইজবনা মশিল ওইরে। অমনা অমবু উনীংবগী লাঙতক্লবদি নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লি। উনবা খুদিং অরোনবা ওইগদবনা খুদোংথিবসু ঈরোইননা হেনগৎলক্লি।

নুংশিজবা মাগীদমক পাখৎচরবা, কিজরবা মানা মপাবুংগী তমথিবা

মতৌদুবুসু খ্বায়না খঙবদগী হেন্না খঙই। জাইবউনিশনা আকিলদা হংলকই, "নহাকপু ঐগী তমথিরবা পাবুং'সিবু কিবা ফাওদবরা?"

আকিলনা তরংদা য়েংলিবা লাউরপ্লা মীৎম্না অনী, ফজবনা মথোৎ কারবা পীশুমশিংদু তম্না য়েংলকই অদুগা খন্থনা হায়রকই, "ঐঙোন্দদি নঙগী নুংশিরবা মীৎম্না অদুদগী হেন্না কিবা লৈতে করিসু নহাক্কী নুংশিবনা ঐঙোন্দা শিন্নরবদা ঐনা কনাবু কিরুনি।"

মশামকপু পাম্মুবদা কখোকচখ্রবদা হৌজিক্তা তমথিরবা মপাবুংবু অমুক নীংশিংলক্লবদা অকিবা ফাওরক্লি। "নুংশিব'সিবু চাং হন্থনরকপ্রা?" মাগী চীনবালদগী হাইরপ হায়দোরকখিরম্মী। আকিলনা মহাকপু নক্না চিংশিন্দুনা মথানুংদা কোনবিরম্মী। ঐগী নুংশিবসি অসুক লূবনি হায়বা চাংজৌ লৈতে, সমুদ্রনি হায়নবদুগুম্বনি।

মসিদি তশেংনা চঙজরবগুম্বনি অদুবু জাইব মশামকপু অৱাংবা ফীভমদা থম্বদগীদি লাপহৌরে। লাপথোক্লরগদবা নুমিৎনা নোংমা নোংমগী নকশিল্লক্লবদা জাইবগী থম্মোয়দা লৈতাদবনা অসুম অসুম মথোই কারক্লি। নুংশিজবা মহাক্না মতবু যানীংনবা পাম্বে থিরক্লি।

হকচাংগী ফিভম ফগৎলক্লবদা নিংথৌরেল মশাগী কোনুংদা চৎনবা শেম শারক্লে। মখোয়না মফমদু থাদোক্কদবা নুমিৎ অদুদা আকিলখাঁনা মাগী লৈমকোলগী নুংশিজবীদুবু অমুক্তা উনজহৌনবা লাক্লম্মী। পূংফমসিদদি জাইবনা মশাবু পাম্মুবগী মফমদা পূমলান লাম্থোক্লম্মী। নীংথিজরবী চরমদু ফুনগৎলকপমখে মাগী লোইনাই খম্নাইদ্রবা নুংশি ৱাবীদু শাজরম্মী। অদুগা মপাবুংদা মহাক্না হায়জদুনা মখোয় অনী লুহোংবা য়াহন্নবা হোৎনগনি হায়নসু তম্লম্মী।

নিঙোলকাদা হল্লক্লবদা জাইবউনিশ মপাবুং ঔরঙ্গজেবপু তশেংনা তেথহন্নবা থেম্বা ঙমগদৌরিব্রা খনবদা মতোমদা নুংনাংলম্মী। মশাগী মখোঙশিংদু খংশোন শোম্থরকপগুম তনিক তনিক্লকই। নিক্লবা খূৎশাশিংনা মনাক নকপা যূম্বী অমদা লাম্নবা হোৎনরম্মী। অদুবু শোক্লম শোকফাৎত্রিঙৈদা লৈমায়দা হাইথদুনা তুবদগী শাথিনা শোকহল্লম্মী। হৌখিবা নীনি হুম্নিসিদি পূক্লিং শোকপা খোইরাংবনা মখোয়বু তত্তনা অৱাবা পীরম্মী।

জাইবউনিশ খরনিদি ফমথক্তা য়াতাদুনা লৈরে। শোকপগী পাউ অসি

নিংথৌরেল ঔরঙ্গজেব য়ৌহনখ্রে। রাজকুমারী নীংথিজনা পোখাবা দরকার লৈরে হায়বদুদা, অদুগা মখোয় অনীগী মরীদু খঙলুদবা, চিংনবা করিসু লৈতবনা ঔরঙ্গজেবনা মচানুপীবু আকিলদা শিন্নরদুনা দিলীগীদমক খোঙশাল্লে। নিংথৌরেলনা চৎখ্রবদুদদি নুংশি খোঙলোই অনীদু মখোয় কাখ্রে। তোয়না তোয়না উনরে। নুংশি নুংঙোনগী মপাল নাইদ্রবা নুংঙাইরবা ঈপাক্তা নুংশিবদা লূপখিদুনা অকোয়বদা মখোয়গী মরমদা নিংফুং নিংফুং ঙাঙনরিবা পূম্বদু মখোয়না থৌশারুদে। থোক্লবা য়াবা খুদোংথিবা পূম্বা থৌওইরুদে। পাউ অসি নিংথৌরেলগী নাকোং য়ৌখ্রে। অশাউবনা হাইহৎলদুনা নিংথৌরেলদু লাহোরগীদমক দিলী থাদোকখ্রে।

ঔরঙ্গজেব মহাক্কী ঈংতপ্পা, ফাথবা ঙম্বা, করিগুম্বা থবক অমা পাঙথোকপগী ৱারেপ হাথু-হাথু লৌদবগীদমক শীংথানরিবনি। মহাক্না মচানুপীবু দিলীদা পুরক্লে। জাইববু অতোপ্পা মীওইশিংনা লুহোংনীংবগী ৱাফম কয়া থাগৎলক্লম্মী। ইনখৎলকপগী হে তোংবা অমসুং আকিলগী ৱাখলগনা জাইবউনিশনা লুহোংবগী ৱাফমশিংদুবু কপ্থোক্লম্মী। মহাক্তি আকিলগী ৱাখলদা চপ য়ুংদুনা লৈখ্রে।

ফিভমসিদা শাথিনা শাউহল্লবা ঔরঙ্গজেবনা আকিলবু কৌখৎলম্মী। অদুবু আকিলদি মীওইবগী লীচৎপু হেন্দোক্লা খঙবা মীনি। মরিনি শুবা নুমিৎতা লাহোরদগী আকিল কৌনবা চৎখিবা কাঙবুশিংদু জাইবকীদমক্তি অৱাবা ওইগদৌবা পাউ ঈরোইনদুনা হল্লক্লে। ঔরঙ্গজেবগী খোয়শাউনববু কিরবা আকিলদি কাবুলগী সিমনা লাম্থোক্তুনা চেনখ্রে হায়বা পাউসিনা জাইবউনিশপুদি পূংপঙ পঙশিলহনখ্রে।

জাইব হৌজিক্তি শাউনিংবা, ৱারৌবনা ফুম্বংনরম্মী। মহাক্না কিজরম্বদুমক থোক্লরি। আকিলনা মাবু মীনস্বীরম্লে, তাৎ তৌদুনা হন্দোকপীরম্লে হায়না খঞ্জরম্মী। কান্নরোইদবা ঐগী ওইরোইদৌবা, মশাগী ফিরেপ লৈতবা মী অমদা করিগী অসুম্না অসুক ঙাওচৎনরুরিবা। অদুমকপু ইকুই কুইদ্রিঙৈ অকনবা নোংলৈ অমনা নিংথৌরেল ঔরঙ্গজেবকী কোনুংদা নীকহল্লক্লে।

মচানুপীগী লুহোং থোংদোংবগী ৱাফম পূম্বা নাথৈদুনা মশাগী সিংহাসন যুবরাজ অকবরগী মখূত্তগী কন্নবা লাম্মী থোমচিন্দুনা হোৎনরে। মোগোল শাগৈগী মপা মপু হাক্তক্তগী তৌবগুম, ঔরঙ্গজেবকী মরিশুবা মচানুপা অকবরনা মপাগী

মায়োক্তা লালহৌরক্লে। জাইবউনিশদি কোনুং মনুংদা মাগী মাঙখ্রবা নুংশিবগীদমক তেংথাবনা মশিল ওইরি।

পাউ! পাউ অসি তারবখক্তদনি মহাক্না আশা খজিক্তং উৎলক্লিবা। মাগী নুংশিরবা আকিল যুবরাজ অকবরগী সেনাপতি ওইনা য়াওরক্লি হায়বা অরোনবা পাউদু তারগা জাইবতি লালহৌ অদু মায়পাকপগী আশা তৌরি। আকিলসু লালহৌ অদুনা মায় পাক্লবদি জাইবপু লুহোংবগী আশা তৌরি।

অৱাবদি লালহৌ অদুদি শাথিনা মায়থিবা নংলম্মী। অকবর মাগী মরালগী মতিকচাবা দন্দি ফংজরম্মী। ঔরঙ্গজেবনা মহাক্কী লৈজবা তমথিবা মচৎতু উত্তুনা লানহৌরক্লিবশিংদুবু শাথিরবা দন্দি পীরম্মী।

হৌজিক্তি জাইবউনিশ লাইবক্তা তম্লম্বদু খাঙবদা অদুমক য়াজবা তারম্মী। মাগী ধর্ম্মগী লাইনিং লাইশোন্দা পূক্লিং লূপ্না হেনগৎখ্রে। তনৌরবী রাজকুমারী অসি মশাগী অৱাবা পূম্বা ধর্ম্মগী লাইরিক্তা তাইনখ্রে। কালেম্বাসু য়ৌশিল্লক্লে। অহিংগী মতম শাংবা হেনগৎলক্লে। ওল্লাংবনা তূম্বা য়ানদ্রে। জাইবউনিশ মশামকসু অহিংদু তূমথবা য়ারমদে। মপূংফানা লৈতেংলবা, মিৎয়েংবু খঞ্জিল্লিবা পর্দাগী ফিশিংদুনা ফুঞ্জিন্দুনা মহাক্কী কা অদু হেন্না ওমচাক্লহল্লম্মী। অহিং ময়ায় চবুক য়ৌশিল্লক্লবদা মহাক হৌগৎলক্লম্মী অদুগা ঈংলবা অতরগী লৈনম চেনবা ঈশিংনা থোৎলবা ঙকশম, মোল্লবা থবাক, তনৌরবী খুদাংশিংদা তপ্না-তপ্না চাইদুনা ঈংথহল্লি। থোঙনাউগী থোঙবাদগী লীখোক্তুনা, চঙলকপা ঙকপগী মশক ওইরবা অৱাং ভারতকী ওইবা, অরাপ্পদা শান্নরিবা কুম্মৈ হরাওশিংগী অমেঙবা খোঞ্জেলশিং তারি। নুজাগী থম্মোয়দা জমুনা তোর্ব্বান্দা নুমিৎনা লৈথখিবা শঙদুনা য়েংবগুম থম্মোয়দা ফাওরম্মী। অদুগা হৌজিক্তি জমুনাগী ঈশিংদি লুপানা চামথোক্লবগুম থাবল মঙালদা তনিক্লা উরি।

মমাঙদা লৈরিবা পাক চাউরবা সুমাংগী কাচিন ওইরপ লাপ্তক্লা হৌরিবা লৈনম থাংলবা জুবাকুশুম পাম্বী মখোঙদা করিগুম্বা অমনা লেংবগুম্বগী শউম অমা ফংবগুম মহাক্না উরকপা মতমদুদসু মহাক থোঙনাও ময়াদুদা হংচিৎ লাংলি। জাইবউনিশনা মদুবু মশক লাক্লবা অমম্বদুদা মূনা য়েংলি। তোপতোপ্পা মওংগী ফি শেৎপা, নুপা অমনা মোংশোঙদুগী মরুমদা লেপ্লিবদু উরে। জাইবকী থাজিন্দা মিহুন চোংবা হেনগৎলকই। ঙসি ঙরাংসিদি করিনো থোকহন্নীংদবা

অমা হেক্তা থোকপা য়ারিবনি। মোগোল সমাজসি নুমিৎ তাশিল্লকপগুম তৌরিবনি।

নুপাদু লেঙলদুনা খোংনাউরোমদা মহাক তম্না য়েংলকপগুম তৌরি। জাইবউনিশতি তুমিন্না পঙশিন্দুনা লেঙবা ঙমদ্রবা মীগুম লেপ্পি। মীগী শকওংদু মাগী থোঙনাউ মপাদুগী মখাদা চঙলক্লুনা লেপ্পরে।

"জাইব।" মহাক্লুনা কৌরকই।

জাইবউনিশ চরমদা ফুন্দুনা লৈরিবদু য়োৎথনবা হোংনরম্মী। মহাক্কী চীনবান্দু করিগুম্বা অমা হায়গদবগুম খজিক কাথোক্লম্লগা অমুক উমশিনখিরম্মী। মহাক্কী মীৎস্নাশিংদু পিনা থূমহৎখ্রে, অদুদগী চোকথরবী খজাইদু তম্না খোম্থোক্লনা চেন্থরক্কি।

"কপকনু জাইব ঐ মথক্তা কারক্কে, মতেং খরা পাংলকউ," আকিলনা শোম্থাংননা হায়রকই। জাইবউনিশ মাগী ফমুং তম্না চঙখ্রে। অদুগা ফি অমা লৌথোক্লনা পাখৎপা মতৌগা ঈরোইননা থৌরিগুম তাশিল্লম্মী। তনিক্লবী খূৎনা ফিজিনগী নাক অমা থোঙনাউগী মখারোমদা নাম্থহল্লম্মী অদুগা মচীন অমনা থোঙগী পুনাদা পুনশিল্লম্মী।

ফিজিন্দুদা লামদুনা আকিলনা জাইবকী নাক্তা মীৎনা কৃপ্পদা লেপ্লম্মী। মাবু নুংশিজবগী, জাইবকী থম্মোয়দা কারক্লিবা ইহৌদু সমুদ্রদা অচৌবা জব্বার কারকপগুম্লম্মী। মশামকপু চেন্সিন্দুনা আকিলগী মথানুংদা ঙাশিল্লম্মী। অব্বাবা নুংহিক্লবগা লোয়ননা মাগীদমক খোয়রাং খোয়বাংনা লেঙ্খিবশিংদুগী পাউদম্না হৈথরক্লম্মী। মাগীদমক উপায় লৈতনা তৌখিবা মওংদুগী মৈচাকপু, আকিলবু চেৎনা কোন্দুনা খাঙজরম্মী।

নুংশি ঈচেল অনীদু অমুক ঈতিন্নখ্রে। কনানসু কোংনুংদা নৌনা লাক্লিবা লৈকোল শেংবা অসি কনানো হায়না ব্রাখলদা লাকশিল্লুবা তৌরমদে। জাইবউনিশকী ব্রাখলদা, করিগুম্বা খুদোংথিবা অমনা মখোয়নিগী খুদোংচাবসি মাঙহনখিবসু য়ারি খন্দুনা মাগী নুংশিববু কল্লকপা য়াওনা উনবগী খুদোংচাবা হেক ফংলিবমখৈ নাম্থোকহল্লমদে।

"হৌরকপদগী নঙগী নুংশিববু শকখঙলুবসে অরেম্বনি খঙজরম্লবদি নুংশিজরমদবনা শরুক চাম্মা ফরমগনি।" মহাক্লা আকিলদা ওইননা ব্রাকৎচরম্মী।

আকিলনা মহাক্কী অশাংবা শল্লাংশিংদু নাল্লদুনা হৈনিঙনা ঙক শুরম্মী।

থোঙদা কল্লা থীনখিবগী মখোলমা তারকপদা জাইবউনিশনা চিংননা লৈথোক্কুনা য়েংলম্মী। উয়ুংগুম্না লেপ্লদুনা আকিল তম্না লোম্ব্বোক্না করিনো হায়না হংলিবগুম য়েংলকই। আকিল মায়থোঙ লাংশিল্লম্মী।

জাইবনা মাগী নীক্লবা খৃৎশাদুনা মহাকপু লেপ্লিবা অদুদগী লোৎলুনবা ঈল্লম্মী। আকিলনা জাইবকী মখৃৎতু থৈদোক্লদুনা শোম্থাংননা হায়রকই, "নত্তে, ঐ চৎলোই।"

"নত্তে, ঐগীসু য়েংবিয়ু।" জাইবনা কপ্লিং কপ্লিং তৌনা ফুনগৎলবা মতৌদা কাদুগী কাচিন্দা লৈরিবা ঈশিং হাপ্পবগী অচৌবা দ্রমগুম্বা পাত্রদুদা খুদোংথীনা থিল্লম্মী। আকিলনা চাউকান কান্দুনা খোঙকাপ অনী অহুল্লক্তা পাত্রদুগী মনাক য়ৌরম্মী অদুগা মখুমদু হাংদোক্কুনা মনুংদা চোংশিনখিবম্মী। জাইবউনিশনা চঙশিন্দুনা মখুমদু হান্নগুম শেমজিন্দুনা খুমজিল্লম্মী। পাত্রদুগী মখোলদা মহাকপু হাইরপ নীকহল্লম্মী।

মকোক্তা কি অমা খুল্লদুনা মহাক্লা থোঙগী পুনাদু নাকন্দা চিংথোক্লম্মী। থোঙবাদু কনানো অমনা পায়দুনা নাকল্লোমদা চিংথোকখ্রে। জাইবউনিশনা মকোক নোন্দুনা মপাবুংদা থৌগল্লোন উংলম্মী।

"অবাহজুর। খঙহৌদনা ঐগীসিদা লেঙবিরক্লি." মহাক্লা খোঞ্জেল নীক্তনবা ফাথবদুনা হায়রম্মী। মপাবুংগী চেকসিল্লবা মীৎনা কোয়রৈ লৈদুনা কা অদুবু য়েংলকই। জাইবউনিশনা মাগী পর্দাদু মিপাইনা শেমজিল্লম্মী। মশামকপু মতুংদা লৈরিবা সনা থাম্বগুম ফজরবা থোঙবা লৈরিবা অদোমদা খজিকক্তং খোঙফম হম্ভবম্মী।

"অলিজা মনুংদা লেঙশিনবিরকখিদ্রা?"

খোঙথাং লূম্না থাংলদুনা মাগী মপাবুংদু তপ্না মচানীঙোনগী কাদা চঙলম্মী। মকোক্কু খজিক্তমক লৈরম্মী। নীংথিজনা উরবা নাতোনগী ময়ি অদুগা শাংলবা খদাং অদু মমি শাম্মিবা মৈঙালদুদা নীংথিজনা উবা ঙমদ্রে। জাইবপু অকিবনা নীকহল্লম্মী।

ঈঙতপ্না ব্রাহং হংলিবগুম্না মাগী মিৎয়েংদু লৈশিল্লক্কুনা মচানুপীগী মীৎতা তাররে। "থেঙলবা অহিংসি ফাওবা ঐগী ইচানা তৃমদদুনা তৌরল্লিবসি করিনো?"

মহাক্না ঈংথনা, খোন নেম্না হংলকই।

"কোরান ঔরাইরম্বা আলিজা।" জাইবনা মেঙনা খুন্নকই।

"'সুক থেঙলফাওবা?' পীসুম শুক্লদুনা হংলকই। জাইব তপ্না মঙক সুরম্মী। ঔরঙ্গজেব তপ্না লৈথোকখিদুনা জাইবতা তুং ওনশিল্লম্মী। অদুগা হংলকই, "অসিদা ঈশিং হাপ্নবা পাত্র অমা থল্লিবসি করিগীনো?"

"লাইশোল তৌদ্রিঙৈদা হকচাং শোংদোক্লবা ঈশিং খরা থম্বনি।" মানা হাথু হাথু খুন্নকই। মাগী মমিৎতু পীরাংনা থূমহৎলক্লে। মহাক্না মপাবুংদা অহানবা ওইনা চঙজবগী মিৎয়েংনা মীনুংশি থিরিবগুম য়েংলকই।

ঔরঙ্গজেবকী লংলবা মীৎশিংদু মঙাল পীথোকপা নুংগুম হেন্না লংখৎলক্লি। " 'সিগী নোংজু নুংশাগী ফিভামসিদা ঈশিং অইংবসিনা? শাহল্লগা শীজিন্নবনা ফগনি।" মহাক্না খোঞ্জেলদু হান্নদগী করিসু হোংদনা হায়রক্লম্মী।

জাইবউনিশকী চীনবান খজিক নীকপগুম তৌরম্মী। মপাবুং ঔরঙ্গজেবগী শীঙনবগুম য়েংলক্লিবা মীৎ অনীদুদা থাজদনা য়েংখৎলম্মী।

অদুদগী মশাদু ইখং খংনা চুম্না লেপ্পবা হোৎনরম্মী। মমিৎ কুফেৎ কাফেৎ খপ্লদুনা চরমদা ফুনগৎলল্লিবদু য়োৎথনবা লাক্লরম্মী। অদুগা মকোক নোল্লদুনা তনিক তনিক হায়রকই, "পাবুংগী অনীংবনি।"

চাউরবা শেঞ্জেংগী লূম্লবা পাত্রদু মনাইশিংনা মৈথক্তা থাঙ্গৎলুনবা থাংদোকখ্রিবদু জাইবউনিশনা চাগদৌবগুম মীৎকুপ্তুনা য়েংদুনা লৈহৌরম্মী।

মহাক্কী মশাদু ঙাকচবা ঙমদ্রবগুম নুংগী ফক্লাংদুদা ঙাথরক্লম্মী। খজিক্তসু লেঙখিদ্রে, কপ্পসু কপ্পমদে, থৱায় য়াওদ্রবগুম উরম্মী। অদুবু থম্মোয়দদি লোম্থোক্তনা অশাবা খাঙলিবা মাগী চান্নবগী মৈশাদু মহাক্না খাঙলিবগুম তৌরি।

মৈরিদুনা চাউরবা পাত্রদুগী মখাদা ঙংদুনা চাক্লি। ঈশিংদু শাগৎলক্লি, শৌগৎলক্লি...।

* * * * * * * * *

জাইবউনিশ মাগী শুমাঙদা লৈরিবা আকিলখাঁগী মঙফম মনাক্তুদা নীঙাইদনা ফম্লরে। মহাক্না অহানবা ওইনা অহল ওইবদু কমদৌরমগদগে হায়বু ফাওরকপগুম তৌরি। পাথরবা, হেন্দোক্না ঈঙলিবা অদুগা কয়াদা চোকথরিবা। অদুবু মহাক অহল ওইরবদি নত্তে। চহীশিংসি মঙোম্দদি শাংদোকপগুম তৌরি,

মওং অমা নত্রগা অমদা হিংগদৌরিবা চহীশিংসে।

মহাক্না ইরম্মী–

"করি লাইবক্লো, ঐগী নুংশিবা, সংসারগী নুংঙাইনবা নশামকপু কখোক্লব্রা?

জাইব মহাকপু হেক পোকচবা মপাবুংমক্কী বন্দি ওইনা, খৃষ্ট কুমজা ১৭০২ গী মেগী ২৬ নি চনবা নুমিত্তা অরোইবা নিংশা হোনখিরম্মী। অরোইবা ওইনা ইরম্মী।

*"কয়াম কুইনা থাংখিনি য়োংহ্লিং নঙনা*
*ঐগী খোঙদা*
*নিংতম্বগী আশা নঙদি নাম্বুরবরা*
*শিবগী খয়াংতা..."* ❑

---

*'দ লভ্‌স ওফ বেগম সুমরূ এণ্ড অদর টু রোমান্স' হায়বা লাইরিক্তগী হন্দোকচবা*

# শিদা হিদাক

*— ফকিরমোহন সেনাপতি*

নুমিদাংগী ৱাদি থমখো, অয়ুক নুংথিল ফাওবদা য়ূম্বুরেম্বদু য়ূমগী মপাল থোকহনবা য়ারোই হায়বসি য়ূম্বুরেম্বীগী অকনবা য়াথংনি। "করিগীনো মপাল থোক্কদৌরিববো? তৌগে খনবা পূম্নমক্কু ইমুংদা অদুমক তৌবা য়াই। অদুগা থোঙগী মপান্দা খোঙ নাম্মা ফাওবা থাংদোকপা য়াদে হায়বসি নীংশিংগদবনি।" অদুম ওইনমক য়ূম্বুরেম্বগী নুংশিনিঙাই ওইরবা হায়জা নোঞ্জবা অদুনা য়ূম্বুরেনবীগী পূকচেল খজিক্কং ওলহনবা ঙমজদুনা অনৌবা য়াথং অমা তাউথরম্মী। 'য়ূমগী হেক মমাঙগী লৈরিবা লম্বী অদুদা মিনিৎ ২০-২৫ দং ঙাহৌ ঙাহৌ চখোকপদি য়াহল্লম্মী। অদুবু পঙলাপ লাপ্লদি চখোকখিদনবা, মহাকপু মী শঙদুনা পানহল্লিবনি হায়বা খঙহল্লম্মী।

ওন্না অয়ুক্কী পূং ৭ তা য়ূম্বুরেম্বা, বাবু চন্দ্রমনি পটনায়ক মহৌশাগুম ঙাহৌ-ঙাহৌ চংলিঙৈদা খঙহৌদনা খরা লাপ্তুকপা মফম অমদগী নুপা অমনা মাবু মখূৎ হত্তুনা লেপ্লগা কৌরিবদু খঙলকই। য়ূম্বুরেম্বনা নুপাদুদা খোয়জংনা য়েংলম্মী। এ! নহানগী ভদ্রাকতগী নুপাদুনিনে।" মশাদা য়াম্না হরাওনা নুপাদুবু মনাক্তা চঙশিল্লকউ হায়না ইঙ্গিৎ তৌরম্মী। কিথি কিরুম তৌনা থোঙলোমদা হাইফেৎ য়েংলদুনা নুপাদু তম্না মহাক ওইনা তপ্না চঙশিল্লম্মী। মহাক্না পাখঙমচাদুগী মনাক হেক য়ৌবদা থোঙলোমদা মমায়দু লৈশিন্দুনা মাগী মতুংনা নুপাদুদা তাহল্লগা মখূৎ ওইদু তুংলোমদা তিংথোক্লম্মী। পাখঙ অদুনা মাগী তিংথোক্লক্লিবা খুবাম অদুদা চিঠি অমা হাপচিল্লম্মী। অদুগা লৈথোক্তুনা চংখিরম্মী। য়ূম্বুরেম্বদুনা চিঠিদু হেক্তা খুদক্তা ফাক্তোক্তুনা পারমদে। মহাক্না য়ূমগী মনাক য়ৌরবা মতমদা

থোঙলোমদা নক্লা হায়রপ য়েংলগা চিঠিদু চাউরাক্লা পারম্মী। কুপ্লা শেগায়দুনা নুংশিৎতা মচেশিংদু পাইথোকহনখিরম্মী।

য়ূম্বরেম্বা অদুনা য়ূম মনুঙদা চঙলক্লে অদুগা শেম শাবা খোঞ্জেলদা ইঙনা হায়রকই, "মমা নঙবুনে, অমুক্তা ঙাইখোনে।" মসিগী পাউখুমদা য়াক্লবা খোঞ্জেল অমনা খেকথরকই, "এ! কদাইদগীনো ইখঙ খঙহৌদনা নৌথরকইদা। লাইবক্লা ঙসিসি ঐবু চানবিবা মাল্লিদা। অমা ওইরো অমবু ওইরো করিনো হায়দৌরিবো?"

মহাক্লা পাউখুম ওইনা হায়রকই, "ঙসি মরি মঙানিসি ঐগী চাকখাউসে ওম্থোক্লা নাখ্রে হায়বসে নঙদি খঙলিরোই? কোকসিনা লূপ্লিবা, হকচাং পূম্বসিসু ইশোন শোম্থবগুম করিগুম তৌরিবা?"

ৱাফমসিদা য়ূম্বুরেম্বীদু খোয়রাং খোইশাউনরম্মী। মহাক্লা হায়রকই, "হন্দক্কীসিনা করম্বা চলাক্লো? নারক-য়েক্লক্লিবা ময়ামদু নহানৱাইদগী থকচিন চাশিল্লক্লিবা য়ু, গঞ্জা, কানি ময়ামদুগী ফল ওইরিনি। পৃথিবীগী হেক মশক খঙলবা লায়না খুদিং নঙোন্দা লোইনা মহুম শারবনি। অমরোমদা নশানা তৌজরম্বা থবক ফাওবা নাম্থোকহনখ্রবনি। পূম্নমক্লা হায়নরিবসিনি, নঙগী থবক চৎখ্রে, শেল-থুমসু তাক তুমখ্রে। অদুবু নঙগী হকচাংসিদং কলহৌরবদি হায়দুনা তৌবনি। থা মরিরোমসি কন্না শেন্নদুনা য়ু-লাং থক্তবদগী হকচাংদু খজিক্তং ফগৎলক্লে হায়না হরাওরুরিসিদা নঙগী থায়নগী হৈনবী চলাক্তু অমুক হৌরক্লব্রা?"

চন্দ্রবাবুনা নমহৎতুনা হায়রকই, "নত্তেনে! নঙনা খল্লিদু শোয়রেনে। ঙসি অয়ুক্তনি, তান চানদুনা পাঞ্জি মাধবচার্ষ থেংনৈ। মানা ঐগী কুঠিগী মরমদা হায়বদা ঐগী লাইবকসে ঐগী মায়য়োক্তা লৈ হায়রি। অদুবু ঐনা মাগী মওংদুদগী খঙবদা, ঐখোয়না থৌ-নুং খরা তৌথোক্লবদি ঐগী দশা লাংবন ফত্তবশিংসি লোইনা চৎখিবা য়াই।"

"করি থৌনো পাঞ্জিনা তৌহন্নিংলিবনা?"

"নুমিৎ হুম্নি চুপ্পা," চন্দ্রবাবুনা য়াম্না মালহন্না হায়রকই, "ভুবনেশ্বরদা, খণ্ডগীরিদা, উদয়গীরিদা লৈরিবা ইবুংঙো শিব মহাদেবগী লাইশঙ খুদিংমক দর্শন চৎলু হায়বনি। অদুগা অসুম্না চৎলবদি ঐ ব্রাহ্মন পুরোহিৎশিংদা কৎনবা শেল খরসু পুবা তাবনি। অদুম তৌরবদি মখোয়না ঐগীদমক ঈশ্বরদা প্রসাদি চফু

কয়া কৎপিগনি। চফু চামা চামা, চামা নত্তেনে লীশিং লীশিং। মদুনা ঐগী লাইবক ফত্ত্রিবসি তাম্বোকপা ঙমগদৌরিবনি। অদুগা নিশাগী ঈপাকসিদা অমুক হন্না ঈরাক্লদবা ঙমগদৌরিবনি।”

মাগী ব্রাফমসিদা যুম্নুরেম্বীদু হায়রপ চিংনবা ফাওরি। মানা হায়রকই, “ফরেনে, পাঞ্জিদু ঙসি অয়ুক লাক্লম্মী হায়রোনে। অদুগা ঐনা খঙহৌদ্রিবসিনা কমদৌননো?”

যুম্নুদুনা থুনা পাউখুম পীরকই, “নত্তে নত্তে, মা লাক্লম্বা নত্তে। লাক্লম্লিবদি মাগী মচানুপাদুনি।”

“মচানুপা হায়বা ! মাবু কৈদৌঙেদগী মচানুপা লৈরগেনে?”

“নত্তে, নত্তে মাগী মচানুপা নত্তে। মাগী মনাইদুদা পাউ থারকপনি হায়বা।”

মাগী নুপীনা মাগী মায়থোঙ তম্না খানা য়েংলকই। মানা মাগী থম্মোয় মনুঙ হঞ্জিন্না খঙলে, মপুরোইবনা মঙোন্দা মীনম্লে হায়বা। নুমিৎ হুম্লি য়ুম থাদোক্লুনা চৎপ্রগা টেলঙ্গনা বজারদা ওক্তবী কনাগী মকোন্দা য়ু পুম্বমখৈ থক্লুগদৌরিবনি। “কয়াদা ব্রানা ঐনা জ্ঞান খজিক্তা তাবিরক্লবদিকো হায়দুনা হোৎনরিবা।” মহাক্লা খেক লাউরদুনা হায়রকই। “নত্তে নত্তে ভুবনেশ্বর লায়রি কদায়দসু চৎপা য়ারোই।”

মওং অমা তৌদুনা মশাবু লাকশিন্দুনা চন্দ্রমনি বাবুনা হায়রকই, “হোয়সে ফরেসে। নঙনা হায়গুম্লদনা শাংলবা নুমিৎ হুম্লিগী মতমদু ঐনা করিবু তৌরুগদৌরিবনো? অদুবু য়েংউ, ধবলেশ্বরদা লৈরিবা শিবগী লাইশঙ অসিদি চৎপা য়াইদনা। নুমিৎ তারমদাইদা হেক হল্লকপসু য়াবা।”

“য়ারোই য়ারোই, অদুফাওবা চৎপা য়াররোই।”

“ফরে অদুদি লুপা মঙাদংদি পীয়ুদনা সহরদা চৎলগা লাইশঙদুদা লাই পুজা য়াওরুনবা।”

“অদু ওইরগনা” যুম্নুরেম্বীদুনা হায়রকই, “মকরাদা শগোল গাড়ী অমা কৌহল্লুরো অদুগা ঐগা লোয়ননা কদায়দনো নহাক্লা চৎনীংবা লাইশঙদা চৎলুবা য়ানবা।”

চন্দ্রমনিবাবু নুংশামপী অমা চাউনা হোল্লগা লৈথোক্লম্মী। মহাক ফমথরম্মী

অদুগা ঙাইহাক করিনোমা খল্লম্মী। খঙহৌদনা মাগী ব্রাখলদা করিগুম্বা অমা খল্লকই। "য়েংঙউ নুপী" মহাক্লা খঙহৌদনা হায়রকই, "নঙনা খঙলিবদুনি ঐসে য়াম্না শোল্লে হায়বা, অদুনা ঐসি সহরসি থুংনা কোয়কোয় কোয়রুরবদি নুংশিৎ নুংশা চাবদুদা ঐবু নাতে চাদবা থোকহনসু ময়াই। অদুনা পাঞ্জিদুনা ঐঙোন্দা য়ূমদগী কদায়দসু চথোক্তনা ইবুংঙো শিববু নীংলবসু য়াই হায়রম্বনি।"

"অদুগা করম্বা মওংগী লাই নীংবনো?"

'মানা হায়রম্বদা ঐসি অয়ুক ঙন্তাদগীনা নুমিদাং পূং ১০ ফাওবসি কম্বল অমনা কুপশিন্দুনা লৈমায়দা শাংনা হীপুনা লৈগদবনি। পূক্লিংদা ঈশ্বরতবু খন্দুনা, অতৈ করিসু খল্লুদনা লৈগদবনি।"

"অদু ওইরবদি দশা ফত্তবশিংসি লোইনা কোকখ্রগদ্রা?" চন্দমনিবাবুনা মাগী ব্রাহৈশিংসিদা মাগী নুপীদু খজিক্তং পেল্লেসে হায়বা খঞ্জদুনা মতোমদা খজিক নুংঙাইজরম্মী। মানা মখা চথরকই, "উম অদুনি, পাঞ্জিনা হায়রল্লিবদু মদুমক্লি। মানা হন্না হন্না হায়রিবসি, অদুগা লুপা তরাসু ঐনা তূল্লিবদুগী মোন মখাদা থমগদবনি। মসিনা হয়েং ঐনা ফরগা ব্রাহ্মন পুরোহিটতুদা দক্ষিনা ওইনা পীনবনি।"

"অদুদি ঙসিগীদি করিসু চাররোইদবরা?"

"রাম! রাম! ধ্যান তৌরিঙৈদসু কনানা অচা অথক চাই হায়বনো? নুমিৎ চূপ্প'সিমা ঈশিং মরিক অমা ফাওবা য়াতোন তংলোইদৌরিবনি।"

য়ূম্বুরেশ্বীদুনা নীংশা মপী অমা হোন্দোক্লদুনা হায়রকই, "ফরে অদু ওইরবদি থৌ তৌবদু হৌনবা তৌবিরো।" অদুগা অতোপ্পমনা," মানা মখা চথরকই, "হায়রিবা থৌরমসি অমাং অশোয় তৌদবা অশেংবা জগাদা পাঙথোক্কদবনি। 'সিদা ইমুঙসিদদি নুংশিৎ নুংশা শেংদে। ঙা-নুং ঙৌবগী মনম মহাসি নুংশিৎ নুংশাদা ঈচেল চেল্লগনি। মপালগী মীমা পোংমা লাকপদা ফম্নবা কাসিগা তাইনরিবা অপীকপা তোঙান লৈরিবা কাসিদনা ফগদ্রা হায়না খল্লি। মসিগী কাসিদা পাঙথোকপা তারে। অদুগা খঙজিনগদবা অমনা করিগুম্বা নুপী মমি অমতং ঐনা লৈরিবা কা অসিদা তাররবা নত্রগা নুপীগী খোঞ্জেল খজিক্তং তাবদা ঐগী লাইনিংশি মহে চাররোইদৌরিবনি।"

য়ূম্বুরেশ্বীদু মপুরোইবনা হৌগদৌরিবদু করি ওইবা য়াবগে খনবদা

নুংবংনরম্মী। ইমুংদা চঙখিবদা মখোয়গী চাকথোংবদু ব্রাহ্মণদু লাক্লুনা "ঙসি অয়ুক্কী ইনশাংসিবু করি থোংশিগে ইমাসি?" হায়না হংলকই। "নোয় পাবুংসু নুমিৎ চূপ্পা বর্ত তৌনি হায়রি করম্না ঐনা চাক চাদুনা লৈগনি। ঐখোয়গীদি করিমত্তা থোংলুরনু।"

চাকথোঙবা ব্রাহ্মনদুদি ফিভম হায়রপ খঙবনিনা হায়ফেৎ নোকফেত্তুং তৌরম্লগা চৎখিরম্মী। মানা খল্লম্মী, "ঐখোয় যূম্বুরেম্বীসি অঙকপা নুপীনি। করিগুম্বা মপুরোইবনা হেক অনা-অয়েক থোক্লবদি মাগী লাইনিংদি মপান নাইরোই। করিগুম্বা অমত্তা চাদা থক্তনা মপুরোইবগী সেবা তৌগনি। অদুবু করিগুম্বা শাউদোক্লক্লবদি মখূত্তা পায়বা অপায়পোৎ অমনা মপুরোইববু থাবদা লৎকক তৌবিবা নত্তে। মহাক্তি অফবা, থম্মোয় চাউবী মীনি। মাগী হায়ববু খজিক মচিং ফত্তবা ঙাঙথোক্লকপদা লৈতোন্দা শরু পান্দবগুম তৌবা অসিতনি।"

যূম্বুরেম্বনা মাগী মীনাই নুপা অমা লৈবদু লোন্না কৌথোক্লে অদুগা চীরোন্ননা হায়রম্মী। "মকরা, নহাক ঐঙোন্দা মতেঙ অমা পাংদবা য়াদ্রে। নহাক নশাবু কম্বল অমনা থুংনা কূপশিন্দুনা মপালগী মী ফম্ফমগী নাকলগী কা অসিদা হীপ্তুনা লৈরম্মু। ঐ অহিং নোংয়াইদা হল্লক্কনি। অদুগা নঙনা নীংশিংগদবনা নহাক মফম অদুদগী হেন্দোক্লম্বা য়াদে।"

"নত্তে, নত্তে পাবুং ঐবু ঙাকপিয়ু ঐনা অদুম্না তৌরবদি যূম্বুরেম্বীনা ঐবু মৈ হৌনা শাউরনি। ঐবু শাথিনা শান্নরনি।"

মাগী ব্রাফমসিদা চন্দ্রমনি বাবু ফাথবা ঙমদনা শাউরম্মী অদুনা হায়রকই, "হায় পাপী চন্দাল নঙগুম্বনসু ঐনা হায়বা হীক্তোকপগী থৌনা লৈরেনে। নঙ য়াম্না হৈ শিংবা কোক্লবা য়ৈথবা তারিয়ে।" মহাক ঙৈহাক্তংগী মীনাইদুগী মওং য়েংদুনা লৈরম্মী। ঙাইহাক লৈরগা মনাইদুবু অমুক থেমদুনা য়াহন্নবা হোৎনরকই।

"সে ঐনা চৈখিবশিংদু কাউথোকখ্রো। ঐনা নঙোন্দা ফাগী তৌবনি। নঙবু নহাক নোংমা নখোয়গী কেন্দ্রপরাদা লৈবা নখুরাগীদা চৎলুগে হায়বদাইনে? নুমিৎ মরিনি ছুতি লৌরোসে। অদুগা হয়েংমক চৎকে হায়রবসু চৎলো। তু নঙগী ভরা ওইনবা লুপা ৪ সিদা লৈরে। হয়েং ফুরিৎ অহনবা অমসু লৈবিগনি।

মকরাদু অমুক হন্না য়েৎপা খোৎপা তৌখিদ্রে। মশাবু কম্বল অদুনা কূপশিন্দুনা কাগী লৈমায়দুদা হীপথখ্রে।

অদুম ওইনমক অশোমদদি য়ুম্বুরেম্বীদু মপুরোইবনা লাইনীংগনি হায়বদুনতা পেম্ছোকপা ওল্লমদে। মশাগী কাদা অথাবা ফক অমা থারদুনা ফমথরম্মী অদুগা মাগী মপুরোইবগী লাইবক্তা তাররিবা দশা ফত্তবা পূম্বা কোকপিনবা ঈশ্বরদা নিজরম্মী। "ও ইমা লাইরেম্বী কতকপু কোনবিরিবী, ও লাইরেম্বী ইমা কালি" মহাক্লা ঈশ্বর কৌদুনা হায়রকই, "ঐনা ইমা অনীদা ব্রাশকচরিবা অসিনি, ঐগী ইপুরোইবসি হেক ফহনবিবগা ইমা অনীগী অমুবা শারি অদুগা হামেং অনী নখুয়াখাদা কচ্চগে।" অসুম্না ঈশ্বরবু কৌবসিতনা নুমিৎতু হৌহনখিরম্মী। খঙহৌদনা মাগী ব্রাখলদা করিগুম্বা অমা ফাওরম্মী। মাগী লাইদা থৌনিজবদু লোইরগা মপুরোইবদু করি চানি হায়না খল্লকই। মহাক্লা হৈ-রা, মমুন ফারবা লফোই, পানা ইত্তুনা শেল্লগা য়ুবী, শঙ্গোম, মাখলনচিংবা থৌরাং তৌরম্মী। মহাক্লা মাগী কাদা লৈতাদনা হঙ্গৎ হন্দা চৎলদুনা নুমিৎ তাগদবা কয়াম ব্রাৎলিবগে য়েংলম্মী। নুমিৎ তারদুনা অমম্বনা লাঙ্গোই চনশিল্লক্লবদা মহাক্লা খোইরাংনা মপুরোইবনা থৌ তৌরিবা কা অদোমদা খুৎলৈ থুনা হাইজিল্লক্লে। মপুরোইবনা হায়রম্বা নুপীগী মমি অমতা মানা লৈরিবা কা অদুদা তাহনবা য়াদে হায়বদু হৌজিকসু নীংশিংলি। মহাক মতোমতা কোইলৈ লৈদুনা য়েংলম্মী "নত্তে কদায়দসু মমি অমতা উবা ফংদ্রে নুমিৎ ময়ুম চঙখ্রবদবু।" লেংজুমগী তারক্লিবা শারিগী ফীজিদু লৌখত্তুনা শোইদুনকা ব্রা লান ঙাঙলুগদ্রা হায়না ময়ানা চীক্লম্মী। অদুগা থোঙদু খজিক্তং কাথোকহল্লম্মী।

কা মনুংদা তশেংনা মল্লে অদুগা মনুংদা মাগী মপুরোইবদু লৈমায়দা তূম্লিবগুম উরম্মী। "হে ইমা কালি! মহাকসি কয়াদা ব্রানা লেল্লিগবা। ঐগী ইপুরোইবসিবু শোয়দনা ফহনবিয়ুকো", হায়না মথন্তা শোল্লম্মী। অদুগা নোম্ছদুনা লাইবক্লা লৈমায়দা হন্না হন্না শোক্লদুনা ঈশ্বর নীংজরম্মী।

অদুদগী মহাক্লা থোঙদু হাইফেত্তং হাইদোক্লে অদুগা মনুংদা চঙশিল্লম্মী। মাগী মখোঙ নাম্মনা তূম্লিবদুগী মকোক্তা থেংলম্মী। মহাক খংদুনা কোয়চোং চোংথোক্লক্লম্মী অদুদগী কপথোরক্লে, "হে ঈশ্বর ঐনা লঙশিল্লিবা পাপ অসিবু করি পাপনো?" মখূৎ অনী লোন্নদুনা মাবু ঙাকপিনবা নিজরম্মী।

মহাক্লা অমম্বদুদা মুন্না য়েংলম্মী অদুগা অমুক্তসু খোঙথাং অমত্তং চেকশিন্না থাংলম্মী। অদুদগী নেম্না নোম্ছরদুনা মপুরোইবগী মখোঙ লৈরিবা মপা থিদুনা

মকোক্লা খোঙ শোক্লা থেংলম্মী। অসুম তৌবসিদা কম্বল মনুংদা লৈরিবা মপুরোইবগী মশা পূম্বদু কন্না নীকপগুম ফাওরম্মী। মখোঙ মখূৎ য়াওনা হূমাং পাখৎলম্মী। মহাক্লা হূমাংশিংদু কংহন্নবা শারিগী ফীজিদুনা নপথোকপা হৌরক্লম্মী। অসুম্না মায় ফাওবা চখরম্মী। অদুবু করিনো ঙসি ওইরিবসিদি মাগী মপুরোইবগী নাতোন শুমাংগী কোইদুদি কদায় চৎখ্রবা?" মহাক্লা অমুক্কসু হন্না নাম্বুদুনা য়েংলম্মী, অদুবু অতৈ মফমগুম উনশাদু ইনাল নাল্লি। মহাক চিংনবা ফাওরক্লে। থোঙ অদু লাওনা হাংদোকখ্রে অদুগা কম্বলদু লাক্তুনা চিংথোকখ্রে। অশাউবনা ঙাওহল্লদুনা য়াম্না লাওরকই, "নঙ ওইরে মীথিবোং, চাউখৎতবা! 'সিদা করি তৌরন্নিবা? নঙদা মাঙজখ্রোহে শা।" ফিভমসিদা মকরানা করিদি হায়বা ঙমগনি। য়ূম্বুরেম্বীনা খাক লাউদুনা ঙাংবদুদা কিবনা মকরাদি ফক্লাং ময়াদা তুপক তাশিন্দুনা লৈরম্মী। অদুদগী য়ূম্বুরেম্বীনা খম্বুরকই, "হূঙ সিদা ঐনা শাউগত্তুনা করিসু কান্নদে। অশেংবদু করিনো খঙদোকপনা চুম্মী। মকরাবু উশিন ওইনা শীজিন্নরম্বা ওইবা তাই।" অদুনা মহাক্লা মকরাদা থেম নৌদুনা হায়রকই। "মকরা, নঙ নখোয় খুরাগীদা চৎপা পাম্বা নৎত্রদো, ফরে লুপা মরিসি লৌরো চৎলো, অদুগা নঙনা পান্নবদি হয়েংমক চৎচরুরো। হয়েং নঙগী অনৌবা ফিরোলসু লৈবিরগে। নঙ হৌজিক তৌরিবসিগী মরমদা ব্রাফম অমতা কাঙথোক্লকখিনু। নঙ চৎলো অদুগা চাকশঙগী কাচিন্দুদা তুমিন্না ফমদুনা লৈরু।"

মকরা মাগী য়ূম্বীরেম্বীনা ফজনা খেকথরকপদু তাবা য়াবা তারে। অদুগা মসিনা অমুক করি? লুপা মরিবু হেক্তা ইতিং তিংনা, অদুগা অনৌবা ফিসু! মহাক মাগী হরাও তয়াম্বা লোৎশিন্দুনা থম্বা ঙমখিদ্রে। হান্ননা লুপা নীপান ফংলবনি। মসিনা মহাক মশামকপু নুংনাংলুবা লৈতনা চৎখিরম্মী অদুগা মঙোন্দা হায়খিবগুম চাকশঙদা লোত্তুনা লৈখ্রে।

অহিং নোংয়াইদা চন্দ্রমনি বাবুদু তুমিন্না চঙলক্লে। অদুবু মাগী ব্রাখলদি মপূং ফানা পুবা ঙল্লমদে। নীংথিনা থাংদ্রবা খোঙথাংদুনা ইনশিন্দুনা থোঙদা মখোল থোক্লা ঙাশিন্দুনা থোঙ হাংদোক্লক্লম্মী। মকরাদু মফমদুদা তূম্লিবোই নীংলম্মী। চন্দ্রমনিবাবু নুংঙাইবনা মথোয় কারম্মী অদুনা ঈশৈ ঙংবা হৌরক্লম্মী।

*"অঃ কয়াদা নুংঙাইখ্রবা*
*নুপা ওইবতনা খঙবা*

*য়ু, কানি নিশাবু*
*কনানা কাউথোক্লবা ঙল্লুগনি।”*

মহাক্না মখা চথরকই, “মকরা, নুংশিরবা ইনাও ইবুংঙো হৌগৎলো নহাক্না নথৌসে ফজনা পাঙথোক্লে। আ মকরা নঙনা ঐসি ঐগী নুপীবু কি হায়দুনা খনবরা? নত্রগা মাগী ব্বাফমদু ঐনা ইল্লি খনবরা? নহাক্কী য়ূম্বুরেম্বী অসিগী শরৈদা শাংলবা থা অনীসি ফাজিন্দুনা লাক্লবনি। খৌনাওসি খৌগংলক্লবনি। থাবুম অনী চূপ্পা নুংঙাইগদবদু নোংমদা, ঙসি অহিংসিদা পূন্না লৌরবনি। অদুবু মসিবু নোংমগী থবক্লা? মহাক্তু! মহাক্তুনা গোপাল বাবুগীদা জগোয় শাবী ওইনা অহানবা লাকখিবদু, নুমিৎতুদগী মাগা লোয়নরক্লবনি। মতমদু চহী অহুমগী মমাঙদনি। মহাক্না ঙরাং কতকতা অমুক লাকপদুদা ঐবু কৌহল্লরিবনি। অদুগা ঐনা মাবু উনরুবদু কয়াদা নুংঙাইরিবা, মাঙলুরবা সনা লুপা অমুক ফংবসি ঙাইরে। অঃ ! কয়াদা মথুম মরাং হৌরিবা, নুং পান ওনবমখে নুংঙাইরিবা ! পূম্নম মফমদুদা ফংলম্মী। অখন্নবা গঙ্গা, কানি, য়ু, অচম্বা স্বাইগী নঙনা খল্লিবা য়ুদু নত্তে, অশেংবা মলেসকী পোৎনি। খ্বাইগী মকোক্তু। ঐখোয় অনীনা অমুক্তদা লীক্লিদুমা লোইশিনখি। তগৎ তগৎ তেকপদু, ঈশিং মরিক অমতা য়াওদনা। ঐনা নঙগী য়ূম্বুরেম্বীসিবু নমথাক তৌরমদুনা লুপা তরা পুদুনা চৎলি। অদুবু ঐনা নবেম্মদুগী নাকন্দা তরাচৎপীদু থম্লুবদা মহাক্না হৈনদবা উৎলকখি। নঙনা খঙলিবদুনি ঐদি অসিগুম্বসিদা নঙগী য়ূম্বুরেম্বী অসিগুম্বা অপঙবা নত্তে। ঐ খঙই ঐগী পৈশা খরদুনা মাবু হরাওহনবা ঙম্লোই হায়বা। মাদি য়ামদ্রবদা চাম্মা চাম্মনা খুজিং ওইদুনা তাল্লিবনি। অদুগা ঐনা মাবু হয়েং লুপা চাম্মচৎপী অমা পীগে হায়না ব্বাশক্লম্মী। অদুবু মাদি চুম্নতা মোমোন নোক্লদুনা হায়রকখি, “পৈশানা করি তৌনদোইনো? নঙদা লাকপিয়ু।” তশেংনা হায়রবদা মাবু পৈশা পাম্লমখিদ্রা? মাগীদি নুংঙাইথোকপা পাম্বনি, অদুনা লোইজরে। অদুবু ঐনা ঐগী জবান পীরম্মী। নঙ খঙব্রা, ঐনা কদায়দগী শেলদু ফংগনি? নঙগী য়ূম্বুরেম্বীসিগী অরাকপা পৈশাশিংসি মপুন মপুন হাপ্পা বাকশি অমা চেংনা থম্লিবনি। ঐনা পৈশাদু লোম্না হোৎনদুনা লৌথোক্লিবসি অহুম্লক শুরে। মাদি মসিগী শমিন খজিক্তফাওবা খঙজবা নত্তে। মানবু কমদৌনা মলেস রমগী মরমদা খঙগনি। মাবু পোকপা ইকুবোক্তুফাওবা পুক্নিদা অসিগুম্বা অসি খঙজখিরম্লোই।”

য়ৃম্বুরেশ্বীদু খঙহৌদনা মশাদা কৃপ্লিবা কম্বলদু লংথোকখ্রে অদুগা খঙহৌ হৌগলক্তুনা অয়াকপা খোঞ্জেলদা লাউরকই, "করি হায়বা য়ুথকপা পাপী? ঐগী ইপাবু বদনাম তৌবা। নুমিৎ চৃপ্পসি কদায়দা লেল্লুবা? কনানো নঙনা চত্তুনা উনরুরিবা?"

মনাক্তা শুমজিৎ অমা ঙারিবদু তাপ লাক্তুনা মপুরোইবগী হকচাং শীন থুংনা অফং অফংবা লামদুনা কম্থুবা হৌরক্লে। চন্দ্রমনিবাবু খাঙবা ৱারদুনা কোয়লৈ লৈদুনা লাম্থোক্লুবা হোৎনরম্মী। হেঞ্জিন্না থক্লুবদুগা লেপ্তুনা ফৃজিল্লকপদুগা মশাদু পুবা ঙমদ্রদুনা বাবুদু লৈমায়দা শাফু কন্না হাইথখিরম্মী। ফৃবদুদা মথন্তা ৱারদুনা য়ৃম্বুরেশ্বীদুসু কাদা চঙখ্রে। অদুগা লৈমায়দা শাংনা তিংথোক্তুনা হীপথখ্রে। মহাক্লা ঈশ্বরদা মানা তৌরিবদু ঙাকপিনবা হায়জদুনা তেংথারম্মী। "অঃ ! ঐনা তৌরুরিবসিবু করিনো? ঐনা ইপুরোইববু ইখৃৎশিমক্লা ফুরুরে। হে ঈশ্বর অদুসু শুমজিৎনা" অহিং অদু তপ্পা তপ্পা লোইশিল্লক্লি। পিরাংনা মাগী খজাইদা চেম্থুরি। ঙাইহাক লৈরগা মহাক মপুরোইবগী মনাক্তা অমুক চৎলম্মী অদুবু মাদি হান্ননা তৃমথরম্লে মফম কয়াদা ফৃখিবগী চৈরম শুমজিৎনা য়ৈখিবা মফমশিংদু তাবা উরে। পেন্দদুনা লাকশিন্দুনা উচান থাউদু লৌরুদুনা পোমখৎলিবা মফমশিংদা তপ্পা তপ্পা নাম্থদুনা তৈবিরম্মী। অদুগা মহাক্লা তৌজরুবা পাপকী মহৈদু কোকপিনবা ঈশ্বরদা কৌদুনা তেংথারম্মী।

মথং নুমিৎকী নুমিৎ য়ুংবদা য়ৃম্বুরেশ্বদু মীৎকপ থোক্লম্মী। মানা হেক মীৎ পাঙথোক্লকপদা মাগী মনাক্তা মশাদা খজিক কিজবা ফাওরম্মী। মাগী নুপীনা অমুক হন্না লান্দারকপসু য়ারিবনি। অমুক হন্না মমীৎ উইশিন্নরম্মী। ঙৈহাক লৈরগা মাগী নুপীগী মায়থোঙদা লোন্না য়েংলকই অদুবু মাগী মায়থোঙদুদা হান্নগী অশাউবগী মমি অদুদি উদবগুম তৌরে। মাগী মীৎস্নাদু পিরাংনা থোৎথহনবগুম উরম্মী। মহাক্লা মপুরোইবদু মীৎকপ থোক্লে হায়বা খঙলে। মনাইদা ঈশিং সনাবুল মরি লৌহন্দুনা মপুরোইববু ফমথহন্দুনা হৈথবিদুনা ঈরুজবিরম্মী। হায়রিবসি চখরিঙৈ মাগী মপুরোইবদি মূর্ত্তিগুম ফমদুনা লৈরম্মী। মাগী মশাদু মৈমুক শাগৎলবনি। ঈশিংদুনা তপ্পা তপ্পা হকচাংদা চেম্থবদুনা খরমখৈ শাফহল্লে। য়ৃম্বুরেশ্বীনা মাবু ফি হোংদোকপদা মতেং পাংলম্মী। চাক থোংবা মনাইদুনা চাক শেমদুনা পুশিল্লক্লে। চাক্তু খরদা ওইরবসু মপুরোইববু নমদুনা

পীজনবা হোৎনরম্মী। অদুদগীদি ফমুংদা পুশিন্দুনা তূমহল্লম্মী। য়ূম্বুরেম্বীদু ঙরাং নুমিৎ চূপ্পদা চরা হেল্লক্লবনি। ঙসি ফাওবা করিগুম্বা মরু অমতসু য়াতোন তংলক্ত্রি। মহাক কাংথোল মখোঙ মনাক্তা ফমথরক্লে অদুগা ঈশ্বর কৌদুনা মহাক্না তৌখিবা পাপ কোকপীয়ু হায়দুনা তেংথাদুনা কপ্লম্মী। ইমুংগী মীওই পূম্বা তুমিন তুমিন লৈনখ্রে। ইকাইনবদগী মতৈ মনাও অনীদু ব্রা মচেৎ অমত্তসু ঙাঙনরমদে মীৎচিনা ফাওবা য়েংনরমদে। য়ূম্বুরেম্বদু মতোমতা মানা তৌরুরিবা থবক্তুগী নিন্দা তৌজরম্মী। অদুগা য়ূম্বুরেম্বীসু অসুম্না তৌরম্মী। অদুদগী চন্দ্রমনি বাবুদু নুমিত্তুদগী অমুক হন্না অসিগুম্বা ময়াই কাবা নিশাসি শীজিন্নজরোই হায়দুনা ব্রাশক্লম্মী। থা তরুকলোম হৌখ্রে। য়ূমদাইনবশিংনা ইমুং অসি ঙসিফাওবা ঈংনা চীক্লা লৈবা উরি! নুমিৎ খুদিং চন্দ্রমনিবাবুগী য়ূমদা জু-জা, জু-জা ঙাংনরম্বদু তোকখ্রে। মহাক মপাল ফাওবা পঙনা থোক্লকখিদ্রে। তৌবদি করিগুম্বদা নুংথিলদা মখোয় অনী শগোল গাড়ী তোংদুনা সহর তম্না কোয়থোক্লম্মী।

অসিগুম্বা অওনবা অসিদা অকোয়বগী মীশিংনা ঙক্লরম্মী। চাউরবা জমিন্দার চন্দ্রমনি বাবুগী মপানা মাগীদমক লন্নাই ওজা অমা ঙাঙনখিবনি। অদুবু নুমিৎ খুদিং থক চাদুনা ঙাওবা হৌরক্লে। জমিন্দার বাবুদুনা মাবু অফবা লম্বীদা পুরক্লবগী ব্রাখলদা মগুন লৈবী মশক ফজবী নুপী অমবু লুহোংখিবনি। অদুবু করিসু কান্নরমদে। তপ্না তপ্না লন-থুম পূম্নমক মাঙহন তাকহনবা হৌরক্লে! উপায় লৈত্রবা জমিন্দার বাবুনা মাগী লনথুম অপূম্বা মমৌনুপীগী মিংদা পানশিনবীখিবনি।

অদুবু অহিং অমতদা কয়াদা ওনখ্রবা। জমিন্দার চন্দ্রমনিগী মপা গোপী বাবুসে লম খুদিংদা খরখিৎ শিংবা মীওইনি। মহাক্না হায়রকই, "মসি মমাঙ চহীগী অহিং অমদা মৌনা শুমজিৎনা মখোঙ মরম খঙদবমখৈ শাস্থখিবদুগী মহৈনি। য়ু থকপা, নিশা শীজিন্নবা 'সিগুম্বা ঙাওশিন্নবগী লাইয়েংসিদি শুমজিৎনা লায়েংবসিনা মফরে।"

শ্যামবাবুনা তপ্না নোক্লদুনা হায়রকই, "অদুবু অদুগুম্বা লায়েংদুদি অয়ুর্বেদদা নত্রগা মেদিকেল সাইন্সকী লায়েংদদি য়াওবা তাদেদো।"

গোপী বাবুনা নোক্লদুনা পাউখুম পীরকই, "নঙনা ভাবতু লাকশিনবা ঙমদ্রে। ঐনা হায়রিবসিদি ঙাওদা ঙাওখৎলক্লবদি নুপী অফবা থিবিয়ু হায়বনি।

মদুনি নুপা ৱারক্লবা অমতা ঙায়রবা মীয়াম্না য়ানরবা "শিদ-হিদাক"। ❑

*— ইংলিসতা হন্দোকপা ঃ জয়েন্টামহাপত্র*

---

*ফকিরমোহন সেনাপতি (১৮৪৩-১৯১৮), উরিয়া সাহিত্যগী জগৎতা লময়ানবা অমা ওইনা শীংথানৈ। মাগী ১৮৯৮ দা ফোঙবা "রেবতি" হায়বা ৱারীমচা অসিনা উরিয়া সাহিত্যগী অহানবা মোদর্ন ৱারীমচানি খন্নৈ। লৈবাক্কী অতৈ মফমশিংদা সমাজগী অশেংবা মশক (সোসিয়েল রিএল্লিজম) য়েকপগী মমি উদ্রিঙৈদা মহাক্না অহানবা ওইনা খুঙ্গংগী পুন্সিবু কৃপ্না য়েক্লনা মসিগী লম্বী অমা য়াংলম্লবনি। মহাক্কী 'চা মানা অথা গুনথা' হায়বসি মোদর্ন ক্লাসিকনি হায়না হায়নরিবনি। মাগী অতোপ্পা উপন্যাসশিংদি 'লাচামা', 'মামু' অমসুং 'প্রায়চিট' পনবা য়াই। অৱাং অপাগী ইমুং অমদা চায়োক নাউয়োক্লকপনা মওং তাবা শিক্ষাগী মঙাল খরদমক ফংলকখি। অদুবু ইংলিস য়াওনা লোল কয়ামুক্তা মাষ্টর তৌথোকখি। ইং ১৮৬৮ দা মহাক্না 'উৎকাল পিন্টিং কম্পানি' হায়বা অমা লিংখৎখি অদুগা চেফোঙ অমসু ফোঙখি। মহাক্না সংস্কৃৎ লোন্দগী ক্লাসিক কয়া অনুবাদ তৌখি। ৱারী অসি হান্নগী মমিংদু খজিক্তং হোংদোকচৈ।*

# পাঞ্জি অমগী নোংমা

*— আর. কে. নরায়ন*

মহৌশাগুম, নুংতিগীগুম নুমিৎনা কোক্তোন লোন্নক্লবা মতমদা মহাক্না মাগী খাউদু হাংদোক্লম্মী। অদুগা মহাক্না শিনফমদুদা কুইনা লোয়নরক্লবা মপোৎ মচৈশিংদু পুথোরক্লম্মী। মদুদা লিকোন মরু দজন অমা, মথক্তা করিনো খওদবা লৈই খরা মমি শামি য়েকপা লৈমায়দা থানবা চিথেক নাইবা লাইয়ুম ফিদক অমা, হিসাব খাতা অমা অদুগা খুবাক ময়ি য়েকপা, কোনশিনবা চে খরগা য়াওরি।

লাইবক্তা অশেংবা উৎ অমসুং অঙাংবা মচুনা ফৈনা ফৈনা পাক্না তৈরি। মাগী লংলবা মীৎ অনীদুনা মাগী মনাক্তা কানগুম্বনা চওলক্লুনা মপোক ময়ি য়েংলগদৌরিবা হায়না কুইনা কাফেৎ তৌদুনা য়েংলি। মাগী ফিভমদু মাগীদা লাকপা চমজরবা মীশিংদুগীদমক্তদি য়েংবা নুংঙাইরবা, পূক্লিং চিংশিন্নীংঙাই ওইনা, হায়দোরকপদা হেক্তা চুমগদৌবা মানবা মওং ওইহল্লি।

মাগী মমীৎকী লৈরিবা ফিভমদুনা অচৎ অওকশিংবু চিংশিন্নীংঙাই শক্তি অমা য়াওরি অয়েকপা লাইবক অদুগা চুবাগী লোইরোই হাইথরক্লিবা কোইদুগগী মরক্তা মীৎ অনী অদুনা কুফেৎ কাফেৎ তৌবদু অয়েকপা লাইদা অশেংবা মিৎ পানশিনবগুম উহল্লি। হায়রপ ব্রাখল তাবা মী ফাওবা মহাক্কী ফিভমদুদা 'ইশ !' হায়নীংবা ফাওগনি। মহাক্না পীনীংলিবা ঈথিলদু পন্দোম লোম্না ফংনবা মকোক্তুদসু লৈঙাং মচু শঙবা কোকয়েৎ অমসু য়েৎলি। মহাক্কী মওং মতৌসিনা মীবু শুমহৎপদা কৈদৌঙৈদসু শোয়হন্দবগুম্বনি।

লৈহী চেনবা মচু মমেন পানবা লৈরাংনা হয়িংখোইগী পূক্লিং চিংশিনবগুম

মাগী ফিভমসিনা অচৎ-অওকশিংবুসু শুস্নাৎলম্মী।

'টাউন হোল পার্ক' তম্না ফাওদুনা চৎখিবা খোঙলম্বী অদুগী নাকন্দা নীংঙাইদনা হৌরিবা মঙ্গে পাম্বী অদুগী শন্দোক্লকপা মশা অমগী মখাদা মহাক ফল্লি। মফম অসি মওং কয়ামরুমদা শীংথানিংঙাই ওই। অসুম্না লম্বীদুদা নোং ঙানবদগী নুমিদাং ফাওবা ইপোম নাইনা লেপ্তুনা চখোক চৎশিন তৌনৈ। মখল কয়াগী ললোন ইতিক্লা মফম অসিগী লৈতেং ওইরি। হিদাক লাংথক য়োনবা, হুরান পোয়াশিং য়োনবা, মেজিক তৌবশিং, অমনবা ফিরোলশিং নিলাম লাউবা, সহর অসিবু পূম্লাং লাংহল্লিবা মওংশিংদু মফমসিদসু সুনা তিল্লি। মাগা হেক তাইননা অদুদা কন্না কন্না লাউ খোংবা লৈবাক হৌৱাই অঙৌবা য়োনবা নুপা অমসু লাক্লুনা ফল্লরে। মহাক্লা নুংতিগী মাগী মমিংসি অঙক অঙকপা কয়া হায়দুনা লাউগনি। নোংমনা 'বোম্বে আইস্ ক্রিম, মথং নুমিৎতনা 'দিল্লী অলমোন্দ' অদুগা হুম্নি শুবদনা 'বাজাজ ডেলিকেসি' অসুম্না ওন ওন্দুনা লাউগনি। মদুদা অরৈবা মীশিংনা মঙোন্দা নুংঙাইদুনা য়োমশিনগনি। অসিগুম্বা তিল্লরিবা মীয়ামসিগী মনুংদা শরুক খরদি পাঞ্জিদুগী মমাঙদসু তিল্লরিবনি। পাঞ্জিদুনা মহাক্কী থবক্লু নুমিদাং য়ৌরকপদা লৈবাক হৱাই য়োনবদুগী থাল্লিবা মৈদুদা অদুগা নাকন্দনা পৈশিন্দুনা থারিবা হৱাই মকুম পৈদুনা থারিবা মৈখু চেনবা মৈরিদুগী মঙম শান্দবা মৈঙালদুদা চথগনি। ম্যুনিসিপালনা পীবা মৈ ফংদবা অসিসু মফমসিদা শুস্নাৎনীংঙাই ওইরিবসিগী শরুক তঙ্খাই অমদুম ওইহল্লিবনি। মফমসিদা ঙাল্লিবসিদি ফল্লিবা দুকানশিংদা থাল্লিবা মৈশিংদগী নাম্থোকপা মৈঙালশিংননি। মরক মরক্তা গ্যাস শীজিন্নদুনা থানবা থাউমৈসু য়াওরি। মৈ খরনা ইহাং হাংনা মৈনম উতোংশিংদা থাল্লি। করিগুম্বদনা অচৎ অওক সাইকলশিংনা কাপলকপা মৈঙালশিংনসু মফমদু মঙাল পীররি। অতোপ্পা কনাগুম্বা অমা অনীসু মশাগী থাউমৈ য়াওদনা পাঞ্জি অসিগুম্না মাগী মাগী থবক চথনরি। মফমসিমক থাল্লরিবা মৈ ময়ামগী মৈঙালগী মশেকশিংগী অমসুং অচৎ অওক ময়ামগী মমিশিংগী ককথৎনফম্নি। অসিগুম্বা মফমসি পাঞ্জিদুগীদি চান্নজবা মফম হায়বা অদুমক ওইরিবনি। মসিগী চন্লবা মরম হায়ববু মহাক অসি মাগী ঙল্লিঙৈঙে পুন্সিদা অসিগুম্বা পুন্সিগী মওংসিগুম পাঞ্জি ওইদুনা লেনবা পামখিবা নত্তে। অদুগা অতোপ্পগী তুংগী পুন্সিদা করি থোক্লগদগে হায়বদি লায়রদনা মহাক মশামক্কী পুন্সিদা থংনবা

মীৎকুপ্তা করি থোক্লগদৌরিবনো হায়বা ফাওবা করিগুম্বা মতমদা খঙবা মী নত্তে। মহাক্কীদা লাকপা চন্নবা মীওইশিংদা লন্নানবা ওইবগুম মহাক কুঠি-নুংথিনচিংবা চে-চাংশিংদুদসু চপ চাবা লন্নানবনি। মদুবু মহাক মাগীদা লাকপা মীশিংগী পূক্লিং নুংঙাইগদৌবা অঙকপা ফাওগদবা ব্রাহৈশিং খন খন্দুনা ঙাঙগনি। অসুম্না ঙন্নিবসি কুইনা মীথিক মীরৌ য়েংলকপা, হোৎনরকপা, মরম চাবা য়েংদুনা ভাবনা শাগৎপা তন্নকপদুনা ওইবা তায়। অতৈ থবক্কী মতৌগুম কন্না হোৎনরবদি মহৈ চায় হায়বদু ওইবা তাই, মহাক্না নুমিদাং য়ূমদা হঞ্জিনবা খুদিংদা হোৎনজমন খরা খরদা ওইরবসু পুশিনবা ঙন্নিবসি।

মাঙজৌনবা ব্রাখল অমসুং থৌরাং অমতা য়াওদনা মহাক মাগী খুঙ্গংদু থাদোক্লমখি। করিগুম্বা মহাক্না লৈথরম্বা থোক্লবদি মপা মপুশিংনা পাঙথোক্লম্বা থৌদাং, লৌ খোইদুনা, উদুনা, মুনবা ঙাইদুনা, য়ূম কৈ ঙন্না পান্দুনা অহলশিংনা থম্বিরম্বা য়ূমদু কোইদুনা লৈরমগনি। অদুবু মদু থোক্লগদবা থৌওং ওইখিদ্রে। মহাক কনাদসু হায়রমদনা ময়ূম থাদোক্লম্বা তাখিবনি। অদুগা মফমদুদগী মাইল কয়া লাপথোক্লক্লিফাওবা মতমদুদা মহাক লৈতাখিদে। চন্নবা খুঙ্গংগী মীচম অমদদি মসি শোরারেল কিম্বুরকপা মায়য়োক য়াবগুম অচৌবা থৌদাং অমনি।

মীওইবগী খুদোংথীবশিং, লুহোং খোঙদোংবা, শেল-থুম, মী অমগা অমগগী চমন্নরবা মরীশিংগী মরমদা নৈনবা, অফ-ফত্ত মত পীবা তারম্মী। কুইনা তৌরকপনা মহাক্কী মীৎয়েংসু থৌহল্লে। মীকুপ খরদংদা মহাক্না লাক্লিবা মীদুগী অব্রাবদু করিনো হায়বা খঙদোকপা ঙম্মী। ব্রাহং অমদা পৈশা অহুম অহুম লৌরম্মী। লাক্লিবা মীশক্তুনা করিনো লংলা লংজিল খঙবা য়াবা, পাওতাক পীবা য়াবা ব্রাহৈ মঙা তরা হায়রক্লিফাওবা মিনিৎ মঙা তরা করিগুম্বা ব্রাহৈ অমফাওবা মহাক্না কাঙথোক্লোই। মমাঙদা ফন্নিবা মীদুদা মহাক্না "নহাকসি হিরম কয়ামরুমদা নঙনা তৌজরুবগী মহৈ মপূং ফানা চাবা ঙমদ্রে।" হায়বদুদা মী তরাগী মনুংদা নীপান মাপন্দি মাগী ব্রাফমদুদা য়াদবা ঙন্লোই। নত্রগা মহাক্না হংগনি, "নঙগী ইমুংদুদা নঙবু নীংথিনা তৌদবা নুপীগা লৈব্রা? ইমুং মনুংগী মরী মতা ওইরবসু?" নত্রগা মহাক্না লাক্লিবদুগী লীচৎ শাজৎকী মরমদা শীংথারক্কনি, "শোমগী খুদোংথীনিংঙাই ওইরিবসি ইশাগী হৈনবী লীচৎ অদুনি। শোম্না কমদৌনা শনিনা ইনাক্তা ফন্নিঁৈদা মাগা মত খেন্নবা লৈবা য়াগনি? শোমগী ঙাইঙম শীঙ্ঙমদবা,

মপাম্ভোঙগী শাউগনবা মতৌ অমসু লৈবা মাল্লি।" অসিগুম্বা ৱাহৈশিং অসিনা অয়াম্বা মীওইশিংদা হেক্তা চাশিন্নগনি। ইরাই লায়না মীগী থম্মোয় ফাবা ঙমগনি। মরমদি খ্বাইদগী হেন্না ইঙ-তপ্পা মী ফাওবা মপাম্ভোংগী ঙাইহাক্কী শাউবা মতৌ অসিদি লৈনরিবা ঙাক্লি।

লৈবাক হৱাই য়োনবদু মাগী মওং মরিল নাইদনা ঙানবা থাউমৈগী মৈরিদু মৃখত্তুনা ময়ূম চৎননবা শেম শাপ্রে। মসিনা পাঞ্জি অদুদসু মপোৎ মচৈ য়োমশিন্নবা ইঙ্গিৎ পীরকপগুম্বনি। মহাক্লা চৎখিবা অদুনা পাঞ্জি অদুবু অমম্বদা হৃন্দোক্লম্মী। অতোপ্পা মফম কদায়ৱাইদগীনো য়ৌরকপা শংলি শংলিবা মঙাল অমনা মাগী মমাঙ অদুদা তাররিবা অদু নত্তনা অতৈ মঙাল লৈশিল্লক্লে। মহাক মাগী লিকোন মরুশিংদু লৌশিল্লম্মী অদুগা অতৈ পোৎ-চৈ অকুপ অতাশিংদু লৌশিন্নবা হোৎরিঙৈদা মাগী মমাঙদা তাররিবা অশংবা মঙালদু চাওরবা মুর্ত্তি অমনা খঞ্জিল্লকুম্মী। মহাক্লা য়েংখৎলুবদা নুপা অমা মাগী লাইয়ুম থারিবা অদুগী মমাঙদা লেপ্তুনা লৈবা উরে। মহাক্লা মহাক অদুবু খুবাক ময়ি য়েংবা লাকপা মী ওইহনবা য়াগদৌবগুম উরম্মী অদুনা হায়রকই, "শোম্বু য়াম্না চোকথরবা, নুংনাংলবগুম উইদা-ঙাইহাক ফমথরক্তুনা অৱা নুংঙাই ৱারী শাবদা অদোমদা থোইদোক্লা কায়রোইদা।" নুপাদুনা করিগুম্বা অমা মুরুম মুরুম খুম্বগুম তৌখি। পাঞ্জিদুনা মখা তানা তকশিল্লম্মী। অদুদগী নুপাদুনা পাঞ্জিদুগী মীৎমাঙদা মাগী খূৎশাদু ইনশিল্লদুনা হায়রকই, "নঙ নশাসি অফবা পাঞ্জি অমনি হায়না খঞ্জরিব্রা?"

ৱাফমসি পাঞ্জি অদুনা শীংনরকপগুম খল্লম্মী। অদুনা নুপাদুগী মখূবাক্তু লৌরদুনা শংলি শংলিবা মৈঙালদুদা থাল্লদুনা য়েংলম্মী অদুগা হায়রকই, "শোমগীসিদি, শোমগী লিচৎতা হৈনবা অমা..."

"ও! তোকও তোকও অদুগুম্বদুদি...", নুপাদুনা হায়রকই। "করিনো খরা মরী লৈনবা, খরা থাজবা য়াবা হায়রকউ।" পাঞ্জিদু খরখিৎ নুংঙাইতবা ফাওরম্মী। মাগী ইকাই খুম্নবা শোকপগুম খল্লম্মী। অদুনা হায়রকই, 'ৱাহং অমদা পৈশা অহুম অহুম্লি, অদুগা নঙগী পৈশাদুগী মতিক চাবা পাউখুম ফংগনি।" ৱাফমসিদা নুপাদু মখূৎ চিংথোকখিদুনা ফুরিৎখাউদগী অনা অমা লৌথোক্লকুম্মী অদুগা পাঞ্জি অদুদা লংশিল্লদুনা হায়রকই, "ঐনা য়েংনীংবা ৱাফম খরা লৈ। করিগুম্বা নঙনা শেরান তুরান খুম্নক্লবদি ঐগী পৈশাসি শেন্দোয়গা কোম্নন

হনগদবনি।”

“অদুদি করিগুম্বা ঐনা খুম্নকপা পাউখুমগা চানরবদি লুপা মণ্ডা পীবা ঙম্বা?”

“হুঙ...”

“অদু ওইরবদি অনা নীপান পীবদি য়াব্রা?”

“ফরে ফরে, করিগুম্বা নঙনা মায়থিরবদি মদুগী শরুক অনী হনগদবনি মদু ওইরবদি ঐ য়ারে।” লম্লানবা নুপাদুনা হায়রকই।

ঙাইহাক য়েৎনরবা মতুংদা মখোয়গী শীংনবদু য়ানবে। পাঞ্জিদুনা মখূৎ লোন্নদুনা স্বর্গ তম্না ঈশ্বরদা পার্থনা তৌরম্মী। মতমসিদা লম্লানবা নুপা অদুনা চুরুট অমা মৈখেৎ খেত্তুনা চমখৎলম্মী। মৈখৎতুগী মৈঙালদুদা পাঞ্জিদুনা নুপাদুগী মশক লাকপা ঙমহৌবম্মী। কারশিংনা হোরোল খোংদুনা থৌখিবগী মখোলনা মখোয় ঙাইহাক লৎকক্ তৌনরম্মী। শগোল গাড়ী মপুশিংসু মাগী মাগী শগোলশিংদা তোংখৎনখ্রে। মফম অদুব্রাইদা অচং অওকশিংনা ব্রারী শান্নবগী লৌকম খঙদবা খোঞ্জেলশিংনা মল্লি মল্লিবদুদা শাউগংহনবগুম্লি। নুপাদু মাগী চুরুটতু চিংলগা মৈখুদ কামথোক্লদুনা নুংশি খঙদনা মীগুম ফম্লি। পাঞ্জিদু য়াম্না হৈনদনা নুংঙাইতবা ফাওরম্মী। “সে নঙগী অনা'সি লৌশিল্লু, তু। ঐ অসুম্না শীংনবসি তৌররোই। ঙসি'সি ঐ খরা থেঙখ্রে।...” মহাক মপোং মচৈশিংদু য়োম্লবা শেম শারম্মী। অতোপ্পা নুপাদুনা মাগী মখুদাং তাপ পায়রদুনা হায়রকই, “হৌজিক্তি নঙনা হেক্তা তোকপা য়ারোই। নঙনা ঐবু লম্বীসিদা চুম্না লাকচবদগী ফাদুনা চিংশিনখিবনি।” ফিভমসিদা পাঞ্জিদু নুপাদুগী খুবাম্লুংদুদা হায়রপ নীক্লপ তৌরম্মী। “ঙসিদি ঐবু থাদোক্লো। ঐ হয়েং শোয়দনা নঙগীদু য়েংলগে।” নুপাদুনা মাগী মখূৎতু মাগী মমাঙদা অমুক্কসু ইনশিল্লদুনা হায়রক্লম্মী, “শীংনবা হায়বসি শীংনবনি। হৌজিক য়েংদবা য়ারোই।” পাঞ্জিদুনা মাগী অকিবদু ফাথজদুনা হায়রকই, “নঙগী ইমুংদা নুপী...”

“তোকও!” নুপাদুনা শাউনা হায়রকই, “অদুগুম্বা অমত্তা নত্তে ঐনা পাম্লিবসে। ঐনা হৌজিক থিবা লাক্লিবসি ফংগদ্রা ফংলোইদ্রা? 'সিদং খুম্লম্মু অদুগা চৎখ্রো। নত্রবদি ঐনা নঙগী শেঙ্গাওদগী শেঞ্জোইশিংদু লোইনা হৈদোকখ্রগদবনি।” পাঞ্জি অদুনা মচীন্দা মন্ত্রগুম্বা করিগুম্বা খরা মুরুম মুরুম

শোল্লম্মী। অদুগা হায়রকই, "ফরে ঐ হায়রগে। অদুবু করিগুম্বা ঐনা হায়রিবসিনা নঙোন্দা পেলহল্লবদি লুপা অমা পীবা য়াবরা? নত্রবদি ঐ করিমতা হায়রোই, নঙনা তৌনীংবা তৌ।" অমুক কন্না মমল হুন্নরবা মতুংদা নুপাদুনা য়ারম্মী। অদুদগী পাঞ্জিদুনা হায়রকই, "নহাক মীহাৎ মীপুন অমগা মরী লৈননা য়ূম থাদোক্লকপনি, চুন্নবা?"

"হায়য়ুনে, লোইনা হায়খোনে।"

"অমুকথক নঙোন্দা কনানো অমখল্লা থাঙ ছুরি অমনা থিনখি", পাঞ্জিদুনা হায়রকই।

"উম চম্মী।" নুপাদুনা মাগী থবাক্তু তাখত্তুনা মদুদা তারিবা দাগতু উৎলদুনা হায়রকই, "মখা করি?"

"অদুদগী নহাকপু মনাক নকপা গুহা অমদা থাদরমখি। নঙবু শিরুরসনু হায়না লংথোক্লম্বনি।"

"অশেংবনি, করিগুম্বা লম্বী অচৎ অওক খরা লাকপদুনা তান চানদুনা গুহা মনুংদা য়েংলমদ্রবদি ঐ শিরল্লগদবনি।" নুপাদু অপেনবনা লাকহৎলদুনা হায়রকই, "কৈদৌঙৈ ঐনা মাবু ফংগনি?" মখৌ শেংদোক্লদুনা মখা হায়রকখি।

"গুরু নায়ক..."

"নহাক ঐগী মিংসু খঙবা ঙম্বা?" নুপাদুনা ঙক্লা খঞ্জানরদুনা হায়রকই,

"অতৈ পূম্নমক খঙলিবা অসিগুম্বনি। গুরু নায়ক ঐনা হায়রিবসি মুন্না তাও। নহাক্কী লৈফমদু মফমসিদগী নুমিৎ নীনিগী খোঙচৎ ওইগনি। মথংগী রেল তোংদুনা মফমসি থাদোকখ্রো। ঐনা নঙগী খুবাক ময়ীসিদগী খঙবদদি নহাক য়ূম থাদোক্লুনা চৎলবদি অচৌবা খুদোংথীবা অমনা নঙবু ঙাইরি। মহাক্লা খুদোন্না চপ্তুনা অশেংবা উৎ খরা খাউ মনুংদগী লৌথোক্লম্মী অদুগা নুপাদুদা পীরদুনা হায়রম্মী, "মসি লাইবক্তা তৈশিল্লু অদুগা নয়ূম মায়কৈ পাংখ্রো। কৈদৌঙৈদা অমুক মখা পাংনা লাক্কনু মদুতনা নহাক চহী চামা পুন্সিবা ঙমগনি।"

"মতুংদদি করিগী য়ূম থাদোক্লুনি," নুপাদুনা পাউখুম ওইনা হায়রকই, "মহাক্তুদবুনি ঐনা মরক মরক্তা থিবা চৎলিবা, থেংনবা মফমদা লোইশিনগে হায়না।" মহাক্তু নংঙাইতনা মকোক হাইরম্মী। "মহাক ঐগী খূৎতগী হেক নাম্থোকখিদা। অদুবু মাসু মানা তৌখিবা লীচৎকী ফল ওইনা মীশি চানদি

শিরল্লোই।"

"অশেংবমক্লি," পাঞ্জিদুনা হায়রকই। "মহাক্তু লোড়ী মখাদা চপখায়দুনা শিখিবনি।" মসি তাবদা নুপাদু পেনবগুম তৌখি। পাঞ্জিদুনা মাগী মপোৎ মচৈশিংদুনা মাগী খাউদা হাপচিনবা মতমদদি মফমদু ইতাক তাক্লন্নে। শংলি শংলিবা মঙালগী মশেক খরা ঙাল্লম্বদুসু মৃৎখিদুনা মাবু অমম্বদা লংথোক্লন্নে। লম্লানবা নুপাদুসু শেঞ্জোই খুবাম অমা পীরম্লগা মল্লি মল্লিবা মরক্তুদা চৎখ্রে।

পাঞ্জিদুনা ময়ূম য়ৌবদদি মখে ফংনা থেঙলে। মাগী নুপীনা থোঙজিন্দা ঙাথদুনা ঙাইদুনা লৈরন্নে। অদুগা থেঙলকপগী মরমসু তকখৎলকই। মহাক্না ইমুংদা ফংলকপা শেঞ্জোইশিংদু মাগী নুপীগী মাঙদা থাদরম্মী অদুগা হায়রকই, "থীয়ু তু। মী অমত্তদগী পূম্না ফংহৌবনি।"

"অনা তরানিথোইনি", মাগী নুপীনা মশীং থীরদুনা হায়রকই। মহাক হরাওবনা থুমহৎলম্মী, "হয়েংদি অথুম অহাও খরগা, য়ুবীগা লৈরুবা তারে। অঙাংশিংনা চানীংই হায়দুনা নীংঙাই তৌরক্লিবসি নুমিৎ কয়ানি শুরবনি। হয়েংদি করিনো হাউ'দৌবা খরা হৌবি'তারে।"

"মদুগী মীরৈহৎতু ঐঙোন্দা নমথাক তৌরম্লিবনি। লুপা অমা পীনি হায়জিল্লগা।" পাঞ্জিদুনা হায়রকই। মাগী নুপীদুনা মঙোন্দা য়েংখৎলকই, "নঙসি ঙসিদি মায়থোঙ লাংশিনবা মাল্লিদা। করি তৌরবগে?"

"করিসু তৌদেদা।"

চাকচা' তোক্লবা মতুংদা কাংথোলদা মখোঙ য়াম্ফদুনা ফম্লদুনা পাঞ্জিদুনা মাগী নুপীদা হায়রকই, "খঙ্ঙরা? ঙসিসি ঐগী পুক্সিগী কুইনা পুরক্লবা অচৌবা পোৎলূম অমা কোকখ্রে। চহী কয়াগী মমাঙদা ঐগী ইখুৎসিনা মী অমা হাৎলুখি, অদুনা মীহাৎপনি হায়না ইতোমতা খঞ্জখি। মরমদুমক্লনি ঐনা ইয়ূম থাদোক্তুনা মফমসিদা চেল্লকখিবা, মফমসিদা লৈথখিবা অদুগা নঙবু লুহোংদুনা লৌখিবা। অদুবু মহাক্তু শিরমদ্রে।"

মাগী নুপীদুনা নুংশাথিনা হায়রকই, "মী হাৎকেনা হোৎনরুরবা?"

"উম। ঐখোয় খুঙ্গংদনি, মতমদো ঐ ঙাওশিন্নবা নহা ওইরি। নোংমা ঐখোয় খরা য়ু পুম্বমখে থকচিন্নরম্মী। অদুগা জ্বার শান্নবদগী মরৈ য়েৎনরক্তুনা শাথিনা ফূনরম্মী। মদু হৌজিক খল্লুদুনা কৈদৌরুগবনো?" পাঞ্জিদুনা হকাম

চল্লদুনা, কাংথোল মথক্তুদা মশাদু তিংথোক্লদুনা হায়রকই, "তূম্বা মতম ওইরেসে।" ❑

---

*আর. কে. নরায়ন (১৯০৬-২০০৫), ভারতনা নীংখা তন্নমদাইদা ভারতকী ইংলিস লোন্দা ইবা সাহিত্যদা খূৎ থাদুনা মালেমদা মফম অমা কনবা ঙমখিবা 'ত্রিনিটি' নৎত্রগা 'বিগ্ থ্রী' হায়রগা খঙনবা মখোয় অহুম (মুল্ক রাজ আনন্দ, রাজা রাও, নরায়ন) গী মনুংদা অমনি। মদ্রাজগী নুংঙাই য়াইফবা ব্রাহ্মন ইমুং অমদা পোকখি। ঙল্লিঙৈ মতমগী মহৈ মশিংদি য়াম্না হৈথোই শিংথোইনা হৌরকখিদে। অথেঙবা পুন্সিগী শরুক্তগী গুণগী মতীঙ ফুদোরকখিবা নুপানি। মহাক্কী শীংথাবা য়াবা লাইরিকশিংগী মনুংদা 'স্বামি এণ্ড ফ্রেন্দজ্', 'বেচেলর ওফ আর্টস', 'দার্ক রুম', 'দ ইংলিস টিচর' পনবা য়াবা লাইরিকশিংনি। অদুগা মাগী অতৈ খূৎইশিং 'এন এষ্ট্রোলোজরস্ ডে এণ্ড অদর ষ্টোরিজ্', 'দ মেন ইট্টর ওপ মালগুরী', দ ভেন্দর ওফ স্বিট্স্' পনবা য়াই। মহাক্কী 'দ গাইড্' হায়বা লাইরিক্তা সাহিত্য একাদমিগী মনা ফংখি। অদুদগী চহী অহুম কোন্থরগা 'পদ্ম ভুষন্' পীদুনা ইকায় খুম্নখি। রারী মচা অসিমক মশামক মী হাৎলুরে হায়না খঞ্জবা নুপা অমগা মহাক্না হাৎলল্লবা নুপা অমগগী চরিত্র য়েক্লকপদা রারীগী পরিংদা খংলৈ লৈখিবা (ত্রিষ্ট) মওংগীদমক মমিং চৎখিবা অমনি। মহাক্কী খূৎই কয়া অমসু ফিল্ম অমসুং টি:ভি: গী সেরিয়েল ওস্থোক্লুনা শান্নখ্রে।*

# অনৌবা থৌদোক'মগী পাউদম

*— ইয়েন লিয়েন য়াওন*

ইনে চাউ-না মাগী চাকশঙদুদা অহাউবা চরা অমতং থোংনবা শেম-শারম্মী। নোংমাইজিংগী নুংথিল অমনি। থৌরাং পূম্নমক লোইরবদা মহাক্লা খাং অদু মৈথক্তা থাঙ্গত্তুনা থাউ হৈজিল্লম্মী। খাং মনুংদা থাউশিংদুনা কোঙ্গোন কাবা হৌরক্লবদা মৈথক্তগী মদুবু অমুক থাংথখ্রে। করিগীনো? মরমদি মহাক্লা শেমজ-শাজদুনা পীজনিঙলিবা, চাবিরগদবা মহাক্তু হৌজিকসু হল্লক্ত্রি।

নুমিত্তু মাগী মচানুপা তা-শিং গী ছুটি নুমিৎনি। মহাক কাউন্তি ট্রান্সপোর্ট কম্পনিগী ড্রাইভর অমনি। ইনে চাউ-না অহাউবা মথেল খরা থোংনবা শেম-শারি। অদুবু মহাক্তি য়ৌরকপগা তন্না অমুক চৎখ্রে। ইনেনা পরপ পরপ মখা তাথনা থোংলবদি চানা থক্লবা পূম্নমক চজিক ওনখিরোইদ্রদো?

খঙহৌদনা থোঙ হাংদোকপগী মখোল তারকই। মচানুপা ওইরম্বা য়াই খন্দুনা ইনে চাউ-না অমুক হন্না খাংদু মৈথক্তা থাঙ্গৎখ্রে। অদুদগী লৈদুনা য়েংলকই। ট্রান্সপোর্ট কম্পনিগী প্রোপেগণ্ডা সেক্সনগী ওন্ডবৈ-গী মতুংদা য়ুথ লিক ব্রান্স কমিটিগী য়ংমাগা অতোপ্পা মশক খঙদবা নুপা অমগা মতুং ইন্দুনা চঙলকপদু উরে।

"এ! নখোয় ওইরে 'সিদি, ওন্ডবৈ," ইনেনা ওকপা ওইনা হায়রম্মী। "করি থবক্কীনো নখোয়বু? চঙলকউ ফমসি লাউ।"

"ইনে, ঐখোয়গী মরুপসি হান্না অমুক্তা শক তাকখিগে", ওন্ডবৈ-না লম্নানবদু শক তাকপওইনা হায়রকই, "মা'সি পাউচেগী রিপোর্টরনি। 'লি-পেংদগী তম্নকপা" হায়বা চিয়ার্মেন মাউগী চেফোঙদুগী তরামাথোইশুবা

এনিভর্সরিদা ফোঙনবা ৱারী মচাকশিং থিবা লাকপনি। তাশিং-বু মাগী মরমদসু খরা ইনবা উনবা পাম্লি।"

"মাগী মরমদা হায়বা?" ইনে চাউনা ঙক্লা হংলকই, "মানবু করি তৌরদননো...?"

"ইনে," রিপোর্টর অদুনা মরক থংনা হায়রকই, "মরুপ তাশিং-সি লিপেং-গা রেজিমেন্ট অমতদা লৈমিন্নরম্মী। অদুদগী পোখারগা ড্রাইভর ওইনা লৈরক্লবা কান্দসু থবক কয়ামুকসু তৌখ্রবনি। ইকুই কুইদ্রিঙৈগীসু লায়র-অনং খায়বগী মায়োক্তসু খোঙজং চঙশিন্দুনা অফবা থবক কয়াসু পাঙথোকখ্রবনি। ইনেদি করিসু খঙবিহৌদ্রবরা?"

"নত্তে নত্তে, মানা কৈদৌঙৈদা অদুগুম্বকাক তম্বী লাকপীবা নত্তে। অয়াম্বা মতমদা য়ূমদসু লৈতে। মানা চিল্লিবসি করি ওইরিগবা ঐ খঙদ্রে। চয়োল কয়া য়ূমদা চাক চরা'মতা চারক্রুবনি। অমুক হন্না চংখিনবা হোংনবদা ঙাইহাক্তা লৈতানা য়ূমদা ফমজবা নংদে। ঙসি'সি মাগী ছুটিনি অদুবু চখোকখিবদগী হৌজিকসু অমুক হঞ্জিল্লক্ত্রিবা অসিনি। ঐসু মাবু করিনো খরদং পীজশিরা হায়না শেম শারিবনি– এ! ইমাইপেম্মা, থাউ'সিদি মৈখু কারেদনা।" ইনে চাউনা হাথু হাথু খাংদু মৈথক্তগী থাংথরম্মী।

ওল্ডবৈ-না মাগী ঘড়িদা য়েংলম্মী। চাউরাক্লা পূং মঙা তাগদৌরে। তাশিংদুবু হল্লক্লরোইদবা জাংলা? ওল্ডবৈনা য়ংমা-দা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "তাশিং-দু বস টর্মিনেলদা চংলম্বসু য়াই। অদুদা চত্তুনা নঙনা অমুক্তং য়েংলুবনা চুমগনি। মাবু উনবা মী ঙাইহৌরি হায়না অমুক্তং চুমদ্রিং লাক্লবা হায়রু"।

য়ংমা-দু চংখিদুনা ঙৈহাক লৈরগা হল্লক্তুনা তাশিং-দু বস থৌদুনা চংখ্রে হায়ররে।

"মাগী ছুটি নুমিৎ'সিদসু।" বৈ-না ঙক্লা হায়রকই।

"হোয়, মাষ্টর ৱাংদু করিনো মাগী ছুটি নিরকই হায়দুনা তাশিং-না মহুৎ শিন্দুনা শিয়েংয়াং রিদ্জ্ লম্বীদা চংখিবনি।"

বৈনা রিপোর্টরদুদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "হায়রিবা ফিভমসি ওইরবদি মহাক চাউরাক্লা মঙামখায় অদুৱাইদা হল্লকপা য়াই। অদোম হায়রিবা মতম'দুফাওবা লৈদুনা ঙাইখিসি হায়ব্রা, কমদৌসিগে?"

"ফরে" রিপোর্টরদু ৱাফমদুদা য়াবা তারমই। "মরুপ তাশিং-সিদি তশেংনা থবক চিনবা জাৎনি।"

মঙামখায়, পূংফমসি য়ৌরবদসু তাশিং-দি লাকপগী ৱাদি মরৈত্রে। ৱৈনা য়ংমা-বু অমুক হন্না হংঙুনবা থারমই। অদুদগী তন্ন'মুক হল্লক্লম্মী।

"শিয়েনয়াং রিদজদা ফোন তৌদুনা হংবদা মখোয় তাশিং-গী বসতি লাকপা উদে হায়রকই।" য়ংমা-না পাউদম্লকই।

"করি থোক্লবা জাৎনো? বসতু লম্বীদা অকায়-অতোয় থোক্লবা জাৎলা? লম্বী মরক মরক্তা লৈবা বস ষ্টেসনশিংদদি টেলিফোন তৌদুনা হংলক্রব্রা?"

"অদুদি হংলক্লে।"

"করিগী হংলক্লিবনো? অমুক্তা চত্তুনা খরা হংলুখো?"

ইনে চাউ-না ৱাখলদা নীংজিং মাঙজিংনবা, তয়াং তশোয়বা হেনগৎলকই। সহর অসিদগী শিয়েংয়াং য়ৌবা লম্বীদু চীংলক্কুদা লিনগুম্না থেক-খোয়না চৎলি হায়বসি ৱাখলদা খল্লকই। খ্বাইদগী খূৎলোয়রবা ড্রাইভরশিং ফাওবনা য়াম্না চেকশিনবা তারিবা লম্বীনি।

"ওল্ডৱৈ, মখোয়দুবু খুদোংথীবকাক থোক্লমলোইদ্রনে?" ইনেনা হংলকই।

"কা হেন্না ৱাবিরুনু ইনে, তাশিং হেন্দোক্লা হৈরবা ড্রাইভরনি। করিসু থোইদোকপা থোক্লোইদা।"

খুদক্কুমক্তদা য়ংমা য়ৌশিল্লক্লে। অদুগা কাদা চঙলক্কুনা হায়রকই, "তাশিংদু হোস্পিটালদা লৈরে হায়না তায়।"

"ওহো! অদুদি করিগী ওইরিজাৎনো?" ৱৈ-না হংলকই।

"অদুদি মমুৎ তানা খঙবা ঙমদ্রে। অদুবু মখোয়না হায়রকপদি বসতা য়াওরকপা মী খুদিংমকসু মফমদুদা লোইনা লৈরে হায়।"

"অদুদি, হায়রিবা মওংসিনদি ঐখোয় চৎশি... মরুপ রিপোর্টর অদোমদি কমদৌবিগে হায়বনো?"

"ঐসু ময়ামগা লোয়ননা চৎপা য়াওজরগে" রিপোর্টরদুনা হান্নানা শেম শারবগুম হায়রকই।

তাশিং-দা করি থোক্লিগবা? ৱারীদু 'সিনি।

নুংথিল অদুদা তাশিং-না শিয়েংয়াং রিদ্‌জ্‌ মাযকৈ পাংলম্মী। মাগী চাউ-শাংলবা শাহৌদুনা ড্রাইভরগী সিটতা চেকশিন্না ফল্লম্মী। মাগী চাউরবা খূৎ অদুনা ষ্টিয়ারিং হ্বিলদা পায়রদুনা থৌরবা মীৎনা শরক মথক্তা চেকশিন্না য়েংলদুনা গাড়িদু থৌরমই। মহাক্না খঙহৌদনা মী অনীনা শরক্কী মমাঙমক্তদা চুমদ্রিং লেপ্তুনা লৈরিবদু উরে। "করিগীনো মখোয়না লম্বী লময়ায়মক্তদা লেপশিল্লিবা?" মানা মতোমতা খঞ্জরম্মী। অদুগা হোর্ন কন্না খোংলম্মী। অদুবু মাগী লম্বী পীবগী মহুত্তা বসতু তমদুনা চেনশিল্লক্লে। তাশিং খংহায় খংজিন্দা ব্রেক কাওরম্মী অদুগা লাউরক্লমই। "করিনো তৌরিবসিবু শিবা কিবিদ্রবরা?"

অদুদগী তাশিংনা অহল ওইরবা নুপা অমনা অঙাং অমা পম্বা অদুগা অতোপ্পা নুপী অমনা অঙাং অদুদা য়েংদুনা লেপ্লিবদু উরে। অদুদগী নুপী অদুনা মরিল হোবা মরী অমা অঙাং অদুগা শম্লনা পায়বগুম তৌরি।

হুমাং কারবা ফিভমদুগা, নিংশা চনিং-চমাঙ শন্নদবমখৈ অহল ওইরবা নুপাদুনা ড্রাইভরদুগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লে অদুগা হায়রকই, "ইচানুপা, বিত্রংব্রেনে, বাল্লিঙ্গা।"

অহলদু য়েংবদা কোরিয়ান জাতি মাল্লি। মহাক্কী হাথু হাথুবা, খোযরাংবা মওংদুনা মাগী লোন্দু ড্রাইভর অদুনা খঙলোই হায়বা ফাওবা খনখিদ্রে।

"কবি হায়বনো ইপু?" তাশিংনা হংলম্মী।

অদুবু অহল অদুনা শুপ্পতগী হান্না হায়খিবা কোরিয়ান মরোলদুদা অদুমক হায়রক্লমই। ফিভমসিদা নুপী অদুনা মহাক্না হায়রিবদু অঙাংদু হোস্পিটালদা পুবিনবা হায়রিবনি হায়দুনা শন্দোক্না হায়রম্মী।

"হোস্পিটালদা হায়বা?"

"হোয়," নুপাদুনা খুম্লকই। "অহল অসিগী মশুনুপী চুনজু-সিগী মনাতোন মনুংদা হরাই মঙ্গল মরু অমা চঙখিদুনা নুংশাশ্বর নীংথিনা হোনবা য়াদ্রে। অঙাংসি হোস্পিটালদা থুনা পূদুনা য়েংহৌদ্রবদি শিবদা তারে। বস অমা নাম্বোকখ্রে। অতোপ্পা অমা ভাইব হায়বা ফিভমসিদদি কান্নররোই। ট্রক ওইরবসু অমতং লাক্লবদি সহর ফাওবদং থিলহন্নবা হায়দুনা খনবনি অদুবু অমতা লাকখিদ্রে। ঐহাক প্রদক্সন ব্রিগেটকীদা লৈজবা ডাক্তরনি। ঐগী মিং চাং কৌজে। ঐনা অঙাংসিগী শীজিন্নবা পুজরক্লিবা ওক্সিজেন অসি সুপ্পগী পূং অমরোমদমক

চৎনখিগনি। মতমসি খরা খুয়ৌনরে। অদোম্না খরা মতেং পাংবিদ্রবদি...।

তাশিংনা অঙাং অদুদা য়েংলম্মী। শ্বর য়াম্না ৱানা হোনবগুম উরে। অদুগা মায়থোঙ অদুসু তাইফেৎ তাইরে। "তশেংনা অঙাংসি হোস্পিটালদা পুবগী দরকার লৈরেসে" মহাক্না মতোমতা শোঞ্জরম্মী। "অদুবু কমদৌবা হৌজিকপু শিয়েংয়াং রিদ্‌জ্‌দা চৎপা তোক্কুনা সহরদা অমুক হন্দুনা করম্না চৎকনি। অদুগীসু মথক্তা পেশেঞ্জরশিংসু য়াওরি। ঐ করিতৌবা তাবগে?"

অদুদগীদি মঙোন্দা ৱাখল অমা ফাওরক্লে। পেশেঞ্জরশিংদা লৈশিন্দুনা ওইরিবা ফিভমদু মহাক্না শন্দোক্না হায়রমই অদুগা মখা তারকই, "মরূপ-মপাংশিং, গাড়িসিদা তোংবিরক্লিবা পূম্নমক, ওইরিবা ফিভমসিদা, শিয়েংয়াংদা খরা থুনা য়ৌদবা য়াদবা কাওবুশিংনা মফমসিদা কৃষ্টীদুনা অতোপ্পা বস অমা ঙাইবিরো অদুগা খরা থীস্থনা য়ৌবা য়াবা কাওবু অদুনা বসসিদা অসুম লৈবিহৌরো। ঐহাক থেঙলবসু পম্থুংফম য়ৌনবা শোয়দনা থিঞ্জগে।"

"হোয়নে ফরেনে ! তঙাই ফদবনি।" পেসেঞ্জরশিংদুনা খুম্নরকই।

"অঙাংদু কনফম থোক্লিবনিনে, খবা থুনা কাখৎলো হায়যুনে।" ময়ামদু ইবাঙ লাংলৈ।

হৌজিক তাশিং-না বসতু মমায় হান্না-লাকপা লম্বী অদোমদা লৈথোক্লে। মহাক্না হৌজিক খল্লকই, "অঙাংসি শিবা চঙবা হায়বসি থবা তপ্পদা লৈরে।" মহাক কন্না থৌবা তাবনি। অনৌবা থৌনাগা লোয়ননা, অঙাংদু কনবা ঙম্নহৌনবা হোস্পিটালদা মতম চানা য়ৌহনবা হাযবসি মাগী ৱাখল ওইরমই। মাঙ্গা অচেৎপা থীৎয়েং থম্লদুনা, মহাক্না ষ্টিয়ারিং হুইলদা চেৎনা পায়রদুনা থেক খোয়রবা চীংলম্বী অদুদা য়াঙবা থৌরম্মী।

গাড়িদা তোংলকপা পেসেঞ্জরশিংনা অঙাং অদুদা পূক্নিং চঙলম্মী। কল্লানা মখুৎ নোইহিবিরম্মী। কনাগুম্বা অথাবা ফুরিং য়াওবশিংনা লৌথোক্কুনা অঙাংদুবু কোনবিনবা পীরম্মী। অঙাং অদুগী থৱায় কন্নবা ওক্সিজেন হাপ্লিবা ফিলটর লীক্লি অদুগী মনুংদা য়াওরিবা ঈশিংগী ঈমায়দা কারক্লিবা কোঙ্গোলদু উরগা মবুবোক ফিম-গী পিশুম অনীগী কারক্তা হুমাং মরিক মরিক কারক্কুনা মায় তম্না চেস্থফম থিরক্লি। অঙাংদু হৌজিকসু মতস্বাক্তা কোল্লি। ডাক্তরলোমদা য়েংদুনা হংলকই, "ওক্সিজেন অসি হোস্পিটালফাও কোম্নখিদ্রা ইবেম্মা?"

"চপচানা কোন্নবসু য়াই।"

"চাংচত্তা সহর য়ৌবসি পূং অমদগী হেন্না চঙবনি।"

"অদুবু ঙসিদি অসুম্না চঙনি নীংদে।"

অসুম্না ঙাঙনবসি তাবদা তাশিংনা খল্লম্মী, "মসিগী অসিদি মতমগা লমজেন তান্নবা হায়বদুনি। হৌজিক সেকেগু অমা ফাওবা মাঙহন্নিঙাই লৈত্রে।" ফজনা হৈরবা ড্রাইভর ওইবনা মহাক্না অরোইবিদা য়াঙনা থৌরম্মী। বসতু গিয়ার মঙা ফাওবা লৈবনি। অদুবু করিগুম্বা নিপালশুবা গিয়ার ফাওবা লৈরবসু মদু পান্দুনা মহাক্না থৌরমগনি।

ইখঙ খঙহৌদনা, নুপা অমা মখূত্তা অঙাঙবা ফিরাল পায়রদুনা শরক্তা লেপ্লা উরে। মহাক্কীদু করিগুম্বা অমা পোকখায়হনগদবগী ইঙ্গিৎ ওইরম্বা য়াই। মনাক নকপা অদুব্রাইদা রিজার্ভর অমা শাগৎলিবনি হায়বা তাশিংনা খঙলম্মী। করিগুম্বা মহাক্না লেপ্লবদি, য়ামদ্রবদা মিনিট তরাগী মথক্তা লেপ্লা তারি। অদুগা অমরোমদা ওক্সিজেনদি লোইশিল্লক্লি। খজিক্তুং থিন্থবা হায়বসি অঙাংদুগী থব্রায়বু বিদায় পীবা হায়বনি। নত্তে মহাক লেপ্লোইদবনি। থেংনরকপা জ্ঞান্না মঙোন্দা হায়রি, "পীরিবা ইঙ্গিৎকা পোকখায়বগগী মরক্তা মতম খরদি কান্নে। চেল্লিবা খোঙচৎকী চাং অসিদদি মফমসি শোয়দনা লাম্থোকপা ঙমহৌগনি।" মহাক্না হোরোলদু হন্না হন্না খোংলম্মী। অদুবু নুপাদুদি ফিরালদু হায়দুনা লৈরিবদুদগী খোঙফম অমতসু চখোক্লমদে। মমৈদা তাশিং উপায় লৈত্রদুনা ব্রেক্কু কন্না কাওশিল্লম্মী। অদুগা লাউরকই, "মরূপ ঐ লাম্থোকচখ্রগে।"

"য়াররোই!" নুপাদুনা পাউখুম পীরকই। "পোকখায়গদবা পূম্বা লোইনা থৌরাং লোইখ্রবনি।"

"অদুবু'সিদি অথুবনি। বস মনুংসিদা ফিভম লুরবা অঙাং অমা য়াওরি। মাগীদমক পুরকপা ওক্সিজেনদি লোইখিগদৌরে। করিগুম্বা চোম্থরবদি অঙাং অসি লৈখিদবদা তারে।" নুপাদুনা থুনমক পোকখায়হল্লক্কদবা মীশিংদুদা পোকখায়হল্লক্তনবা ঈঙ্গিৎ পীখিরম্মী। অদুদগী ঈঙ্গিৎ অদু ফংখিদ্রিঙৈদা তাশিং-দি হান্ননা বসতু য়াঙনা থৌবা হৌখ্রে। "বুঙ!" বসতু খুদোংথীগদবা জগাদু হেক লাম্থোকখিবগা বোমদু পোকখায়রম্মী। লৈবাক নীকপগী শামিন্দু বসতুদসু ফংলম্মী। "ঐখোয় সহর উরক্লে। নখোয়গী পোকখাইহন্নিংবশিংদু

পোকখায়হল্লহৌরো। তাশিং-না মতোমতা খঞ্জরম্মী। 'সিগী হেক মতুংদা তাশিং-না ডাক্তরদুগী খোঞ্জেল তারকই। "ওক্সিজেন লোইথোকখ্রে," মহাক্না লাউনা হায়রকই।

"অদুদি কমদৌনি! অতে করি উপায় লৈরি?" অহল ওইরবা মপুবোক কিমদুনা পাখৎনা হংজরকই।

"থোইদোক্লা ৱাবিরুনু ইপল," ডাক্তরদুনা হায়রকই, "ঐখোয়না ঙম্বমখে অঙাংসি কন্নবা হোৎনগনি। ওক্সিজেনগী উতোং মরীসি লৌথোক্লসি, হোস্পিটালদু নকশিল্লক্লে।

ৱারীদু তাবদা তাশিং-গী থম্মোয়দা তাশোন্না থিনবগুম্লম্মী। করিগুম্বা উচেক্লুম মশা পাল্লন্নবদি হোস্পিটালফাওবা খপ্পুনা পাইরমগনি।

অমুকসু অহৌবা মখোল অমা পোকখায়খিবা তারে। করিনো? 'সিৱাইদসু অমুক করি পোকখায়রিবা। তাশিং ঙকচান্নরম্মী। বসতু মায়কৈ শেলৈননা চেনবা হৌরক্লম্মী।

কায়গনখিদ্রবা তয়ার মখলনি। অদুবু লম্বী অশম্বা ইমা শিবা নংদে হায়বদো থোক্লে। কায়রে। হৌজিক তয়ার শিনবগী মতম নত্ত্রে। অদুবু হোস্পিটালসু মমাঙদা শোরোক হাইগৎপদা লৈরে। করিগী অঙাংদু পুদুনা হোস্পিটাল ফাওবা চেল্লোইদগে?

কণ্ডক্টরদা বসতু য়েংশিন্নবা শিন্নরল্লগা তাশিংনা অহল ওইরবা মবুবোক্কুদগী অঙাংদু লৌখত্তুনা হোস্পিটাল তম্লা চৎচেন চেনখ্রে। ডাক্তর অদুসু, পেসেঞ্জর পূম্বা মাগী মতুংদা চেল্লকহৌরি।

তাশিং-দু হোস্পিটালদা হোৎচিনখিরমই। অদুগা একজামিনেসন রুমদা চঙশিনখিরম্মী। মহাক্না চঙশিল্লিবসি মেডিকেল্লা, সর্জিকেল্লা হায়বগা অমতা য়েংবা খঙবজাৎ নত্তে। মাগী মতৌদুদা মফমদুদা লৈরম্বা য়ং লিউ-দু খংপ্রেক খংলম্মী। অদুগা হায়রকই, "করিনো, কৈদৌরগে?"

"খিত্তা থুবিরো। অঙাংসি শ্বর হোনফমদা হৱাই মরূ অমা চঙখ্রে। করিনো য়েংবা য়াবা অমুক্তা শীনবিয়ু।"

"খজিক্তং মাঙজৌননা পুবিরক্লবদি ফগদবনি।"

তাশিংনা অঙাং অদুদা য়েংলুবদদি শ্বর হোনবা লেপখিরম্লে।

"করিনো মওং অমা তৌদুনা অঙাংসি কনবা য়াররোইদ্রা?"

নর্শ অদুনা য়েংবদা অঙাংদু মিহুলদি লৈরি, হায়রকই, "ইমর্জেন্সি রুমদা চৎসি!"

খুদক্তা লায়য়েংশঙ অদুগী লৈরিবা ডাক্তর অদুগা অঙাং অদু পুরক্লিবা ডাক্তরদুগা পূন্না চঙদুনা অঙাং অদু কললহৌনবা লাক্লরম্মী।

তাশিং, মপুবোক কিম অদুগা বস অদুদা য়াওরকপা পেসেঞ্জর অপূন্বা খোয়রাংনা মিংশেল খাবা ইমর্জেন্সি রুম অদোমদা য়েংলম্মী। কনাসু ব্না মচেৎ অমতসু ঙাঙনরমদে। নর্শ অমা থোক্লকপদা তাশিংনা চঙশিন্দুনা হায়রম্মী, "মনুংদা চঙদুনা অমুক্তং অঙাংদু য়েংজবা য়াগদ্রা?"

"য়ানি লেঙশিনবিয়ু।" নর্শতুনা খুন্নকই। তাশিং মনুংদা চঙখ্রে পুপু কিমসু নর্শ অদুগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা তাশিংনা হায়খিবগুম চপ মান্ননা হায়জরম্মী।

"কা মনুংদা মী য়াম্না চঙবদি য়ারোই," নর্শতুনা হায়রকই, "অঙাংগী মপা চঙখ্রবনিনা, হৌজিক অতে অমুক চঙলুবগী কান্নবা লৈতে।" নর্শতুনা তাশিংবু মাগী থব্বায় য়াওবা মতৌদুদা অঙাংদুগী মপানি খন্দুনা শেরান্ননা হায়রিবনি।

হায়রিবা তাল্লকসিদা ইনে চাউ, ওল্ডবৈ, অদুগা পাউচেগী রিপোর্টর অদুসু য়াংমা-গা লোয়ননা য়ৌরক্লে। ইমর্জেন্সি রুমগী থোঙজিন্দা ময়াম তূমিন-তূমিন লেপ্লবদু উবদা ইনে চাউনা ফিভমদু করিগুম্বা অরুবা অমনি খল্লম্মী।

"ময়ামসিবু! করি করম তৌবনো?" ইনেনা হংলকই।

"ঐখোয় বসতা য়াওরকপা পেসেঞ্জরশিংনি।"

"বসতি কদায়নো?"

"বসতি অসিদা কায়দুনা লৈহৌরে।"

"ড্রাইভরদুদি?"

"ইমর্জেন্সি রুমদা।"

ইনে চাউনা ইমর্জেন্সি রুমলোমদা থুনা য়াঙনা চঙশিল্লকপদা নর্শ অমা থোক্লক্লমই। "অনাবদু মনুংদা লৈহৌব্রা, ইবেম্মা নর্শ?" মানা হাথু হাথু হংলকই।

"হোয়! ইমর্জেন্সি ট্রিৎমেন্ট পীরি।"

"অদুবু মওং কমদৌবনো ইবেম্মা?"

"হোস্পিটালদা খরা থিম্মুনা পুরকপননি। হান্নানা নুংশা শ্বর হোনবা লেপখিরম্লে।"

"করি হায়বা?" ইনে চাউনা ইমর্জেন্সি রুমগী থোঙদু হাংদোক্লুনা চঙগে হেক তৌবমক্তদা তাশিং মপালদা থোক্লরুম্মী।

"ইমাদি'সিদদি করিগী লাক্লিবা?" মমাবু উবদা তাশিংনা হংলকই।

"ও...! করিনো থোক্লবশিংসিবু ইবুংঙো?"

তাশিংনা থৌদোক পুম্নমক অমতা চিংখদনা তম্লকই।

"নঙনা ঙসি তৌরিবা পূন্বসি অচুম্বনি ইবুংঙো," ইনেনা হায়রকই, "অঙাংদুদি কমদৌগ্রবা?"

"খুদোংথীনিংঙাই লৈত্রে। ওপরেসন থুনা লোইহ্রক্লনি।"

অদুদগীদি কণ্ডক্টর লাক্লুনা টয়ার পোকখায়বদু শিনবা লোইরে, হোস্পিটালগী গেৎতা খামদুনা লৈরে হায়না লাউথোক্লরে। "ঐখোয় হৌজিক চৎলদ্রা?" মানা হায়রকই।

"ফরে!" তাশিংনা হায়রকই, "হৌজিক্তি অঙাং অসিসু খুদোংথীবগী ব্রাংমদা লৈরে। ময়াম পূন্বা বসতা কাখৎপিরো। ঐখোয় চুমদ্রিং শিয়েংয়াং তম্না থৌরসি।"

"তাশিং ! অমুক্তা ঙাইহখো," ওল্ড বৈনা হায়রকই। "মরুপ অসি পাউচেগী মীনি, নঙবু অমুক্তা উনবা পাম্লি।

"করি মতাংগী ওইরবনো?"

"কাঙলুপকী য়েক্লবশিং থেংনবগী নহাক্না লৌখিবা দাইত্ব অদুগী মতাঙদনি।"

"অদুগী মতাঙদদি করিসু থোইনা হায়নিংঙাই লৈবা নত্তেদা," তাশিংনা খুম্লকই। "অদুগা ঐদি হৌজিক ময়ামসি শিয়েংয়াং তান্না থিল্লুগদবসু লৈরি। ঐ হল্লকপফাও ঐবু ঙাইহিনবা খরা হায়বিয়ু।"

"অদু করম্না ঐনা হায়গনি?"

রিপোর্টর অদু মখোয়গী মনাক্তা চঙশিল্লক্লে। মানা হেন্না ফবা ব্রাফম অমা পুথোরক্লম্মী। "ঐ তাশিং-গা লোয়ননা বস'সিদা চৎখ্রগে।"

"বস'সিদা?"

"হোয় মানা ঙসিসিমক পাঙথোক্লিবা থবকশিং অদুগা মমাঙদা পাঙথোকখিবা থবকশিংগী মরমদসু খঙননবা।"

"ও! ঐ ভাব তারে। ফরে মসিদা য়াওখিবনা ফরনি।"

ইপু কিমসু ব্বারী শারিবা মফমদুদা চঙশিল্লকই। রিপোর্টরদুগী মখূৎতা পায়রদুনা হায়রকই, "'সোম পাউচেগী মী ওইবিরব্রা?"

"অহোয় ইপু।"

"ফরে অদুদি, ঙসি থোক্লিবা থৌদোকসিগী মরমদা মরীক চুম্না ইবিরকউ। ঐগা লোয়ননা লাকমিন্নরিবা ডাক্তর, হোস্পিটালগী ডাক্তরশিং, গাড়িদা তোংলক্লিবা পেসেঞ্জরশিং অদুগা মরুওইনা ঙসিগী গাড়ি ড্রাইভরসিগী মরমদা মরিক চুম্না ইবিরকউ। পূম্নমকসিগী মতেং নৎলমদ্রবদি ঐগী নুংশিরবা ইশুনুপীসি সংসার থাদোক্লমল্লগনি। হান্না লৈবাক অসিদা অওনবা সমাজ অমা লাক্ত্রিঙৈদা, ঐগী ইচানুপী অহলদু লেংজুমদা ঈশিং অশাবনা খরা পোকখিবদু নাতৈ চাখিদে। য়াম্না শোকপা নত্তে অদুবু ঐখোয়না নিঙথিনা লায়েংনবা শীনবিবা ঙমখিদে। মহাক শিখি, কনবা ঙমহৌখিদে। অদুবু ঙসিসিদদি পূম্নমক অসিনা হোৎনবীদুনা ঐগী শ্বর হোনবা ফাওবা লেপ্লুরবা ইশু অসি ফাওবা কনবা ঙমজহৌরে। মসি ঐগী লৈবাক, লমদম অসিদা লৈরিবা মীশিং সমাজগী ফিভম অসিদা অওনবা পুরকখিবনা ফগৎলবা ওইবননি।"

"ফরে ইপু, অদোম্না তাকপিবা পূম্নমক ঐহাক্না শোয়দনা তৌরক্লনি হায়না লৌবিরো। অদোমসু লৈবিহৌরো বস অসি থৌবা হৌগদৌরে।"

"নত্তে নত্তে, ঐসু বস'সিদা চৎলগদবনি। হৌজিক ঐগী ইশুদু হোস্পিটাল য়ৌরবনিনা ঐনা নুংনাংনিঙাই লৈত্রে। মখোয়না হেন্দোক্লা হোৎনবিরগনি। ঐসু ঐগী থবক মফমদা চত্তুনা থবক শূদুনা পোখোক পুথোক্লবা হোৎনরুরগনি।"

পূম্নমক কাখৎলবদা মথৌদাং অমা পাঙথোক্লমল্লবা বসতু অতোপ্পা থৌদাং অমগীদমক থুনা য়াঙনা থৌখ্রে। ❑

---

*'দি গোলদন ব্রিদ্জ' হায়বা রিভোলুসনরিগী ব্বারীমচাশিং য়াওবা লাইরিক্তগী হন্দোক্তুনা ইথোকচবা*

# পোষ্টস্ক্রিপ

*— মোহন ঠাকুরি*

পিঃ এসঃ

'সুক শাংনা ইরবা চিঠি'সি লোইশিল্লকবা কান'সিদা, করিগুম্বা অমা ই'দৌবা ৱাংহৌরি হায়বা হৌজিক্তা নীংশিংলক্লি। ৱাংহৌরিবা ৱাফম 'সিমদি চেকশিন্না ইরবনি, অদুনা নঙনসু কনাদা তমথোকহন্নীংদে- 'নোয় অঙাংশিংদফাওবা।

প্রমেন্দ্র।

নহাক মিং অসি শোয়দনা কাউরমখিরোই?

নহাক মাবু নীংশিংলিদনা?

অঙাং ওইরিঙৈগী মরূপ্তু। ছব্যাগী, অদুগা নঙগী ঐগীসু ক্লাস অমতগীনো, ৱা কয়া ঙাঙগন্দবদো। মহাক্লা খরা ঙাংনা শক্লখিব'সি ঐখোয় অহুমতগনি। অতৈদগীদি তশেংনা লাপথোকখিবনি। করিগুম্বা ৱাফম মচা অমদসু হেক্তা লুনা লৌগনবা। মতম কুইনা মায়থোঙদুনা চৈনা অমা পুরিবগুম, ইম্থোক্লা মশক থীখ্রবা, মায়থোঙ শোইনাইরবা মহাক্তো। কনাগুম্বনা মাগী নাতৈ চাদবা শকফমদুনা খরকাক লক্লরুরবদি হেক্তমক কপখিবদু। ঐখোয়না ফনা থেমদুনসু, মরম চাবা-চাদবা কয়া হায়দুনসু মাগী মপিদি শিম্থবা লেপখিদবা মহাক্তু নীংশিংলিবরা?

বিমল ! ঐখোয় মাবু মতমদুদা কয়াদা নুংশিখিবা? করিদগী ঐখোয়গা মাগা নকশিন্নখিবা? ঐদি হৌজিকসু মদু লেপফম খঙদ্রি। মহাক্লা ঐখোয়দা নপশিন্নবা হোৎনখিব্রা নত্রগা ঐখোয়না মঙোন্দা নকশিন্নবা হোৎনখিব্রা ঐ খঙদ্রে।

অদুগা ঐখোয় অহুমগী মরক্তসু ছব্যানা মাবু খ্বায়দগী হেন্না নুংশিখি। মঙোন্দা হেন্দোক্না মীনুংশি উৎখি। মসি মাগীদি হৌনবিনি, অতোপ্পগী অৱা অনাদা ওন্থোক্না শোম্বগনখ্রবা। অদুগা মহাক নীংশিংলিব্র-ঐখোয়না অসুম অসুম কাংদোং ফারক্লবদা, ইনখৎলকপগা ঈরোইননা মঙোন্দা কয়া খোয়জংলক্কবা, চগন্নবা মতৌ উৎলকখিবদু? স্কুলগী পুন্সি লোইশিল্লক্লবদা, ঐখোয়গী মরক্তগী ছব্যাদি প্রমেন্দ্রবু কয়া নীংশিংলুদ্রবগুম তৌখিবদু। স্কুল থাদোক্লমদুনা নহাক্না কাঠমন্দুদা চৎখ্রেদনা অদুগা ছব্যা ইবানিনা কলেজ কারে, অদুগা প্রমেন্দ্রদি ঐখোয়গী অপীকপা সহরদুদা লৈহৌরেদনা। কলেজ তম্লিঙৈদা কবিগুপ্তা মতমদা ঐনা ছব্যাদা প্রমেন্দ্রগী মরমদা নীংশিংলুবসু যাওখি অদুবু শকথীবা পুন্সিগী নুংঙাইবা ফংজদ্রবা অঙাং ওইরিঙৈগী মরূপ্তুগী মফম অমতা ছব্যাগী থম্মোয়দদি লৈত্রবগুম উখি নুংশিবা মচেৎ অমত্তসু। হোয়, মাগী নুপী ওইবীগী থম্মোয় কাচিন্দা মীনুংশিগী মখাক খরদি লৈরিবগুম তৌখিব্রা?

নঙনা খঙলিবদুনি, কলেজ লোইশিল্লগা ছব্যাগা ঐগা লুহোংলেন্না। ঐগী থায়নগী মরূপ মপাঙশিংগা লোয়ননা প্রমেন্দ্রসু ঐগী লুহোংবগী পৌরম অদু যাওখি। অদুবু করিননো মরম অমনা, মীয়াম তিনবা পাটি অদুদা মহাক খোয়জংদবগুম তৌখি। ইনুং নুঙাইতবগুম উখি। মাগী মায়খোঙদু খমথেংনা ৱাবগুম উখি। করিগুম্বদসু অসুক ৱানা মাবু উখিদ্রি। ঐহাক মাগী মনাক্তে চঙশিন্দুনা হংখি, "নঙবু করি তৌরবগে মরূপ? অসুক সুকথনা ভরিবা করিগীনো? নশা ঙমদ্রবরা?" অদুদগীদি মাগী লাওরবা মীৎ অনীদু পিগী কোমগুমখ্রে। মীকুপ অমদি মহাক করিসু হায়বা থোকখিদ্রে। মাগী কংলবা চীনবান্দু নীকপগুম উরম্মী অদুবু ৱাহৈ অমত্তসু কাঙথোক্লকখিদ্রে। ঐহাক তশেংনা ঙকখি। অদুবু মহাক মথন্তা ফাথজনবা হোৎনরদুনা ঐঙোন্দা ৱানা হায়রকই, "মরূপ ঐ চহী কয়া চৈনাসি খাঙলক্লবনি। ঐগীসি থম্মোয়নুংগী চৈনানি, লায়নানি। ঐনা পাঙজদ্রিবনা ঐগী থম্মোয়নুংগী শোক্লিবা অৱাবসি কনাদসু হায়দোকপা ঙমগনি খনদ্রিবসিনি। অদুবু ৱাফমসি নঙোন্দদি হায়দোকপসু য়াবনি। লুরিবদি ঐগী ঙাঙথোকপগী থৌনাদুদি মাঙখ্রে। অদুবু নঙোন্দা নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়দনা হায়গনি। ছব্যাদদি ঐ ৱাফমসি অতম্লনা হায়বা ঙমখিদ্রে। বিমলসু 'সিদা লৈত্রেদো অদুনা অমতা ঙায়রবা মরূপ নঙোন্দদি ৱাফমসি ঐ

নোংমা শোয়দনা হায়গনি।" মসি হায়রগা মশাবু নোকচনবা হোৎনবগী মমি তাখি অদুবু মায় পাকখিদে। কোম্নথংদা ৱাফমসি ঐনা ছব্যাদা তল্লম্মী। অদুবু ছব্যানদি কোক ব্যেরা লৈবনি খনখি।

ঙরাং প্রমেন্দ্রনা করি তৌরমখি?

নহাক খঙলব্রা?

ৱারীদু ঐ হায়গে– মহাক মাগী কা মনুংদা মতোমতা আত্মাঘাট তৌদুনা শিজরল্লে।

শকথীবা মহাক্তু মতোমতা শিজরিবনি, করিসু থোইদোকপগী ওইরিরোই খল্লিনি। অদুবু মসিদা করিনো অমদি লৈবগুম তৌরি।

মতোমতা শিজদ্রিঙৈদা মহাক্না ঐঙোন্দা চিঠি অমা পোষ্টতা থারক্লম্মী। হৌজিক মদু ঐঙোন্দা লৈরি। মহাক্না ইরক্লিবনা– "মরূপ ঐসু পুন্সি'সিদা ঐনা নুংশিজবা কনাগুম্বী অমা লৈখি। অদুবু মদুবু ফোঙদোক্লুবগী থৌনাদি ঐগী ৱাংমদা লৈখি। মসিগী অমতা ঙায়রবা মরমদু ঐগী শোইনাইবা ফিভমসিনি। মসিগীদমক ঐনা কনাবুসু নিন্দা তৌবদি লৈতে। নহাকসি ঐগী খ্বায়দগী নক্লবা মরূপ ওইরবসু, মসিবুদি নঙোন্দা ফাওবা ঐনা হিংলিঙৈগী মনুংদা ফোঙদোকপা ঙমজখিদে। হৌজিক্তি ৱাফমসি নঙোন্দা হায়রবনি মরমদি নহাক্না চিঠিসি ফংবা মতমদদি ঐহাক সংসারসিদা লৈররোই  ঐনা ঐগী পুন্সিদা য়াম্নমক নুংশিজখিবা মহাক্তু হৌজিক্তি নহাক্কী পুন্সিগী লোয়নবী ওইরবা ছব্যানি। ঐনা মহাকপু মতম পূম্বগী চেৎনা নুংশিজরম্মী হায়না তম্বিয়ু। মসি ঐগী অরোইবা নীংজবনি। নুংশিরবা মরূপ, মসিদংদি ঐবু নুংশিবিদুনা পাঙথোকপিয়ু।"

বিমল ! নহাক অমুক্তা হায়য়ু ঐনা তৌগদবসি করিনো? ❑

*– ইভা সশাঙ্কর (নেপালিদগী ইংলিসতা)*

---

*মোহন ঠাকুরি ১৯৪৮ দা পোকপনি। মহাক্কী শোর্ট ষ্টোরিগী লাইরিক অনী, শৈরেংগী লাইরিক অমা ফোঙখ্রে। আর্টিকল কয়াসু ফোঙখ্রে। 'শ্রাসথ এৱার্দ (১৯৯০) অমসুং দিয়ানো এৱার্দ (১৯৯০ ফংখ্রে। মহাক দার্জিলিংদা হিংলি।*

# মরাল য়াজবা

— *ললিৎথম্বিকা অম্বুরজনম*

নুপা ঙাঙনৈ, নত্তবা লীচৎ চৎলি হায়দুনা মরাল শীবিরবী অদুগা মদুগীদমক্তা নাইতোম ইস্থোক্লুনা, ফাদুনা থল্লিবী মহাক্তু খুলগী অহলশিংগী মমাঙদা ৱায়েন্নবা কৌখৎলে। মহাক্লা মাগী জবান পীরম্মী, "ঐহাক ইরাল লৈরবীনি, মীয়াম্না ঐবু খুন্দগী তাম্থোকপিগে হায়রবসু তাম্থোকপিয়ু। অদুবু লাল্লিবসি ঐ... ঐ ইতোমতনি। থৌদোকসিগী দায়ত্ব পূন্বা ঐ ইথস্তগীনি। ঐগী ইরালসিদা কনাসু চেন্নদে।"

মীফমদুদা চরাঙনবা অমা হেনগৎলক্লম্মী। "কয়াদা ইকায় নাইদনা থৌনা ফরিবা! মশা ৱাই শংদ্রবী মানসু কনামত্তগা পানদুনা পাপ লঙশিল্লুদে চেল্লিনে। অদু ওইরবদি কমদৌনা মীরোল্লক্লিবা?"

ৱায়েল্লিবা অহল অদুনা ঙংলদুনা হায়রক্লম্মী, "ঐখোয় পূন্নমক্লা নঙসি নত্তবা লীচৎ চৎলি হায়বসি খঙলবনি। মদুগসু নঙনা অশেঙবদু লোৎনবা হোৎনবা শারিবা।"

ফুনগৎলবা নুংহিক্লবা খোঞ্জেল অমা ৱায়েনফম অদুদগী তাবা ফংলকই।

"ঈশ্বরনা শাক্ষিনি, ঐনা ময়ামদা হায়জরিবসিনি। ঐ কনাদা নিন্দা তৌগদবনো খঙদ্রে। অহিংগী অচীকপদা তাইনগদ্রা? নত্রগা ঐগী ইনখৎলকপা পুন্সিসিদরা? নত্রগা ঐগী থম্মোয়না ফাওরকখিবা, পুন্সিদা অমুক্তা থেংনখিদ্রিবা, নুমিৎতুদতা খঙলকখিবা থম্মোয়গী ইহুন্দুদা তাইনশিরা? ঐসে অঙাং ওইরিঙৈদগী লুখ্রা ওইহৌরবীনি হায়বা পূন্নমক্লা খঙবীরিবদুনি। মখোয়না ঐগী পুন্সি লৈপুনগী লংলাদু ঐনা শুপ্নগী চহী ১৪ তা ঙায়রিঙৈদা থদৎপিখ্রবদুনি। মদু ঙসিদগী চহী

কুনগী মমাঙগী ৱানি। নুমিত্তুদগী ঙসি ফাওবদি ঐগী পুন্সিদা বদনাম অমত্তা লৈখিদ্রি। নিংথৌকাবগী চাকহেন নোংমতা 'কায়রক্ত্রি। ৱাকচীং থাগী ঈরুপ্তুনা লাইনীং-লাইশোন তৌবা ঙসি ফাওবা ঙাক্কুনা লাক্লি। শজিবু থাগী লাইশোন নোংমতসু থুগায়রক্ত্রি। থ্রিপাঙ্গোৎ লাইশঙদা অদুগা গুরুবায়ুর লাইশঙদা থাগী লাইনীংবা চৎপা কয়া অমুক্তা চিঁখ্রক্ত্রি। অদুগা করিগী ঈশ্বরনা অহিংদুমখক্তদা অদুগুম্বা ফৎত্রবা ৱাখলদুনা ঐঙোন্দা চঙশিহল্লক্লিবনো? ঐগী ববাবু অশিবগী খয়াৎতগী কনবিদে হায়না কনাদসু হায়জদে। নুপা ওইবশিংগী ৱাখলবু ঐনা কিজখি নুপী অমনা মাগী পুন্সিদা মপুরোইবা ওইনা খঙনগদবসি নুপা অমতনি। অদুবু মদুসু ঐগীদি সংসারসিদা লৈত্রে।

ঐগী সংসারদি চাখুম মনুংদা, যূমগী কৃপ্নোমদগী হেন্দোকখিদে। কৈদৌঙৈদসু অমুক্তফাওবা নাল্লকেতুগী থোঙদু হাংদোক্লুদে, অদোমদা য়েংবা ফাওবা য়েংলুদে। অদুগা ঙসিদি ঐঙোন্দা অসুম্না থোক্লরি। করিগী অসুম্না থোক্লরিবা? ঐ ৱারীদু মীয়ামদা লীজগে। ঐবু থাজবিবা থাজবিদবনা অমনি। হায়জরিব'সিদি অচুম্বদুনি।"

অঙকপা ৱাহৌদোক মহৌনি। পূল্লিবা মীয়ামদু পঙথরবগুম তৌরম্মী। মাগী মথক্তা শীরিবা মরালসিনা অসুক তরং তরংলবদা কমদৌননো মাগী লীচৎসে অচুম্বনি উৎকদৌরিবা? ১ভাইদিকান অদুনা খজিক্তং য়ানীংলবগুম তৌরম্মী অদুবু ঙংদুনা হায়রকই, "হায়গদবদু শৎ শৎ হায়যু।"

পীক্লবা ঈফুত্তগী ঈশিং চাইবীনা কাপথোক্লকপগুম খজিক্তং হাংদুনা লৈরিবা থোঙদুদগী মাগী খোঞ্জেলদু মপান্দা লীখোক্লক্লি।

"ঐ খঙই, ঐগী ৱারীসি তাবদা নখোয়না পাপকুম্না খনবিগনি। ৱারীসিদি লায়রদনা খোঞ্জেলসি তাবা ফাওবা পাপনি খনগনি। ময়াম্না খনবগুম ঐসু মতমদুদা ইম্থোক্লবী হায়বসি তুক্কচনীংঙাইনি, হিংচা য়াইতম্বীদগী হেন্না হঙ্গোইনীংঙাইনি খনখি। অদুগুম্বা মখোয়গী ফত্তবা ৱারীশিং, মখোয়গী নিংশাশ্বরগী শহুম অমত্তনা ফাওবা ঐঙোন্দা য়ৈখিদনবা য়েংদুনা চৎচখিবনি। ইচে তাত্রিগী অরোইবা পুন্সিগী য়াহিপ তাল্লমদাই, ফমশেন্নদুনা লৈরফাওবদা মাগী মনাক্তা চৎলুসি য়াখিদ্রবনি।

১। ভাইদিকান=লাইরোল তিল্লোন খঙই হায়না লৌনবা মাইবী, পাঞ্জিগুম্বা ধম্মগী থবক তৌবা মীওই অমা।

মদুনা তমথিরবা তৌহৈদ্রবা থৌদোক ওইগদ্রা খঞ্জে। মরমদি, ময়াম পূন্নমক ঐগী লুহোংবগী লাঙবা চাকলেন, মী হায়রপ তিনবা থৌরমদুদা য়াওবীরিবদুনি। অদুগুম্বা পূংফমদু, মতমদু মঙ্গোলগী মশক করি ওইনিংঙাই লৈবগে? ঐগী নুপা ওইগদৌরিবা অহল ওইরবা নম্বুদিরি নুপাদুগী চহী কুন্থ্রা শুরবী মচানুপীদু ঐগী য়ূমদা লাকখি। অদুগা ঐবুনা মাগী মহুত্তা খূশিন্নবিখি। ঐহাক মতমদুদা চহী তরামাথোইগা থা অহুমদা ঙায়রিবনি। মপা ওইবা অনীদুনা অমনা অমগী মচানুপীবু লুহোংদুনা লৌনখি। কয়াদা ফরবা খুৎশিন্নবা মতৌনো? অবোক্লা তত্তনা হায়খি, "ঐখোয় ইশুসে চাকখুম চঙবফাওবা মাংদ্রিবৈঙেদা পীথোকখ্রেদনা। শাথিপ্রবা মীওইশিংদুবু করম্না মানা লোয়নরুগদৌরিবনো?"

"অদুবু ঐদি মখোয়গা শাংনা লোয়নরমখিদে। ঐগী ববাগী নুপী ওইরখিবা, অনৌবা ঐগী ইমাদু লায়না চেনবা নুপী ওইরমদুনা ইকুই কুইদনা লৈখিদ্রে। ঐসু ঐগী নুপাদুদা অচৌবা পোৎলুম অমা ওইনা থোক্লে। অদোম্না খঙবিরিবদুনা অসিগুম্বা থৌদোকসিদদি ঐখোয়' চৎনবিদদি ইপামদা হেক হেক হল্লক্তুনা লৈ হায়বা। অমরোমদা ঐবু হেক পোকপিরকপা ইমাদি নহা ওইরিবনা ববাগী চপ চাবী নুপীগুম লৈরি। অদুনা ঐদি ইপামদা লৈজবদুদা ইম্থোক্লা নুংঙাইবা ফাওজখি।"

"ঐহাক ঐগী ইপুরোইবগী মায়থোঙদু অমুক্তংদি উবা ফংহৌই। অঙৌবা কাপ্লবা খদাংগী, নাতোন শুমাঙগী কোই, চফু শারবা ফিভম্না মাগী ওইরবনি মতমদো। মবূক্তু চফুগুম কংলবনি। ঐহাক্লা মাবু হেক উবদা কিবদগী হেন্দোক্তুনা ব্রাখলসি ঙাওরম্মী, তরঙ চৎলম্মী। অবোক্লা ঐবু ইপুরোইবগী মনাক্তা চঙহন্নবা কন্না হোৎনখি অদুবু ঐদি মাগী মনাক্তা চঙখিদে। চঙগদৌবা মীসু ওইখিদে। অদুনা নম্বুদিরি নুপী মরি লুহোংদুনা লৌখিবা, অদুগা নাইয়র নুপী নিফু লোয়নখিবা ঐগী নুপাদু ঐবু কৌবা অমুক হন্না লাকখিদ্রে। মাগী শাপ্লা ওইরম্বা য়াই, শুপ্নগী চহী অনীরোমতা হৌখ্রি। নোংমা নুংথিল অমা ওনম কুমহৈগী থাজৎতু চৎখিরিবৈঙেদনি, ঐনা শুমাঙ মচিদা ইমান্নবশিংগা শান্নদুনা লৈরম্মী। মতমদুদা য়ূমগী মপাল্লোমদগী মীনায় অমা চঙলকপগী শমিন তাখি। ববানা ইমাদা করিগুম্বা খরা চীরোল তৌখিবগুম তৌখি।

"হে ঈশ্বর! করিনো ঐগী ইচাবু মরাইবক অসুক থীনা তম্বিরিবা,

ওৎলিবা?" ঐগী ইমানা মখূৎনা থবাক্তা য়ৈর-য়ৈরদুনা লৈমায়দা ৱাম্থুখ্রে। মখোয় খরা ইমাগী মনাক্তা চঙশিনখিরম্মী। তাল্লকসিদা ঐবু ইমান্নবশিংগী মরক্তা থৱায় য়াওনা শান্নরিঙৈদুদগী ফাদুনা ইমুংদা পুশিল্লম্মী। চাকখুল্লোমদা কপ্পা লাউনবগী মখোল তারম্মী। অদুগুম্না ইপুরোইবা লৈতবগী শমিন ফংলবদসু ঐদি করিসু কপ্লীংবা ফাওখিদে। ঐ করিগী কপ্‌কনি খঙখিদে।

"ঐবুসু পুখ্রি মনুংদা লূপ্তুনা ঈরুজহনখি। মচুম ওরো ওরো তাবমখে ইমুংদা চঙলকখি। অদুগা অমম্বা কা অমদা ঐবু থল্লম্মী। ঐঙোন্দা শিরিবা শরিক মচাশিং য়াওবা খোঙজিশিং অমসুং খুজিশিংসু লৌথোক্লে। ঐগী লাইবক্কী শিন্দুরসু তৈথোকপিরে। মখোয়না হেক তৌ হায়রিবমখে ঐনা তৌরম্মী। অদুবু চৎনবিগী মতুংইন্না, শাগেগী মৌ অহলন্দুনা চঙলক্কুনা ঙক্তগী শিরিবা শেংলবা অমুবা লংগী থাংজি অদু লৌথোক্কে তৌবদদি ঐনা কন্না য়ানীংখিদে, "মসিমদি নখোয়না শোক্কনু, শোক্কনু। ঐ ঐগী লংলীকসিমদি [২](ঠালি) লৌথোক্লোই। ইমাদা হংউ, ঐনা মসিবু নুংতি-নুমিৎ খুদিং লাইশোন তৌরিঙৈদা ইখূৎসিনা চেৎনা পায়জদুনা লাৎচরিবনি।"

"ঐনা ৱাফমসিদা কন্না য়েৎলি, পাক্লা লংলীক্তু লৌথোকপা য়ারোইদৌরি হায়বদু ববাগী নাকোং য়ৌখ্রে। মহাক ঐগী থোঙজিন্দা লেপ্পরে। মহাক্কী চহীনা লৈশিল্লবা মায়থোঙদো অৱাবনা শকফম কায়হল্লে হায়বদু তশেংনা তরং তরং উরি। মদু মখোয়দা পীথোকখ্রো নুপীমচা, ইপানা ইচাগী ফজরবা 'সিদগী হেনবা হেন্না ফবা লীক অমা নুমিৎ তরানিগী মনুংদা লৈবিগে?"

"ঐ ঐগী ববাসু মানা হায়খিবা ৱা ঙাক্লক্কনি হায়বা খঙই। অশিবগী পাঙথোকফম থোকপা থৌরমশিং লোইখ্রবদা ঐগী থাংজীগী মহুৎতা উরিক্কুন্না শেম্বা সনাগী মরী (লীক) অমা ঐঙোন্দা পীরম্মী। মদু কয়াদা লংখ্রবা, ফজখ্রবা! ঐহাক্কী অপাম্বদো ফংবগুমখি, কয়াদা পেঞ্জখিবা। মতমদুদা লংগী থাংজীগী মরীদুদুগা সনাগী লীক অদুগগী মরক্তা খেন্নবা খঙখিদবগুম হৌজিকসু খঙদনা অদুম লৈরল্লবদি কয়াদা নুংঙাইজগবা?"

"ঐগী নুংতিগী থৌদাংদা অহোংবা কয়া তপ্পা তপ্পা লাক্লে। মখাতানা

২। ঠাল্লি=লুহোংলবী নুপীশিংনা মপুরোইবনি খন্না শিনবা লীক অমা।

ঐবু [৩]অস্টমঙ্গলয়মদু শোকহনখিদ্রে। ঐগী মীৎসনাদা অমুবা কাজল য়েকখিদ্রে, লাইবক্তসু শিন্দুর তৈখিদ্রে। নোংমগী চরা নাম্মতা চানবা হোৎনরে। ঐবু অদুগুম্বা ফিভমদুদা করম্বা ফি শেৎকনি, করম্না লৈগনি তম্বিখিবসি অবোক্নুনি। ঐহাক্না মাগী মতম্বাক্তা মোন খাঙদুনা হীপকনি অদুগা মাগী শাংলবা ব্নারীশিংদু তাগনি। অসুম্ননি ঐনা শ্রীকৃষ্ণগী, গোপীশিংগী, বৃন্দাবনগী ব্নারী তমজখিবা।"

"ব্নারী লীবা লোইশিল্লকপা খুদিং অবোক্না শোনগনি, 'ভগবান, গুরুবায়ুপ্পান!' অদুগা ঐঙোন্দা হায়রক্কনি, "নঙদি হৌজিক্তি ইবুংঙো কৃষ্ণ মাগী মিংখৈ শোনবা তাবনি। মদুনা নঙগী শীঙ্খা ওইরদৌবনি।"

ঐনা ইপঙ পঙনা হংজখি, "ঈশ্বর হায়বসিবু কদায়দা লৈবগে?"

"মাদি মফম খুদিংদা লৈবনি, নঙনা পূক্নিং চঙনা নীংলবদি মাবু উবা ফংবা য়াই।"

"মাবু উবা ফংদোইবা?" ঐনা খোয়রাংনা হংজখি, "অবোক্তি মহাকপু উরবরা?"

"ঐবো? ঐদি অদুক লাইবক ফবা নত্তেদা। অদুবু [৪]পাত্ত্রিপাটনা হায়বদদি মানা ভাগবৎ পারিঙৈদা ইবুংঙো মাবু উজবা ফংখ্রে হায়। মাগী হঙ্গাম মপাল মচুগী চুরা, মাগী বাঁশি পূম্নমক লোয়নরদুনা। হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ।"

অবোক্না মমীৎ উইশিল্লদুনা, ধ্যানদা লূপ্লদুনা মাগী নীক্লবা খূৎশাশিংনা মালাগী মরূশিংদু থীরি। কনাগুম্বনা ফিভমসি উরবদি ঈশ্বর মঙোন্দা অতম্ননা য়েংলিবগুম খনগনি। ঐদি পাত্ত্রিপাটকী নৎত্রগা মাগী লাইশোল অদুদা থোইনা পূক্নিং লূপ্লুবা নত্তে। অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিবদুদদি পূক্নিংসি লূপ্লুরি। করম্বা ইনখৎলকপা নুপীমচাশিংনা জগোয়-ইশৈতনা লোয়নরিবা ষনশেনবা মাগী নুংশিবদা লূপ্তুনা খাঙবা ঙম্লনি।

"লাইশঙদা লৈরিবা ঈশ্বরসিগী সেবা তৌবা, খুরুম্বগী শীনবা লাঙবগী থৌদাংসি ঐগী ওইখি। ঐহাক নুংতিগী ঙন্না মপ্লিঙৈদা হৌগৎপা তারম্মী। ঈরুজবা, লৈ লেংবা তারম্মী। থাউমৈ থানগত্তুনা লাইশিংগী অভিশেক তৌবা তারম্মী। লাইগী মুর্ত্তি কয়াদুগী মনুংদা ঐনা খ্বাইদগী পামজবদি লক্ষ্মীগা লোয়ননা লেপ্লিবা

৩। অস্টমঙ্গলয়ম=লূহোংগদৌবা নুপীশিংনা লাইদা কৎনবা য়ুবী অমসুং থাউমৈনচিংবা য়াওবা পোৎলমশিং
৪। পাত্ত্রিপাট=১৬ শুবা শতাবত্তিগী লাইনীংবা কবি মেল্পাথুর নারায়ন ভাত্তদ্রিপাদপু শম্না কৌনবা মিং

বিষ্ণুগী মুর্তি অদুনি। মানা দেবীবু মাগী মোইবুং অমসুং চক্রনা লৈতেংবা মখূৎতুমক্লা মথানুংদা কোনবিরদুনা নুংশিবগী তোপ-তোপ্পা মতৌগুম লেপ্লি। মাগী ওইরিবা শকওংদুনা ঐবু কমদৌননো'মা কাইহৌবগুম তৌরি। মুর্তি অসি ঐনা নুংতিগী তৈথোক নাম্থোক্কনি অদুগা লৈ পরেং শিবিগনি। মরায়বক্তা শিন্দুর নম্বীগনি। মতম'মদা ঐনা য়াম্না পামজখিবা অদুগা ফংদি ফংখিদ্রবা লৈতেংগী পোৎলমশিংদু মফমদুদদি, লাইনীংফম অদুদদি চন্নরনি। অদুম ওইনমক নোংঙাল্লমদাই নৎত্রগা য়াচংবগী মন্নি-মন্নিবা, লৈনম্না হারবা, ধুপকী অমেংবা মৈখু অমসুং মৈঙালগী, মৈশা ফাওরবা মঙলানগুম্বা পূংফমদুদা, ফজরবা হকচাং কয়াৎশিং ফুদোক্লিবা ঈশ্বরগী মুর্তিদুগী মমাঙদা খুকউ খুদক কৃন্দুনা লৈরিঙৈদুদা পূক্লিংদা কারকপা অপাম মিহৌগী ইহুন অমনা থম্মোয়দা তত্তনা ওৎলখি। মমাঙগী নুমিত্তা ঈশ্বরগীনি হায়দুনা শেমজ-লেংজরকপা লৈ পরেংসি কৎলমদনা তোক্লসিরা, লংথোকখ্রসিরা খনখি। ঐবু লাইবক্তা চাচগুন তৈরগুমসিরা? নত্তে, নত্তে ঐগী লাইবকসিদা ঐনা পামজবা অচাকপা উৎকী তাম্থি অসি নত্তনা অতৈ করিসু নমশিন-তৈশিল্লোইদবনি।

অবোক্কী অরোয়বা শ্বর হোল্লমদাই ফাওবদা মাগী ব্রাখলদা ঐগীতা খন্দুনা পুন্সি লোমখিরম্মী। অরোইবা ওইনা মচানুপাদা হায়রমখি, "ইচানুপা উন্নি ! অঙাং নুপীমচা'সে নঙনা খরা য়েংশিল্লুকো। মহাক য়াম্না নৌরিকো।" কন্নানবু ঐগী পুন্সিদা থোক্লগদবদু বিধিনা মঙোন্দা ইনশিন্দুনা হায়হল্লিবনি থাজগনি। অদুবু খুদোংথীনিংঙাই ওইবা ব্রাখলনা ঐবু লাকথুবিররে। ঐগুম্বা তুফক-তুফাই চল্লবা, নুংনাংনিঙাই ওইদ্রবা অমদা করি থোক্লবা য়াবা কনানা খঙবা?

মতমদি তপ্না তপ্না হৌখিরম্মী। অদুবু ঐদি ঐ অসি অসুম অসুম চাউশিল্লক্লবনি, মপুং মরৈ ফারক্লবনি হায়বসি ইতোমতা খঙজরমদে। ঈরু-মায়থজদুনা লাইনীং লাইশোন তৌবনা ঐগী নোংমা নোংমগী মরুওইবা শীঙ্খা ওইদুনা হৌখ্রি। ঐ ঐগী ইবুং অহলদু লুহোংদুনা ইনম্মদুনা ঐখোয়গী য়ুমদা লাক্ত্রিফাওবা ইশাগী ফিভমসি খঙজরমদে। করিগী ঐগী অনৌবা ইনম্মদুনা অদুক্কী মতিক কেনা মৌনা লৈনীংলিবা? করিগুম্বদা করিগী অনৌবা অনৌবী অনীদুনা ইখঙ খঙহৌদনা নোক্লিবা? নোকমিন্নরিবা? নুংথিল খুদিং ঈরুদুনা মধুমতি নাচোম

শমজিদা চিল্লিবা? মাগী ফিজোন্দুনা কয়াদা ফজনা সনা মচুগী ফিবান্দুনা ফিথুপ নাইনা তাহন্দুনা শেৎলিবা? ঐনা ঐগী পুন্সিদা অমুক্তা খঙখিদ্রিবা পুন্সি মহিং অমা ঐগী মীৎমাঙদা উরখি। অহিং তূন্লমদাই খুদিং, মখোয়গী কাগী থোঙ লোনশিনখিবগী মখোললা ঐগী নাকোংদা শীংজা য়েরখি– ঐগীসি ময়াম শাউবিগনু। ঐগী অৱাবা পূম্বদু হায়দোকচবনি। মখোয়গী পুন্সিবু কল্লকউবা নত্তে। অদুবু কয়াদা খেন্নরিবা পুন্সিগী মওংনো খল্লুবদা থম্মোয়সি কায়খি। পূম্নমকসিগী মথক্তা ঐগী ইনম্মদুনা ঐঙোন্দগী থা তরুক্তনি হল্লিবা। ঐগুম্বা লুখ্রাবী অমদদি মীৎকি পিদগীদি হরাউ তয়াম্বগী মিনোক্লা হেন্না কিজখি। কনাগী মিনোকসু ওইসনু মসিনা মাবুদি শোকহনগনি। পুন্সিগী হরাও তয়াম্বনা মহাক্তুবু মতম পূম্বগী ওইনা নাথৈবিবদু মী অতৈনদি ভাবক্লুম য়েংদুনা লৈননি। নখোয় ভাইদিকানশিংনা মৈশাসিগী মমূদু কয়াম কল্লি হায়বিবা ঙম্বা?"

"মসিনি নম্বুদিরি ইমুংশিংদা লুখ্রা ওইরবীশিংদা ওমদুনা চাক্লিবা মৈচাকশিং। -ঐগী ইনম্মনা ঐবু তত্তনা খোয়শাউনহনখি। ঐগী মধুমতি লৈকোন্দু কুইনা লৈ হেকপা ফংলক্লে। ঐনা চেকশিন্না শেন্নদুনা থমজরিবা লৈহাউ লৈরেন লৈরাংদু ফাওবা পোমশাৎনরকপদা ঙায়রিঙৈদা হেক্তা লৈরমদ্রে। ঐগী অৱাবা, কল্লকচবদু পুবা ঙমদ্রদুনা মুরুম মুরুম শোন্দুনা ঙাঙজখি, "ঐগী লাইদা কৎনবা লৈশিংসে কল্লকপা কনানা মরন্নাই কেনবা হুরাল্লিবা জাৎনো? থৌওইনা লাইদা কৎনবা হায়দুননি ঐনা মসিবু থারিবা...।"

"য়ূমপানবগী নুংঙাইরবা পুন্সি ফংলবী নুপীশিংনা হেকপা য়াদ্রবদি লৈশিংসিদি করি তৌননি হায়'গে? মখোয়বু হেকপা ফংহৌদে হায়দুনা চিন্তা পুদুনা কৈদৌননি হায়গে, খঙদ্রজাৎলো?"

"ইনম্মগী পাউখুমদুদা ঐগী থম্মোয়সি থিনগায়খি। ইমুং-মনুং য়েংথিনবগী মরূ হুল্লে। করিসু লৈতবা ইমুংগী থবক মচা অমগীসু ঐখোয়না য়েৎনবা, চৈনবা, কপ্পা লাউনবা তৌরম্মী। অমনা অমদা শাপ তৌনরম্মী। তৌববুদি মদুদা ঐনতা মায় পাক্লম্মী। মমা মপা লৈরিঙৈদদি অসুম্মা নীঙোলশিংনতা মায় পাক্লবনি। মায়থিরবা ইনম্মনা ময়া ক্রক ক্রক চীক্লদুনা খাঙখি, "ফৈ, ফৈ, নোংমদি শোয়দনা ঐগীসু লমন শিংবগী মতম লাকখিনি। অদু ফাওবদি...।"

"অসিগুম্বা লমন শিংনিংবগী ৱাখলসিনা কয়াদা তমথিনা মসিগী

পন্দোম লোল্লকপগে হায়বদু ঐ খঙলে। মখোয়না পীরকপা চৈনাদগীদি ঐনা ইরোমদোম খাঙজরিবা মৈশাসিগী চৈনানা শরুক কয়া হেল্লমগনি। ঐখোয় লমদমসিগী ইমুং-মনুং অমদা নুপীশিংগী ফিভম করম তৌবগে হায়বা নখোয় নম্বুদিরি খুদিংমক্লা খঙবিরিবদুনি। অয়াম্বা মতমদা য়ূম পানবদগী হল্লক্তুনা ইমা ইপাগা লৈমিন্নরিবদুনি। মরমদি ঐখোয় ঐখোয়গী ইপুরোইবদি অনৌবা নুপী অমা অমুক থিনবা হোৎনবদা হান্নগী ঐখোয়বু য়েংশিনবা শংবা নত্তে। ঐখোয়বু ইমা ইপা লৈরিবমখেদি অৱাবা মশক খঙদনা হিংগনি। তশেংনা, ঐখোয় ঐখোয়গী য়ূমদা লুহোংলক্লবা মৌশিং ফাওবা 'অসি তৌগদবনি, অদু তৌগদবনি' হায়না কিহনবা ঙল্লিবনি। অদুবু মপা লৈত্রদুনা মনাও অতোম্বনা য়ূম হেক পুখিবদগীদি ফিভম পূম্বা হোংখ্রগনি। মাগী নুপী অমসুং অঙাংশিংদা শৌগৎপা, মখোয়না য়ানবা চৎপা মখোয়দুদং খরা নুংঙাইনা লৈবা ফংগনি। অদুবু ঐখোয়গুম্বা মমা মপা লৈত্রবশিংগী পুক্সিদা খায়রৌ লাইরৌ চেনবা, চাকখুমগী চাকথোং ফৌসুগী মখয়াৎতা তাদুনা, থবক মচা মশুশিংগীদমক খৎনবা লাউনবনা ইশিঞ্জাং ওইগনি। য়ূমগী ৱাইশিৎ লমশেংবা মীনায় অমফাওবনা ঐখোয়বু খুদোংথীবদা তাহনবা, ইরাল শীবিবা চৈ-থাংবা ঙমগনি। ঐ অসিগুম্বসি কয়া খঙলক উরক্লবনি। ইমা লৈখিদবগী তেংথা-নাওই মরক্তা ঐহাক ইপাম অমুক থাদোক্লম্মী।"

"ঐগী নুপাগী হান্না অহুল্লক লুহোংবদুদগী পোক্লম্বা, মপূং ফানা চাউরবা, য়ূম পানবা য়ারবা লৈশাবী তরেৎ-নিপান লৈরম্মী। মখোয়শিংদুগী মনুংদগী মরিদি ঐঙোন্দগী হল্লম্মী। অদুগা অঙাং তরারোম অমসু ইমুংদুদা লৈরম্মী। ঐ মখোয়গী মনাক্তা চত্তুনা লৈরে। লিরবা য়ুরবা য়ূম অদু লৈত-লায়র, অরাম খৌরাংবগী মীকপখোলনা খোম্থাং য়ৈনা নিল্লবা ইমুং ওইরম্মী। অদুবু তাবিনবদি কনাসু লৈবা নত্তে। ঐখোয় খুদিং ঐ-ঐদং কঞ্জবা ঙল্লবদি হায়না খন্নরম্মী। অদুম ওইনমক ঐগী ওইনদি মফমদুদা লৈবদুদা খজিক্তং খুদোংচাবা অমা লৈরম্মী। মদু ঐগী লাইশঙ শেন্নবগী থৌদাংসিনি। কনানসু ঐবু মফমদু থাদোক্তুনা চৎলু হায়নবা মতিক লৈরমদে অদুগা হায়রক্লবসু ঐনা ইল্লমলোই।"

"হৌজিক্তি ঐগী থম্মোয়সে কনশিল্লে। ঐগী নুপাগী অতৈ নুপীশিংনা ঐবু উশিৎ থৌওইদবা করেম্নবনা মসিবু শোকহনবা ঙমদ্রে। ঐহাক মচীন থৌরবা

ৱাহৈ কয়াসু হায়বা ঙম্লে। ঐগীদি ইচাসু য়াওদে অদুনা অতৈ পুক্ষম থোকপা পোৎলুমসু লৈতে। মচা লৈত্রবা লুখ্রাবী অমনা থম্মোয় নৌথবা খঙবা হৌনদে। ঐখোয় হিংখি। ঐখোয় মায়থিরবী অমগুম হিংবা তাখি মরমদি শিবা ঙমখিদে।

"ঐহাক ধম্মগী ওইবা, হেনফম থোকপা চরা হেনবা ঙাক্লা চৎচখি। মৈ-বতি অমতংবু থাল্লম্লবদি অদুগুম্বা লাইফম খুদিং লাই খুরুমজখি। থংন-থংননা নুমিৎ তরামঙানি চুপ্না চরা হেন্দুনা লাই নীংবা য়াওখি। নুমিৎশিংদুদগী ঐবু মীপুম খুদিংনা ঠেক্কাদাথ লাইশঙগী অথোইবী লাইনীংবী অমগুম ঙাঙনবীখি। পূম্নমকসি কয়াদা থুনা হোংলিবা? পূম্নমক্লা ঐবু নমথাক তৌবীনি ইরাল শীবিবা য়াই। চথবিয়ু করিসু কায়দে। ময়াম্না হেক নুংঙাইদৌবা মওংদা করেম কথাইনবিয়ু। অদুবু ঐ ময়ামদা করিগুম্বা অমতা হঙ্গৎচগে। অচুম্ববু অমসুং ইজ্জৎপু ঙাক শেনগনি হায়না লেপ্পীরিবা ময়াম্না করিগুম্বদা ঙাকপী শেনবিবা তশেংনমক দরকার য়াম্না লৈরবা, নুংশিনীংঙাই ওইরবা, পুন্সিবু করিনো মপূং ফানা তাদ্রিবা ঐখোয়গুম্বী তোল্লবী অমগীদমক খূৎ নামতা ওইরবসু থাঙ্গপিখ্রবরা? লাইবক্নুদি ঙসিগী তাইবঙ অসিদি ঐখোয়গুম্বী তোল্ল-তারবশিংগী নত্তে হায়না তম্বীরম্লে। অদুনা য়ূমথোঙ খুদিং চত্তুনা অতোপ্পা সমাজদদি ফংনৈ হায়বা লৈতাবা পুন্সি, শান্তি হায়বদু থিরিবনি। ঐখোয়দি, ঐখোয় ইশানা লোইশিন-তাশিঞ্জবা, লাকশিঞ্জবা ঙমজদ্রবা অপাম-মিহৌবা অমসু মায়য়োক্নরিবনি। ইশানা ফাথবা ঙমজদ্রবা পূক্নিং ইহুল'মা লাম্থেংনরিবনি। পূক্নিংগী নুংঙাইবগী লৈরোম্না মথক্তা য়োমশিল্লবা খোঙথাংগুম। অসিগুম্বা খোঙথাং অসি খজিক্তং কম্না থারুবদা নখোয় মাইবশিংনা, ৱায়েল থৌদা তৌবিরিবা অহলশিংনা ঐখোয়দা অকিবগী মশক ওইরবা ৱাহং কয়া কয়া হৈথরক্কনি। য়েংখিবদা ফিবান উররোইদবা নরক্কী কোমদা লংথবিগনি, ঐখোয়বু। হে ঈশ্বর! গুরুবায়ুরপান, বাদক্নুম্নঠন নখোয়বু ঐখোয়না একাদসি নুমিত্তা, প্রদোশম নুমিত্তা চরা হেন্দুনা নীংজখিবদু ফিভম'সিনা ঐখোয়গী ইথক্তা তাররবদা মতেং খজিক্তফাওবা পাংবিবা ঙমদ্রবরা?"

অশাবা নুংশিৎ অমনা হাংদোক্নুনা লৈরিবা থোঙদু ফাওদুনা শিত্তোক্লক্লি নৎত্রগা অৱাবা চৈথেংদুগী নীংশাশ্বর ওইবসু য়াই। মীফমদুদা য়াওরিবা ভাইদিকানশিংদু তোপতোপ্পা মওংগী অচীকপা ফিভমদুগী ভাবক ওইরম্মী। মখোয়শিংদু মীওইবা নৎত্রবগী মতৌগুম কনামতা চেক মোক লাউখিদরে। ঔহাক

লেপ্পুরগা, মরাল শীবিরবী মহাক্তু মশা ঙাকথোকচনবা ৱারীদু হান্নদগী হেন্না চেকশিন্না মখা চত্থরক্লস্মী।

"ঐ কনাদসু নিন্দা তৌজদে। মসি ঐগী ইরাইবক হায়বদুনি। পূম্নমক্কী মথক্তা ঐখোয় অয়াম্বা লুখ্রাবীশিং ভাগবৎ পাবা (ভাগবৎ পাঠ) তানরিবনি। মখোয়শিংদুদি খুদোংথিবা করিসু থোকখিদে। চহী খুদিং, ঐখোয়গী লাইশঙদা ভাগবৎ পাবা তানৈ। ঐখোয় লুখ্রাবীশিং কাংবুসু মদু তাবা চৎনৈ। চুম্নগী লাই নীংজবা নৎত্রগা ভাগবদতা য়াওরিবা ৱারীশিংদু পাম্লবগী ঙাক নত্তে। ঐখোয়না চখোকপদা ছাটিন উপ্তুনা, ইন্নফি ইন্দুনা চৎকদবা ওইরবফাওবদা ঐখোয়না চখোক খোত্তোকপা য়াম্না পামজরস্মী। মরমদি ঐখোয় তোয়না চখোকপা ফংলমদে। নুপা ওইবগী মশক্তু উবা ফংদ্রবা ফাওবদা মখোয়গী খোঞ্জেলদু তাবগী নুংঙাইবদু ফংনীং খঙনীংখি। তশেংবসু ঐখোয়গী অরান খুভমসু লিরবা মহাকব্য অসিদগী ফংজখিবনি। ঐখোয় লুখ্রাবীশিংগী মীৎয়েংদগী হায়রবসু, ভাগবদ পাবা তারুবা, লাইশোল ঈশৈ শকপা চৎপগী থবকশিং অসিদদনি ঐখোয়না কনাগী মমীৎ নাদনা চখোকপা ফংজরিবসে। অদুনা ঐখোয় লুখ্রাবীশিং, কোম্না চখোক খোত্তোকপা থিংবিরবা মৌশিং, পুন্সিগী লৈশাবী ওইনা লেল্লগদবা মৌশিং অপূম্বনা লাইশঙগী পূক্কেগী থোঙ মনিংদুদা ফমদুনা ঐখোয় ঐখোয়গী অৱা-মৈশাগী পিশিং, থম্মোয় কায়বশিং, নীংশা খজিক্তং হন্দোক্লনবা তিল্লগনি।"

"ঐখোয়গী য়ুমদু ঐখোয়না কুইনা লোয়নজরক্লবা লাইশঙদুগী ফক্লাংদুগা হেক লোম্নলা লৈরে। ঐ ঙন্না হৌগৎকনি, ঈরুজথোক্কনি, ঐগী লাইনীং-লাইশোল লোইশিনগনি। অদুগা ভাগবৎ পাবগী মতম খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈগনি। অবোক্লা ঐঙোন্দা হেক হেক ফোঙদোক্লম্বগুম মসিদি য়াম্না পূক্লিং য়েন্নিং হুন্নিঙাইনি। 'মেপাঠুর নৎত্রগা মাগুম্বা শ্বামিশিংনা ঈশ্বর মানা মখোয়গী মমাঙদা লেঙবিরক্তুনা লেপ্লে হায়। 'খল্লুনে ইবেম্মা নঙসু, পুন্সিদা অসিগুম্বা তাঙ্ককসি ফংজবা হায়বসি কয়াদা লাইবক ফরবনো?'

"ঐখোয়বু ভাগবৎ পাদুনা তাহল্লিবা মীশক্তু লম্বোইবা অমগুম নৎত্রগা অহল ওইরবা ভক্তিদা লূপ্লবা, হরাও-তয়াম্বদগী লাপথোক্লক্লবা অমগুম্বা নত্তে। অদুনা ঈরুজরুবা কুইদ্রিঙৈ, অঙৌবা ফৈজোম অমা শেৎলদুনা, লাইবক্তা

৫। মেপাঠুর=লাইনীংবা স্বামী অমগী মিং।

চাচন্দল থিল্লদুনা গীতা অমা পায়দুনা চঙলকপদা তিল্লল্লিবা ময়ামদু মতোম খঙজহৌরোই। মায়থোঙদুদা তোপ্তোপ্পা শক্তি অমদি য়াওরি। লাইগী থাল্লিবা থাউমৈদুগী মমাঙদা মখোঙ খোঙ্গাই চন্দুনা ফমগনি। মহাক্তু কুচু পাল্লি, ফজবা শাহৌনি। লৈঙাঙ শঙবা ফি অমা খ্বাঙদা য়েৎলি। ঈশ্বরদা কৎলুরবা লৈ অমা নাদা থেৎলি। ভাগবৎ পারিঙৈ মরক মরক্তা পরেং পরেংশিংদুগী অর্থ হল্লদুনা মহাক্না ঙক থাঙ্গত্তুনা মাগী মঙাল লৈরবা মমীৎতুগা, মনাদা নপশিন্দুনা য়াল্লিবা হিরা থাম্বা কুদাম মাল্লবা নাইলদুগা চাশিন্নহল্লি।"

ঐখোয় তিল্লিবা লুখ্রাবীশিং খুদিংমক্না মাবু অশেঙবা শ্রীকৃষ্ণগী শাইয়োনগুম খন্নরম্মী। মহাক্না পারিবা অদু অসুক্কী মতিক হৈনা শিংনা খুৎলোইনা তাম্থা নাইনা পারি। কনাগুম্বী, মমা ওইবী, মচা কায়নখিবা কুইদ্রিবী অমা কৃষ্ণগী শেংফাত্তবা ৱাঙাঙশিংগী ৱারীদা মপি শীল্থরি। অহল ওইরবী অমসু ব্রহ্মানা ষনবী হুরানবগী অদুগা ব্রাহ্মন নুপী অমদা কৃষ্ণনা থৌজানবিবগী ৱারীদুদা মপি শীল্থরি। 'হে ঈশ্বর, হে কৃষ্ণ ভক্তশিংবু থৌজানবিবা!' মখোয়না শোল্লি।

অহল লমনশিং, অদুগা ৱারীদু ফজনা খঙলবা মীওইশিংদি মঙক শুদুনা নুংঙাইবা ফোঙদোক্লি। মিত্রং হৈবা ভাজকুন্নমদগীদি মহাক্না হেন্না ফরবনি। অদুবু ঐদি অঙাং ওইরিবা কৃষ্ণগী চোইঙাংগী ৱারীদুদা লূপশিনবা ঙল্লমদে। পীক্লিবা অঙাং অদুগী মতৌদা, লীচৎতা ঐগী করি নুংঙাইনিঙাই লৈবগে? ঐগীদি ইচা অমতসু লৈবা নত্তে, লৈসু লৈরক্লরোই। অদু ওইরবদি কৃষ্ণগী অঙাং ওইরিঙৈগী ৱারীসিদা ঐনা কমদৌনা ৱাখল লূপ্পা ঙমগনি? ঐদি নুপা অদুনা পারিবা ভাগবৎ অদু তাবদগীদি মাগী মশক, শাথেক অদু য়েংবদা হেন্না নুংঙাইজখি, পামজখি।"

অসুম্না ঐখোয় ভাগবৎকী রাধা-কৃষ্ণগী নুংশি-নুংওনগী (প্রেম লিলা) মতাংদু য়ৌরক্লে। পূম্নমক্না খঙবিরিবদুনি ভাগবৎকী খ্বাইদগী হেন্না মীয়াম্না পাম্নবা মতাংদুনি। মনুংদা তাফম কাদা তিল্লিবা মীগী মশীং হেনগৎলকপগা লোয়নননা ভাগবৎ পারিবা নুপাদুগী হৈনীং শিংনীংবা, মশাদু খোয়জঙবা হেনগৎলক্লম্মী। মমীৎ মনা লাওথোক্লদুনা, লৈতোন্দু মশা খিঙবা হেনগৎলক্লম্মী। মশামক ইবুংঙো কৃষ্ণ মশামক্কী শাইয়োনগুম তৌরম্মী। বাঁশি খোংবা ষনশেন্নহাদুনা গোপীশিংগী ফিরোল হুরানবগী মতাংদুনা তোপতোপ্পা অর্থ অমা পীবগুম তৌরম্মী। মহাক্না ঐখোয়দা ইবুংঙো কৃষ্ণনা গোগী লীশিং লীশিংগা লোয়নননা

শাংলবা অমম্বা অহিং কয়াদা শান্নমিন্নে হায়বসি লীবিখি। মহাক্না পরেং খুদিং পাথরক্কনি অদুগা কৃপ্না অর্থ হল্লক্কনি। মহাক্কী কৃপ্না শীংথারকপা মওংদুদা য়ূম পান্দ্রিবা নুপীশিংনা ইকায়দুনা নোম্বুখিনি। অদুগা মৌশিংনা মোমোন তৌগনি। লুখ্রাবীশিংনা হৌখ্রবা পুন্সিবু নীংশিংগনি অদুগা মচীন্দা লাইশোন শোনগনি। অদুবু ঐগীদি অশা অমতা লৈখিদে, থেংনরুবা নীংশিংনিংঙাই ওইবা করিসু লৈখিদে। ঐহাক পূন্নমকশিংদু শুপ্নগী থব্রায় য়াওনা তারি হায়ননবা খোইজংলুদনা তাদমক তারম্মী অদুগা অতোপ্পগী পুন্সিগীদমক থম্মোয়দা করিগুম্বা খরদংদি ফাওরি খন্নবা, তারুরিবা খরদুদি থম্মোয়দা তূংদুনা থল্লম্মী। অসিখক্তনি।

"মহাক গোপিকা গীতাগী মতাং অমা থীরি। অদুগা অর্থ শন্দোক্লা হল্লি। রাধা হায়বসি কয়াদা লাইবক ফগ্রবনো? ইবুংঙোগী বাঁশিগী পাউখুম পীনবা হোংনবদা মথৌ পূম্বা থাদোক্লবিরা? মচা মব্রা পূম্বা থৌওইদ্রবরা? নংত্রগা নুংশিবনা মাগী মশীঞ্জাংনি, পেন্নফম্লি হায়না পাউথোক্লবা হোংনবদা নুংঙাইথোকপা ঙমদ্রিবরা? ভগবান গুরুবায়ুরপান! নহাক্না শান্নবা লিলাবু কনানা খঙবা ঙম'নি? নহাক্কী ঙক্লবা সুরসিদদি পাপ পুন্য, প্রাইচিৎ, তৌহৈবা তৌহৈদবা অপূম্বা মায়ানি। —ঐখোয় পূন্নমক শ্রী কৃষ্ণগী লাংওন তরা অদুগা অতৈ ব্রারীগী তাক্কক পূন্নমক কাউথোকখিবা য়াই। অদুবু পূক্লিং শুক্সাৎনীংঙাই ওইরবা বৃন্দাবনগী কুম্মোসিমদি ঐখোয়বু মতম কুইনা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাউহনগনি।

"নুংশিবদি ভক্তিনি, মুক্তিনি নুংশিবগী অরোয়বা অপেনবদি আত্মাগা ঈশ্বরগা তিন্নবা অদুনি।"

"ঐহাক ব্রারী লীরিবা নুপা অদুগী মায়থোঙদুদা, ব্রাহৈশিংদুগী অর্থ ঙাইনা ঙাইনা পেন্না য়েংজরম্মী। নুংশিবগী খম থেংবা অপেনবা হায়বদু করিনো?"

"মহাক মৈ অমা থান্দুনা লৈরিবা শেংলবা মফমদুদা ফল্লম্মী। গীতাদু মমাঙদা হাংদোক্নুনা লৈ, মমীৎ তঙ্খায় উইশিল্লদুনা মখূৎ লোন্নদুনা লাই নীংলি। য়েংবদা নুংশিবগী শাইয়োনগুম উরি। অমুকখক্তি মাগী লূম্লবা মীৎয়েং অদুনা ঐখোয় নুপী ময়াম্না ফল্লিবা কা অদোমদা য়েংথোক্লকম্মী। মদুতদনি ঐনা ইশামকসি মমাঙ পরেংদা ফল্লি হায়বা খঙলকখিবা? ঐ শকফম তনিক্না হঞ্জিলম্মী। থম্মোয়দা অঙকপা ইহুল অমা ফাওরকপগুম তৌখি। মদুবু ইকাইবনি খনগদরা, শোম্বুবা কৌগদ্রা নংত্রগা ইচিন চিনবনি হায়বদুরা? ঐহাক পূক্লিংদা অকিবা ফাওরম্মী।

মানা য়েংলিবসিবু ঐঙোন্দরা? ঐগী শমজেৎ হাৎপিদ্রবা শন্নাংসিদা নৎত্রগা চামথরবা খজাইসিদা ফিভম কায়বা য়াওরবজাৎলা?"

"ঐগী নুপাগী নুপী অহলশিংগী অমনা পোকপা মচাননুপা অমগী শকয়েং মিংশেল অমা লৈ। মদু ঐনা লোন্না, নুমিত্তুগী নুংথিলদা লৌথোক্লম্মী অদুগা ঐগী ইশকসি ইতোমতা য়েংজরম্মী। ইশাগী ইশক অসি মপূং ফানা য়েংজদবসে মতম ফনা কুইরক্লে অৱাবগী থক্তোক্লকপা মমিসিগী মরুমদা শামথরবা ফজবা খজিক্তংকাক য়াওরিবজাৎলা? খাইনা মৈশা লাংলবী, চোকথরবী, ৱাজরবী রাধিকাগী মায়থোঙগুম উরবা জাৎলা?"

মথং অযুক্তা, ঐহাক ঈরুজরবা মতুংদা ইশম অসি তরু তরু হাত্তোক্লম্মী। মহৌশাগুম অশেংবা উৎনা লাইবক্তা চন্দলউ খজিক্তং তক্লুনা লূনা নম্লম্মী। তগৎ তগৎ তেক্লিবা, লাইদা কৎলুবগী লৈদু তরাদং খনগত্তুনা নাচোম শেন্নগা মফম চানা থেৎচিল্লে। অপাবা শাল অমা ইল্লদুনা ছাতিন অমা তূপ্লদুনা লাইশঙদা চৎলম্মী। কনানো অমা মপানগী মান্দবতুদা নীংথিরবা খোঞ্জেলদা লাইশোল থীরি। ঐনা ঐগী ছাটিনসি খজিক্তং ঙামথরদুনা লাইশোল থীরিবদু কনানো হায়না লোন্না য়েংলম্মী। মহাকসু ঐঙোন্দা য়েংদুনা লৈরমখি। মমাঙদা অমুক্তা তৌখিদ্রিবা মওংদা হকচাং'সি ইচিন চিনবগুম তৌরম্মী। কন্নাক নীকপগুম ফাওরম্মী। মীৎসে মশেল মরাংলম্মী। লাইশঙদা লাইশোল লোইদ্রিঙৈদা ঐ য়ূমদা থুনমক হল্লক্লে।"

"মতুংদদি ঐ ভাগবৎ পাঠ তাবা চৎপা খুদিং মনীং পরেংদতা ফন্নবা হোৎনরম্মী। ঐ কনাবুসু মমায়দা অতম্নবা য়েংবা ঙম্লুদরে, খৌতক চারে। অদুবু ঐ ফিভমদুদগী লাপথোক্লা লৈবসু ঙমখিদে। পারিবদু তানবা ময়ামদুবু মনাক্তা চঙশিল্লকউ হায়না মহাক্লা হায়রকপা খুদিংদা ঐঙোন্দা নুংঙাইবা অমা শোয়দনা পীবগুম তৌরম্মী। ঐঙোন্দা অসুম্না ফাওরিবা অসিবু পারিবা চাউরবা গীতা অদুগী মগুন্না ওইরিদ্রা?"

তূম্বা চাবা অনীমক্তা ঐহাক অতোপ্পা করিসু খল্লুদরে। মীৎসিদা জমুনা মপাল, কদাম্বা লৈনা শাৎলিবা, নুংশিবনা হায়হৎলবী রাধিকাদা উদুনা লৈখি। অদুগা হরাও তয়াম্বা, নুংশি-নুংওম্নীংঙাই ওইরবা শক্তমদুতা ৱাখলদা শাগৎখি। আহ্! কনাগী শক্তম্নো? হঙ্গাম মপাল মচুগী মৃগাফিগী ফিজোল, হিরাগী নাইল

মাগী মিনোক পূম্নমকসিবু ঈশ্বরগী অশেংবা শকওংদুরা? অদু ওইরবদি ঈশ্বর মাদি লৌনীংবা শকওং লৌবা ঙম্মিদনা।

ব্রাকচিং থানুংদু ঐ অয়ুক খুদিং লাইশঙগী পুখ্রিদা ঈরুজদুনা অহানবা লাইশোলগীদমক লাইশঙ চৎকনি। মসি ঐনা কুইনদগী হৈনবী ওইনা তৌরক্লবনি। অসুম্না তৌরবদি ঐনা নীংজবা অদু থুংই হায়দুনা ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা কনাগুম্বা হায়বীখি। ঐগীদি তশেংনদি অনীংবা অমা লৈবদি নত্তে। অদুবু লাইশোন্দি নুংতিগী পাঙথোক্লম্মী। খজিক্তং থেঙথরগা মেঙনা ঈংলবা অঙনবা অয়ুক্কী ঈশৈ অমনা তনিক-তনিক নুংঙাইহনখি। ঈশিংগী ঈমায়দা ঈপোম কাবা উরক্লমই। কনানো? ঐগুম্না মতোমতা ঈরুজরিবা ওইরম্বা তাই।

"ঐ খঙই ঐসি, ঐগী পূক্লিংসি মায়াগী মশক ওইবা অপাম্বা অনীংবশিংদা লোইনাইদমখৈ খনবদা শোম্থরবনি। ঐ হৌজিকসু মতমদুদা থোকখিবা থৌদোক্তু অসুম্না থোক্লনি হায়বা ভাবনা ফাওবা শাগৎপা ঙমদ্রি।"

ঐনা ব্রাকচিংগী মকরা নুমিৎকী মুশি মুশিবা মঙালদু লান্না লৌদুনা নোং ঙানগদৌরবোই নীংলুরে। অদুনা হাথু-হাথু ঐখোয়বু শেন্নবা নুপীদুফাওবা হায়রম্বা কাউথোকপমখৈ টেক্কি তান্না চৎলমই। ঐনা কন্না কিজখিবা হায়ববু অয়ুক্কী লাইশোল নংহৌররোই 'সিতনি। লাইশঙদা থুনা চৎহৌনবা হায়দুনা ঐ পুখ্রি মনুংদা ইশাসি লূপশিল্লম্মী। অদুগা কাখৎলক্তুনা থুনা তৈথোক্তুনা কংনবা হোৎনরম্মী। মতমদুদা লাইশঙগী শুমাঙ মচিদুদা অহিংগী চেক্লা অমা খোংলক্লম্মী। মেঙনা ঈংলবা নুংশিৎনা অহিং শাৎপা লৈরাংশিংগী লৈনম পুদুনা শিৎলকখি। পুর্ণিমা থাজনা নোংচুপ থংবা অতিয়াদা তপ্না হাইথখিবদা তেক্কি মমি অদুনা হেন্না হেন্না পাকথোক শাংদোক্লক্লি। থাবলগা তেক্কি মশামক্তুগী মমিদুগগী মরক্তা তেক্কি মশামক নুপীগী মথুম মরাং হৌরবা থম্মোয়গুম তুমিন খিন্দুনা লৈরি।"

"নুমিৎ কয়ানি চঙনা তারকখিবা ভাগবৎ পাবগী খোঞ্জেলদু ঐঙোন্দা ঙসিদি কবিতাগুম নীংশিংলক্লি। জমুনা মপানগী নুংঙোল্লবা অহিংদু মসিগুম ওইরিদ্রা? নাকন অমদনা গোবর্ধন চীংশাং, মুগাগী গালিচা থাবগুম থাবল মরক্তা, মঙাল লৈনা অদুগা অমেঙবা, হরাও তয়াম্না অনৌবা য়েন্নীংগী মরক্তা শান্নরি। অমরোমদা ষনশেনবশিংগী য়ূমশিংনা মুশুক মুশুক অমম্বনা কূপ্পবগুম উরি। অকনবা শিঙ্খানা হাইহৎলুরবা মীওইসিদি নীংঙাইদনা তূমখুন হুল্লি।

খেন্নরবা দৃশ্য অনীগী মরক্তা কালিন্দিগী অতপ্পা ঈচেন্না মণ্ডগী মতৌগুম চেন্থরি। নুং ফাওনা উরবা, লূরবা ঈমায়দা শংবান্নবা অতিয়াগী, মশীং খণ্ডদনা ঙাল্লিবা থৱানমিচাকশিং, ঈমায়দা শাৎলিবা থরো থম্বালশিংগী মমি তারি। চহী চা কয়াগী মমাঙদা, খোয়থুম্নরবা, শেংলবা কৃষ্ণগী বাঁশিগী খোঞ্জেলদুনা তুরেল মপাল অসোমদগী খোংলমগনি। ঐগুম্বী খুইথরবী কয়াগী থম্মোয়বু অশাগী অমৃত থীক্লিনি।"

"ব্রাখল'সিদা লূপ্লিঙৈদা ইশা খণ্ডহৌদনা, অঙাং ওইরিঙৈদা তমখিবা ধর্ম্মগী লাইশোল অস্তপড়িদগী লৌথোকপা ঈশৈগী শুর অমা ঙংথোকখিরম্মী। ঐখোয় মীওইবা হায়বা জাৎসিগী কোকপা ঙল্লরোইদবা অশোনবা অমদি লৈব্রা খল্লি। করিগুম্বা অকক্লবা থৌদোক্তা, অকক্লবা ফিভমশিংদা ঐখোয়গী ব্রাখলসে ইতাউ তাউদুনা ব্রাখল য়াওদবগুমখি। তশেংনা ঐনা খঞ্জবদা তিনবীরিবা জ্ঞান লৈরবা কয়াশিংদসু অসিগুম্বা শেন্নহৌদবসি থোকপা থেংনবিরমগনি। অদু ওইরবদি ঐগুম্বী নুপীমচা অমদা অদুগুম্বা থৌদোক অমা থোকখিবগীদমক করম্না ইরাল শীবিগনি। -অসুম্না তরঙদা লৈরিঙৈদুদা ঐগী ফিভমদুদা লুম্বু লুম্বু শাবা পাম্বোম অনীনা ঐবু চেৎনা কোনশিল্লকখি। অদুদি কনানো? ভগবান মশামক লেঙবিরকপা ওইরিব্রা? ঈশ্বর! নঙদি নঙগী ভক্তশিংগী মীৎমাঙদা অসুম্না হেক হেক থোকপিরকই হায়না মমাঙদা তাখি।

"মঙলান অমদা লৈরুবদগী ইখং খংনা জ্ঞান লাক্লবদা ঐগী ব্রাখলদা খল্লকই, নত্তে, মদু ওইথোকপা হৌনদে। কলি যুগ অসিদা অশেংবা ঈশ্বরবু থেংনবা হৌনদে। 'অয়ো য়ো!' অদু ওইরবদি অতোপ্পা কনা ওইরিবা?"

"ঐগী নুংগী ওইবা য়ানীংদবা ইহুল অমনা কন্না লাউনীংবা ফাওরক্লম্মী। অদুবু ইচীন অসি অমোনবা চীনবান অমনা উমশিনখিরম্মী। ইশাসি লৈথোক্লুনা নাম্থোক্লবা হোৎনরম্মী। অদুবু ঐগী য়ানীংদবগী খাঙজবা অদুগীদমক্তি খুৎকোন অদু অসুক্কী মতিক চেৎপ্রে। ব্রাখলদা ফাওরম্বা য়ানীংদবগী কারম্বা জ্বার অদুসু হম্থখরে। অদুদগীদি ঐনা অমুক্তা থেংনজখিদ্রিবা নুংঙাইবগী ইহুল অমনা ঐবু লাঙ্গোই চনখ্রে।"

"ঐবু শোম্থখিব্রা, জ্ঞান মাঙখিব্রা? চমম্নখি। ঐঙোন্দা মদু মঙ অমগুম খনখিদে অদুগা তশেংনা তূম্বগুমসু তৌখিদে। মীপূম খুদিংদা তৌবগুম ঐসু ঐগী

নুংদা ফাওরক্লিবা ঈহুন্দুগী মফমদা মায়থিরে। মসি পাপ ওইরবসু মসিগীদমক থবায়সি পোম্বা ওইরবসু ঐহাক য়াবদা তারে।"

"অদুগুম্বা হকথেংনবদু অমুক হন্না থোকপ্রা হায়না হংবিরগনু। নৎত্রগা ঈশ্বর শাবদু কনানো হায়নসু হংবিরনু। ঐসে ইরাল লৈরবিনি। মীয়াম্না পীবিনীংবা চৈরাক্তু পীবিয়ু। অতোপ্পা কনাসু ঐগী ইরালসিদা শরুক য়াখিদে।" ❑

*— ইংলিসদা হন্দোকপা : গীতা কৃষ্ণনকুটি*

---

***ললিংথম্বিকা অন্থরজনম*** *(১৯০৯-১৯৮৫), মহাকসি ব্রাহ্মণ জাৎকী সমাজদা অওনবা, সমাজগী অশোয়বা কয়া শেংদোক্লবা চণ্ডশিল্পকখিবা ইহৌনা কন্না ঈথিল পীখিবা নুপী অমনি। মহাক্কী ৱারীশিংদা অৱাংবা ব্রাহ্মণ শাগৈশিংগী নুপীশিংবু নুপানা ওন্না পানবা সমাজসিগী মনুংদা নুংগী ওইবা মওংদা ওৎপী নৈবিরবশিংবু য়েক্লুনা উৎলি। ১৯৩৭ তগী ১৯৭৩ ফাওবদা ৱারীমচাশিংগী খোমজিনবা লাইরিক ১২ ফোওখি। মহাক্না ইরম্বা অমত্তা ওয়রবা উপন্যাস "অগ্নিসক্ষি' মলায়ালম ক্লাসিক উপন্যাসশিংগী মনুংদা করিগুম্বা মচাক খরা য়াওবা লাইরিক্লি খন্নরিবনি। মাগী লাইরিকশিংসি ফেমিনিস্ট অইবশিংগী মীৎয়েংদা নৌহৌননা অমুক পুথোক্লুনা নৈনবা হৌরক্লি। মহাক্কী উপন্যাসসিদা য়ুম্ফম ওইবা ফিল্ম অমদা কুইদ্রিওৈদা এৱার্দ অমসু ফংখ্রবনি।*

# সনাগী থোং

*— হ কুরান-সুং*

মালেমসিদা করম্বনা হান্না লাকখিবা, তুরেলনা হানব্রা নৎত্রগা থোংনা হানব্রা?

নাতে চাদবা ব্রাহংনি, নহাক্লা হায়নীংগনি। তশেংনা হায়রবদা নহাক্লা থোং অমা শাগে হায়রবদি শোয়দনমক তুরেল অমা হান্না লৈবা তাবনি। অদুবু অঙকপদি মসিগী ওন্না তৈনবা থৌদোক অমা হংচৌ তোর্ব্বানগী খা থংবা মফম অমদা থোক্লম্মী। করম্না থোকখিবা থৌদোকনো? ব্রারীদু 'সিনি, 'অশেংবা জ্ঞান হায়বসিদি থবক্তু হকথেংননা পায়রুরবা মীতনা খঙই, হস্থবা থাক্তা মখাদা শৃরি নোম্লিবশিংসু হৈ-শিংবা য়াওরিবনি' হায়বসিনা ব্রারীদুগী লংলা পীগনি। ব্রাফমসি তশেংনা উননবা ঐখোয়না ওল্ড চিয়েন অমসুং য়ং লিয়াং হায়বা টেক্লিক্সিয়ানশিংসিগী ব্রারীদগী হৌবা তারে। মখোয় অনীসি তোর্ব্বানগী লমলেনশিং কান্নবা লম ওস্থোক্লবগী থবক তৌবা হেদকাটর অমখক্কী মীওইশিংনি।

অহানবদা মশাগী অশাংবা মিং চিয়েন তা-চিহ কৌবা ময়াম্না শম্না ওল্ড চিয়েন হায়না খঙনবা অসিগী মরমদা খরা থমজগে। চহী ৩৬ সুরবা, চিয়েনতাং তুরেল মপালদা চাউরকপা ওল্ড চিয়েন হায়বসিনা সমুদ্রগী ঈশিংগী জ্বার অকা অকুমগী মরমদা অহল ওইরবা লৌমী ষনপোৎ খোইবা অমনা মাগী ষনগী মরমদা খঙবমুক খঙই। অনৌবা লৌবুক অমা শেম্নবা তোর্ব্বানদা ফক্লাং খাগত্তুনা ঈশিং ঙাক্লবা থৌরাং অমা লৌখৎসি হায়রবদি ওল্ড চিয়েন্দা থবক অদু শোয়দনা পায়হনগনি। চিয়ারমেন 'মাওনা তাক্লম্বা থবক্কী পোমিৎকী মতাংদা মহাক কৃপ্না চহী কয়া নৈনরক্লবনি অদুগা থবক তৌবদা মদুগী খুদুং ইন্নবসু হোৎনরিবনি।

করিগুম্বা থবক অমা তৌবদা খোইজংবা অমসুং শুরি-নোম্লিবশিংদগী পারা তমহৌবা হায়বসিদা মহাক্কী হৈনবী লৈরবনি। মহাক্না মাগী মশা শাগৎহল্লিবা কোট অদু লৌথোক্তুনা, মরেংজুমদা নাপচৈদু য়ানশিন্দুনা ঈংবনা চিংশিল্লবা নীংথমথাগী হব্রা-নুংশিৎতা তুরেল মনুংদা থিজিন হুমজিন্নবা কয়ারক কৃমগনি। মাগী চানবা হাপ্লবা পাত্রদা য়াওরকপা চিঞাক অদু কয়ারক উন ওন্দুনা লৈরম্বা থেংনখ্রবনি। অদুবু মদু মানা মওং অমা নৎত্রগা অমা তৌদুনা চাগনি। অদুগা করিগুম্বদনা উনশা কাথেকপমখৈ শারবা নুংশাদা, কোয়চৎ চত্তুনা শরুক লৈঙোই মথক অদুদা, মাগী খোঙগুন্দু অশাবা লৈঙোই মথক্তদা তাহনবমখৈ শূ-নোমগনি। মহাক মীনা খঙবিনবা, উৎনবা থবক শূবা মী নত্তে অদুবু কন্না শূ নোম্মী। ব্রা খজিক্তা ঙাঙই। অদুবু হন্দক্কী মতাংসিদা য়াম্না থাজরুদনা মহাক্না থবক অমখক লৌহৌনবা মাঙদা চৎখৎলম্মী।

হায়রিবা অসি হেদক্বার্টরদগী থোং অমা শানবগীদমক মী থিরকপা মতমদনি। থৌরাং অসিগী মখাদা লম স্কুব্রার মিটর ১,১৫,০০০ কোনবা মফম অমা শীজিন্নবা য়াবা মওংদা শেমগৎনবা প্রোজেক্ট অনী অমুক্তদা পায়খৎপগী থৌরাংনি। অমনা ঈথৈ লৌখোংশিং ওইনবা খোং তৌবা অদুগা অমনা থোং অনী শেম্বা অমসুং লম্বী শেম্বগী থৌরাংনি। থোং অদুনা মথক্তা লম্বী ওইনগনি অদুগা মখাদনা ঈথৈ লৌখোংগী খোং ওইনগনি। হেদক্বার্টরদগী থোং শাবা মী থিনবা কোক থাথনরকপা মতমদনি ওল্ড চিয়েন্না পার্টি সেক্রেটরি ওল্ড সেনগী মনাক্তা চত্তুনা হায়জরম্মীঃ "থবক্তু ঐ অমুক্তা হোৎনদুনা য়েংজগে।"

সেক্রেটরি অদুনা ওল্ড চিয়েনবু ফজনা মশক খঙলবনি, অদুবু অচৌবা থোং শাবা অমা ওইনদি নত্তে। অদুনা মানা হংলকই, "মমাঙদা নঙবু অসিগুম্বকাক পায়খ্রব্রা?"

"নূংনা শাবা খোঙনা চৎনবা থোং অমখক্তি ঐখোয়গী মমাঙ অদুদা পায়খ্রে" চিয়েন্না খুল্লকই। 'অসিগুম্বা অচৌবা গাড়ীশিং চৎনবদি অমুক্তা পায়জদ্রি।' অদুবু ঐহাক অসিগুম্বা মমল কয়াগী ব্রারী, উগী বিলাটিমাটিগী য়োৎকী, অনেম্বা, অব্রাংবা থোং কয়া উরে। থোং শাবা হায়বসি থোংশাবা ওইনা পোক্লকপা নত্তে। অতম্বা ঙাকনি।"

---

[১] মাও=চাইনিজ রিভোল্যুসনগী লুচিংবা মাও-সে-টুংবু শম্না কৌনবা মিং

ব্রাহৈশিংসিদা সেক্রেটরিদু হাইফেৎ য়ানিংবগুম তৌরম্মী। সেক্রেটরি অদুনা ওল্ড চিয়েনবু মহাক্লা হায়দোকপা ব্রাফমদগী তৌথোরকপনা মতম পুম্বদা হেনবা মী ওইনা খঙলকই। থবক অসি মঙোল্দমক পীগদবনি। অদুনা সেক্রেটরি সেন্না মফমদু য়েংলুনবা মওং মতৌ তাকপা চে অমগা অতে চঙগদবা পোৎলমশিংগা শীন্নবিরে।

মথংদা, য়ং লিয়াং হায়বা হংচাউদগী গ্রেজুয়েৎ লোইরবা কাউন্তি ট্রান্সপোর্ট দিপার্টমেন্টতগী থোং শাবগী টেক্নিক্সিয়ান ওইবসিগী মরমদা খরদং অমুক হায়জগে। গ্রেট প্রোলেটরিয়ান কলচরেল রিভোলুসন্দা মথৌ শংলকপা, চিয়ারমেন মাওগী খুদুং ইনবা পামজবা মীশক অমনি। হায়বদি লাইরিক হৈরবা কাংবুশিংনা শূরি-নোম্লিবশিং তোরোৎ খোন্দাননা থবক পাঙমিন্নগদবনি হায়বসিনি। হন্দক্কী মতাং অসিদা মঙোল্দা প্রোজেক্ট অসি শীন্নরে। অদুগা মহাক্লা অনৌবা থবক অমা হেক শীন্নরকপদা মদুবু চিয়ারমেন মাওগী খুদুং ইন্দুনা থৌদা লৌরিবনি খন্দুনা মদুবু পাঙথোক্লবা হেক্তা হোৎনবনি। মহাক্লা হেদকার্টর হেক য়ৌবা মতমদা ওল্ড চিয়েন থবক মফমদা চত্তুনা থিজিল্লুবদগী হল্লক্লে অদুগা থবক লৌখৎনবা শেম শারম্মী।

"নহাক্লা থুংলরিবসি মতম চপ চারে" ওল্ড সেন্না নহা অদুবু ওক্লদুনা হায়রকই, "থুনমক ঐখোয়না খোঙশিংদু তৌরগা থোং অদুসু শানবা শেম শারগনি। ঐখোয়দা ব্রাৎলিবসি দিজাইন তৌবিনবা মী অমতংনি।"

মীকুপ্তদা অরোইবা মহাক্লা ফোঙদোক্লীংলিবসি মহাক্লা থবক মফমদা চত্তুনা খূৎকী থবকশিংসু শূবা য়াওবা পামজখিবা ব্রাফমদুনি। মহাক্লা আশা তৌজবা ব্রাফমদু ফোঙদোক্লদুনা হায়রকই। "অদুবু ঐদি মফমসিদা থবক মখা তমথনবগী আশাদা লাকপনি, অদুনা" ওল্ড সেন্দা ব্রাকৎপা ওইনা হায়রকই, "ঐঙোন্দা মখাদা লৈবাক নুংবাক শূবা, খূৎকী থবকশিংসু খরদি শীন্নবিয়ু।"

"মরূপ," পার্টি সেক্রেটরিদুনা নোক্লদুনা হায়রকই, "থোংশিংসি শাবদা নহাক্লা শূরি-নোম্লিবা কাঙবুগা লোয়ননা রিভোলুসনরি অমগী ব্রাখল্লোন্দা প্রকৃতিগী মায়য়োক্তা লানফম অমা শোক্লগদৌরিবনি। মদু নহাক্লা ফংগদবা নৌহৌননা তম্বগী খ্বায়দগী ফরবা থবক্নি।"

ওল্ড সেনগী ব্রাহৈশিংদু লৌশিনবা ঙমদবনা য়ং লিয়াংনা মশামকপু হেন্না

থাজবা ফাওজরম্মী। পাঙ্গল চঙবা থবক নত্তবা থবক অমতা তৌনীংদবা মাগী ব্রাখল্লোন্দু, অরিবা ব্রাখল্লোন, "মশামক মগুণ লৈবা মী ওইনা উনবা চাউখৎত্রিবা লোয়ালমদা চৎপা" হায়বা ব্রাফমদুনা ইথিল পীরি হায়বনি।' মহাক্না ব্রাফমসি য়াজরে অদুনা মঙোন্দা পীরকপা থবক অমা হেক্তমক তৌরগে হায়না লেপ্লে।

"ফরে," ওল্ড সেন্না হায়রকই, "নঙনা থবকসি ওল্ড চিয়েনগা শূমিন্নবা তারে।"

ব্রাফমসিদসু য়ং লিয়াংদু ব্রাখলদা হঞ্জানরম্মী। ঐসি খরা হেন্না লাইরিক লাইশু হৈবা অমগা পাদুনা শূমিন্নরন্নগদি ফগদৌবনি হায়না খঞ্জরম্মী। অদুদগী মানা হংলকই, "কলেজ গ্রেদুয়েৎ লোইরবা মীরা?"

"হোয়" সেক্রেটরিদু মমীৎ কুফেৎ তৌরম্মী। "মাসু লৌউ শীংউগী কলেজদগী গ্রেদুয়েৎ ওইরক্লবনি।"

য়ং লিয়েন হায়রিবদু জ্ঞান তারমদে।

ওল্ড সেন্দু য়ং লিয়াংগী ভাব তাদবা ইঙাও ঙাওবা মতৌদা নুংঙাইবা পোক্লম্মী অদুগা নোকথোক্লক্লদুনা হায়রকই, "য়ং লিয়াং, ওল্ড চিয়েনসে খুৎশু-খুৎলাই, য়োৎপাক থাংজৌ মরক্তা চাউরকপনি, কলেজ, গ্রেদুয়েৎ নত্তে।"

য়ং লিয়াংদি ওল্ড সেনগী ফাগী অসিদা নোকপা ঙল্লমদে। মসিনা মঙোন্দা হেদ কার্টরগী ট্রেন তৌরবা টেক্নিসিয়ান অদুতবু নীংশিংহল্লম্মী। মহাকসি অমুক ওল্ড চিয়েনগী অফবা ছাত্র অমগুম ওইবা তারিব্রা হায়বা অদোমদা খল্লম্মী।

তশেংবদি ওল্ড চিয়েনগুম্বা টেক্নিসিয়ান অমগা পুংবা শেম্বা হায়বসি য়ং লিয়াংগীদমক্তদি হেন্দোক্না পেন্নীংঙাই ওইবনি অদুবু অসুম্না থোকখিদরে। নহা পাখং অসিগী অহানবা ওল্ড চিয়েনগা উনবা অসি নীংবা কায়নীংঙাই মওং ওইরম্মী। ওল্ড চিয়েনসি মানা ব্রাখলদা শাগৎলিবা মীদুদি ওইদে। অদুগীসু মথক্তা ওল্ড চিয়েন্না মঙোন্দগী চহী মঙাদগী হেন্না হনবা নত্তে। শেম্বা শাবগী জ্ঞানদসু, ওল্ড চিয়েনদি সুপ্নগী নূংগী থোং মচা অমদগী হেন্না পায়দ্রিবনি। অমরোমদা মাদি গাড়ী অচৌবা লানবা য়াবা থোং কয়া দিজাইন তৌখ্রবনি। করিনো লিয়াংনা চিয়েন্দগী তমগদৌরিবা?

অদুদগীদি, নোংমা আগষ্ট থাগী নুমিদাং অমা থৌদোক অমা ঈশিং ঈমায়দু ম্বার ব্রাংনা কাবদগী থোক্লম্মী। মখোয় অনীদু নুমিৎ কয়ানি থোংগী দিজাইন

তৌরিবা মফম অদুদা থবক শূরক্লবনি অদুগা খুদোংথীবা জগাদা লৈরিবা খোঙবানগী ঈশিং ঙাক্লিবা ফক্লাংদু য়েংশিনবা চৎলম্মী। ব্রাংলবা ঈথকশিং অদুনা তোর্ব্বান্দা য়ৈরি, নূং চল্লিবা ফীবান্দুদা মখোল হৌনা য়ৈরি। য়ং লিয়াংদু তুমিন্না ওল্ড চিয়েনগী মতুং ইন্নরি, ব্রাখলদা টব্রারগুম ব্রাংনা লাক্লিবা ঈথক অদুনা মাবু য়োংশিনখ্রগদবগুম খল্লম্মী।

ইখঙ খঙহৌদনা ওল্ড চিয়েন্না লৎকক লেপ্লম্মী অদুগা হায়রকই, "মখোল অমা তারিবসি তাবরা? অয়ুবা অমা য়াওবা মাল্লি।" মহাক্না টোর্চ লাইটতু কাপ্তুনা কোইয়েং য়েংলম্মী অদুগা ঈশিংগী খারিবা ফক্লাং অদুগী জগা অমদা মীৎয়েং চঙলম্মী। য়ং লিয়াংসু মফমদুদা মাগী মৈদুনা কাপ্তুনা য়েংলম্মী। ঈশিং খরা য়োংখোক অমা ইনশিনবা চনগদবা মখুল অমদগী চুমথরকপা উরে। ইখন খম্থরুদনা য়ং লিয়াংনা অহোবা মখুলদু খোঙপাক অদুনা নেৎশিন্দুনা লৈবাক্তা শেমজিল্লম্মী। অদুবু ফিভম হেন্না ফৎচিলহল্লমদে। মতম অমদা হেক্তা কায়রকপা য়ানা উরে।

য়ং লিয়াংনা মহাক্না লাইরিক্তা থেংনরকখিবা মশামক্কী হকচাংনা অহোবা ঈশিং মখুল ঙাকখিবা হিরো অমগী ব্রারী মীৎতা শং-শং উরক্লে। খুদক্তা মনঙ্গল ওস্থোক্তুনা নঙ্গলনা ঈশিং য়ুরক্লিবা ফক্লাং অদুদা ঙাকশিল্লম্মী। "ঐবু খরা মতেং পাংউ, 'সিদা ঈশিং চুমথবক্লে" হায়না কন্না লাউরকই।

অহানবদা মাগী লেংজুমদু লান্না ঈশিং খরগা অমুক চুমথরক্লম্মী। অদুদগী থুনমক মদু খকখ্রে। নহা ওইরিবা টেক্লিসিয়ান্দু মহাক্কী লৌশিংনা অয়ুবদু লেপহল্লে হায়না হরাওজরম্মী। অদুবু মানা ঙক্লিবদি মানা মতেং পাংবিয়ু হায়না লাউজবদুদা, লাক্লিবা, নঙ্গলদা ফক্তোম্নচিংবা পোদুনা টোর্চ কাপ্তুনা লাক্লিবশিং অদুদি মাগী মনাক্তা কনামতসু সুপ্লাক লাকখিদ্রে। মহাক্না অমুক্সু লাউনা কৌরকই, "'সিদনে। অহোবদু 'সিদা লৈরে।"

নহা ওইরিবা থবক শূবা নুপা অমা মাগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লম্মী অদুগা হায়রম্মী, "নত্তে, হোরিসে 'সিদা নত্তে। অশোম নাকন্দনি।"

য়ং লিয়াংদু হাইফেৎ থাজগুম তৌদুনা মাগী মশাদু চেকশিন্না শেন্নদুনা হৌগৎলক্লম্মী। অশেংবমক মানা ননশিল্লল্লিবা মফম অদুদগীদি ঈশিং অমতা য়ুরক্রে, মাগী মফি মরোলদু লৈখোম লৈনাং তোচ্চরবসু।

অঙকপনি! চত্থরম্লিবা থবক্তুদি? ঈশিং ঙাক্লবা খারিবা লৈপলদুগী মথক্তা কাখৎলুবদি ওইরম্লিবা পূম্বদু তরং তরং উরে। মহাক্না অশোমদা অহোবা অদু মেন্নবা লাক্লরিঙৈদা ওল্ড চিয়েনদি অশোমগী নাকন্দা চৎখিবনি অদুবু মাবুসু অদোমদা লাক্লবা কৌরকপনি। মহাক্না মদু তাখিদবনি। ওল্ড চিয়েনদি ঈশিংদুদা চোংথদুনা লৈপলগী চুক অমদা য়ান্দুনা মখোঙনা অয়ুবা মফম অদু লামদুনা থিংনবা লাক্লরম্মী। তশেংবমকসু অমুক্তদা অহোবা মখুলদু য়ুবা লেপখ্রে। য়ং লিয়াংগী নঙ্গল মপাদা ঈশিং য়ুরম্বদু মদুনা লেপহনখিবনি।

য়ং লিয়াংদু ইকায়রপ তৌনা নাকন্দা লেপ্লম্মী। অদুবু ওল্ড চিয়েন্না ঈশিং মনুংদগী কাখৎলক্লগা থোকখ্রিবা থৌদোক্তু উরদুনা লিয়াংগী পূক্লিং ফাথনবা হায়রকই, "টেক্নিসিয়ান লিয়াংদা করিসু নিন্দা তৌনীংঙাই লৈতে, ঐ মঙোন্দা অহোবদু মপাল্লোমদগী মেনগদবনি হায়হৌদ্রে। মাদি ঈশিংগী স্থার কাবা কাদবা হায়বসিদদি খুৎলোইবা নত্ত্রি মাগীদি নমুনা য়েকপা খোৎপা অদোমদনি খুৎলোইরিবা।"

অসিগুম্বা মাগী পুংবা ওইরিবা মথক থংবা অদুগী ৱাহৈদুনা য়ং লিয়াংগী থম্মোয়দা ওল্ড চিয়েনগী মফম অমা কনখিরম্মী। লিয়াংনা ঈশিংগী অকা অকুমগী মরমদা লাইরিক কয়ামরুম পাখ্রে অদুবু হকথেংনবা লুরবা তানফমসিদদি মদু ঙাক পানশিল্লুবা য়াবা নত্ত্রি। মহাক্না চিয়ারমেন মাওগী ৱারোলদু নীংশিংলকই, "নাকল অমদদি খ্বায়দগী হেন্না থৌদাং য়াক্লবগী থেংনরকপা জ্ঞান লৈরবা মীওইদুনা খ্বাইদগী হেন্না অশিংবনি, অখঙবনি।"

মখাদা লৈরিবা শূরি-নোল্লিবশিংগী থাক্তা লৈরিবা মীওইশিংগী অৱা-অনা থিদবা, শিব কিদবা মওং অদু মঙোন্দা পারা অমা ওইররে। মহাক্না ওল্ড চিয়েনগা অহানবা উনবদা ৱাখলদা নীংবা কায়বা ফাওখিবদু হৌজিক্তি মাঙখ্রে। অদুগী মহুৎতা মঙোন্দগী খরা অহল ওইবা মাগী থবক্কী খোঙলোই অসিদগী করিনো খরতসু তমশিলহৌনবা পূক্লিংদা লেপ্লে।

থোংদুগী মওং য়েকথোকপদু থুনমক মপূং ফারে। মশানা তানা মসিগী থবকসি য়ং লিয়াংগী মথক্তা তারম্মী। পার্টি সেক্রেটরিনা মরক মরক্তা মহাকপু মশাগী ওইবা তোপতোপ্পা মওং অমা উৎনবা, শেল য়ারিমখৈ চঙহন্দনবা কন্না হোৎনৌ হায়না তকশিল্লম্মী। মহাক্না নহা ওইরিবা দিজাইনর অদুদা মীয়াম

হুপ্না তান্ন তিক্লদুনা, খ্বায়দগী থাক নেম্না লৈবা শূরি-নোম্লিবশিং ফাওবা তান-তিক্লদুনা হোৎনমিন্নসি হায়না পাউতাক পীরম্মী।

য়ং লিয়াংনা মশাবু য়াম্না থাজরম্মী। মহাক্না খঞ্জে, "ঐসি ময়ামগী নোক্লফম ওইবা য়াই, অদুবু ঐনা শোয়দনা অফবা আর্কিটেক্ট অমদি ওইবা ঙমগনি। মহাক্না মিটর মঙা পাকপা, কুম্থ্রা শাংবা নূং লৈঙোয়না মখোঙ ওইগদবা থোং অমা য়েক্লে অদুগা মদুবু পেঞ্জনা য়েংলম্মী। অদুগা খল্লে মাগী থোং অসি হায়ৰেদা তৌবগুম্না ষ্টিলগী শরুক টোন কয়া চঙবদু চঙলরোই হায়না খল্লম্মী। মহাক্কী ব্লু প্রীন্ট অদু টেক্নিসিয়ানশিং অমসুং অতৈ অতৈ কেদরশিংগী মমাঙদা পুথোক্লদুনা মদুগী মরমদা শুগায়না হায়রম্মী। সেক্রেটরিদু নোকফেৎ তৌরদুনা মঙক শুরম্মী। ওল্ড চিয়েনদি মঙোন্দা করিগুম্বা খরা মোৎ ফোঙদোকউ হায়না হায়রক্লিফাওবা করিসু ফোঙদোক্লমদে। "থৌরাং অসি," মহাক্না ইঙ্গিৎ ফংলবদা হায়রক্লম্মী, "হান্নদা তুরেল অমা লৈরে হায়বদা য়ুম্ফম ওইরগা শেম্বীবা মাল্লি, নৎত্রদো?"

ৰাফম অসি য়ং লিয়াংদদি নোং-মংদনা ব্রজ তাবা হায়বদুগুম ফাওরম্মী। মানা য়েৎলদুনা হায়রকই, "কনানা তুরেল লৈতবা মফমদা থোং শানবগে?"

"অদুবু ঐখোয়গী ফিভম অসিদি তোপ-তোপ্না অমনি। ঐখোয়গী ফিভম অসিদি তশেংনা তুরেল অমা লৈত্রিবনি। মতম অমতদা তুরেলসু তৌগদৌরিবনি অদুগা থোংদু শাগদৌরিবনি। মসিদি হৈ-শিংনা শীল্লবদি পোৎচঙ কয়ামরুম কলহৌবা ঙমগদৌরিবনি।"

"থোইদোক হেন্দোক্না," য়ং লিয়াংগী খোঞ্জেলদু কনখৎলক্লে, "ঐনা হান্নদা ষ্টিলগী ঙাক্লৌশিং কয়ামরুম কন্নবা হোৎনখ্রে।" হৌজিকসু বিলাটিমাটিসু য়াওদনা শৃসি হায়রিব্রা?"

"নত্তে, ঐখোয় বিলাটিমাটিসু শীজিন্নগনি" ওল্ড চিয়েন্না ঈংনা খুম্লকই।

"অদুদি ঐঙোন্দা তৌহনবিনীংলিবসি করিনো?"

"ঙাইখো ফিঙ্গৎখিগনু," সেক্রেটরিনা মরক থৎনা হায়রকই, "ওল্ড চিয়েনগীসি অমুক্তা শন্দোক্না হায়খিসনু।"

"ঐগীসি টেক্নিসিয়ান লিয়াংগী দিজাইনসিগী মায়োক্তা লৈবা নত্তে। শাগৎপগী মওংশিদং খন্ননীংবনি। তশেংনা মাগী দিজাইন অসিনা ষ্টিলগী ঙাক্লৌ

পান্বে কয়ামরুমদি কনবা ঙল্লে হায়বসিদি অচুম্বনি অদুবু মসিদা ষ্টিলগী অমসুং উগী ফ্রেমশিং ফাজিন্নবা মচাক কয়ামরুমদি শীজিন্নরি। য়ামদ্রবদা ষ্টিল টোন অহুমলোমগা উপাক ক্যুবিক মিটর তরারোমদি চঙগনি।"

"অদুবু ফ্রেমব্রাক্তি শাদবা য়াগদ্রা" য়ৎ লিয়াংনা মরক খৎলকই, "কনানা শৌগৎনবা পান্বে য়াওদনা থোং অমা হৈদুনা শাগৎপা য়াগদগে? অদুগা পান্বেশিং অসি চঙলবসু অমুক্তংবু শাগত্তুনা হৈজিন-কনশিনগ্রবদি লৌথোক্তুনা মচেৎ অমা মাঙহন্দনা শীজিন্ননবা হনগৎখিবসু য়াই।"

হোয় মদু পূন্নমক্তু তৌবা য়াবা ঙাক্লি। অদুবু, ওল্ড চিয়েন্না খুল্লকই, "অহানবদা হায়জনীংলিবদি ঐখোয়না ষ্টেটকী ষ্টিল অমসুং উগী সপ্লাই কয়াম লৈরিবগে হায়বসি পূক্লিং চিংশিনবা দরকার ওইগনি। করিগুম্বা মতম অমতদা থোং অনী অহুম অমুক্তদা পানখৎপা তারবদি ষ্টেটকী লৈরিবা পান্বে পূম্বা লোইথোক্কে হায়গনি। অদুনা করিগী ঐখোয়না মফম শ্বায়দা ফংবা পান্বেশিং শীজিন্নরোইদৌরিবনো?"

"সিদা? তোর্ব্বানসিদদি উ-ব্রাদি লায়রদনা নাপী মকা অমা ফাওবা হৌদে। লৈখোম্না ফ্রেমব্রাকশিং শেমসি হায়রিব্রা?"

"হোয় মদুমক্লি তৌগদৌবসি!" ওল্ড চিয়েন্না হায়রকই, নখোয়না ঐগী মরমদা খল্লিবদুদি অচুম্বনি ঐহাক অসুক চাউবা থোং অমতসু শারক্লি। অদুবু ঐনা থোং শাবদা খঙ হৈরবা মীওই কয়া অদুগা শূরি-নোম্লিবা মীওই কয়াগসু তানরে। ঐখোয়না তুরেলসি তৌদ্রিঙৈদা থোংসি শাদোক্লবদি অফবা ব্রাখল্লোন ওইগনি নীংই।"

"ঐখোয়না অপীকপা ঈশিং চঙলোইদবা পান্বে অনীতং চল্লগা মদু লৈনুংদা তৌরগা ফুম্লসি মদুদা লৈবাক লৈকলশিং শুজিল্লগা কনশিলহন্দুনা ফাউন্দেসন হৌফম ওইবা য়াগনি। অদুদগী মথক্তুদা থোংদু হৈগৎতুনা শারগা, হয়েং থোংদু লোইরবা মতুংদা কান্নদবা লৈবাকশিং অদু খোত্তোকখ্রগা লোইরে। অসুম তৌরবদি ষ্টেটকী পোৎলম কয়ামরুম ঐখোয় শীজিন্নদনা কনবা ঙমগনি।"

হায়রিবা ব্রাফম অসি ময়াম পূন্নমক্লা থাগৎনরম্মী। য়ং লিয়াংসু ব্রাফমদু থুনা লাকশিনবা ঙল্লে অদুগা থৌওংদুসু ভাব তারে। মহাক্লা মাঙজৌননা অসুম্না করিগী খলহৌদ্রিবনো? মহাকসু মফম অদুগী লৈবাক লৈহাওগী মরমদা

ফনা নীংথিজনা খঙলিবনি অদুবু শোয়হৌরিবসে ওল্ড চিয়েনগুম্না জাতি অপূনবগী রাখল মাঙদা থমদুনা খলহৌদে।

সেক্রেটরি শেন্না হরাওবা পোক্লদুনা হায়রকই, "ওল্ড চিয়েন্না হায়রিবসি চুম্মী, য়ং লিয়াং। দিজাইন্নর অমনা থবক তৌবদা মহাক্না অকোয়বগী ফিভমদু খঙবগা লোয়ননা ইমা লৈবাক্কী রাখল মাঙদা থমদুনা শূগদবনি।

নহা ওইরিবা টেক্নিসিয়ানদু ঙক শুদুনা য়ানীংবা ফোঙদোক্লম্মী।

থোং শাবগী থবক অদু থুনমক মশা পানবগুম য়াঙনা চঙশিল্লে। থুনমক থবক শূবশিংদুনা মখাগী গুনিয়াগী থবক্তু লোইশিল্লে অদুগা লৈবাক খরা হৈজিন্দুনা শুজিল্লে। মদু ঈশিং চোৎহন্দুনা তোৎলগা কনশিলহনবদদি লৈমায়দু নূংগুম্না কনশিল্লে। মসিগী মথক্তুদা অথীৎপা নুং-লৈঙোইশিংদু হৈজিন্দুনা মখোঙ হৈফমদু শেন্নে। মদুগী মথক্তা নূংশিংদু লোনখৎতুনা থোং শাগৎপা হৌরে।

তেনখ্রবা মতমগী মনুংদা থোং অদু শাবা লোইরদুনা লৈবাকশিং খোত্তোক্তুনা তুরেল খোঙনুংদু তৌবা হৌরে। ঙাক্লৌ ওইরম্বা লৈবাকশিংদু লৌথোকপ্রবসু থোং অদু মতোমদা লেপচরে।

অফবা পাউ অসি তারদুনা তাইনবা দিষ্ট্রিক্টশিংদগী লাক্তুনা থোংদু অনৌবা মওংনি হায়দুনা য়েংনররে অমসুং থাগৎনরে। খরনা থোং অদু ইশানা ইশাবু থাজজবগী, শূরি নোল্লিবশিংগী থবক অমা হেক্তা মায়োক্লবগী থৌনা ফোঙদোকপা নীংশিং খুভম অমনি হায়নরম্মী। খরনা নহা ওইরিবা আর্কিটেক্ট অদু অফবা ইঞ্জিন্নিয়ার ওইরে হায়না থাগৎনরম্মী। অসুম্না থাগৎপীবা অসিনা মাবু থৌনা হাপ্লমই অদুবু মহাক্না তত্তনা হায়জে, "ওল্ড চিয়েং য়াওদনদি ঐনা থবকসি পাঙথোকপা ওইথোক্লরোই।"

অদুম ওইনমক মীওই খরনদি থোং অদুগী মরমদা চিংনবা ফাওরম্মী। থোংদু কুইনা চৎলোই। য়ং লিয়াং হায়বসিনা তৌবা থবকসি শোয়রোই হায়বা য়াবা নৎত্রি। শারিবা মওংসিসু মঙোন্দদি পুম্নৌ নৌবা মওং অমনি হায়নরম্মী। থোং শাবা লোইরগা লৈবাকশিং অদু লৌথোকপদা থোংদু অনী থোক্লা কিচ্ছুখিদ্রা হায়না মঙোন্দা চিংনখিবনি। মহাক্না অকায়-অতোয় থোক্কদবা করি লৈরিবগে য়েংশিল্লম্মী। "লৈবাক্কী তোংখৎলিবা শরুকশিংনা মথক্তগী নমথরকপা শাফুসি পুবা ঙমগদ্রা?" মহাক্না ওল্ড চিয়েনদা হংলম্মী।

"শোয়দনা ঙমগনি। ঈশিংনা পুশিল্লকপা মসিগী লৈঙোয় মখলসি য়াম্না কনবনি অদুগা ঐখোয়নসু ফজনা তোৎখ্রিবা অদুনি। হায়রিবা মওংসিমক ঐখোয়না সমুদ্রগী লৈপলসি শেম্বদসু শীজিন্নখিবনি।"

থবক শূবা ময়ামদুনা থোং মখাদা য়োংলৈ থা থাদুনা লৈপোলদা লৈবাকশিংদু হোন্দোক্লিঙৈ মীনা মখাদু চখোক চখোক চৎশিন তৌরিঙৈদু য়ং লিয়াংগী থম্মোয়দা য়াম্না নুংনাংলম্মী। থোংদু কিম্থুরবদি কমদৌবা? থবক শূবা মীশীংদু হেন্না য়ামখৎহন্দুনা লৈবাক লৌথোকপগী থবক্তু য়াংশিল্লম্মী। ৱাখলদা নুংনাংবগা লোয়ননা মহাক্না থবক শূরিবশিং অদুনা লৈবাক কোখোক্লিবদু লেংজুম য়ৌরকপা মতমদা থোং অদু কূপ্না য়েংলম্মী। থোং অদুগী হেক ময়ায় চবুকমক্তদা য়েৎ ওইরপ্না ময়ি অমা চিংখায়রিবদু থেংনরুরে। অকিবা ৱাখল অমনা মাগী থোপ্তা য়ৈরম্মী, থোং অদু নীংখায়গদৌরে হায়না খল্লম্মী। মহাক্না লাউরম্মী, "মখাদা লৈরিবা খুদিংমক হন্দোকউ, হন্দোকউ! থোংসি কিম্থুরক্কদৌরে।

মখাদা থবক শূরিবশিং অদুদি করি তৌরবগে খঙদবনা চেম্থোক্লরক্লম্মী। অদুবু ময়ামদুগী ওন্ন তৈনবদা ওল্ড চিয়েননা থোং অদোমদা চঙশিল্লম্মী।

"খুদোং থীনিংঙাইহনি নঙনা তৌরিদু, ওল্ড চিয়েন।" য়ং লিয়াংনা খোঙ থীল্লদুনা লাউরকই।

জ্ঞান মপূং ফারবা টেক্নিসিয়ান অদুনা হায়রকই, "অসিগুম্বা খজিক খরাক ময়ি চৎপা অসিনদি করিসু কায়রোই।" থোং অসিমক্তি ঐখোয়গী ৱাখল্লোন অদুমক্কী মমি অমনি লৌবা য়ারবনি। মহাক্নসু অমুক থোং অদু য়েংশিন খোৎচিল্লে। থবক শূরিবশিং অদুগসু তাথোক তাশিন তৌনরে অদুগা য়ং লিয়াংগসু কূপ্না তান্নরম্মী। অদুদগী থবক শূবশিংদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "ঐখোয় অমুক থবক হৌরসে।"

তুরেলগী শরুক্তু তশেংনা শেম্বা লোইশিল্লক্লে। ইকোন কোনবা ওইনা য়েংশিল্লবা মতুংদা থোং অদু খ্বায়দগী ফবশিংগী মনুংদা অমা ওইরে হায়না মোৎ পীনরে।

থবক শূবা ময়াম অদুনা হরাও তয়াম্বা ফোঙদোক্লবগী খোঞ্জেলনা থবক মফমদু ইরাং লাওলম্মী। "লোং লিভ চিয়ারমেন মাও" হায়বা ৱাহৈনা মালংদা তিল্লরে।

য়ং লিয়াংগী মখুত্তু চেৎনা পায়শিল্লদুনা পার্টি সেক্রেটরি ওল্ড সেন্না হায়রকই, "মরূপ, নহাক্না থবক অসি শীংথাবা য়ানা মায়পাক্না পাঙথোক্লে।"

মমীৎ অনীদা পিরাং ঈহৌরদুনা নহা ওইরিবা টেক্নিসিয়ান লিয়াংনা হায়রকই, "হন্দক্কী থবক অসি ঐঙোন্দদি অচৌবা পারা অমনি। শূরি-নোম্লিবা মীয়াম, মিদল ক্লাসকী মীয়াম পুম্নমক্কী জ্বান্না তাশিন্দুনা শাবা থোংনি হান্দক্কীসি। অদুগা ওল্ড চিয়েনগী খুদোল অমসুনি।"

"সুপ্পৎ নত্তে!" ওল্ড চিয়েন্না হায়রকই, "থোংসিগী আর্কিটেক্টতি নহাক্নি।"

অনীদুগী ৱারীদুদা ওল্ড সেন্না য়ং লিয়াংদা হায়রকই, "মরূপ! নহাক্না অচৌবা থোংসি শাবদা অচৌবা থৌদাং লৌরে। ঐখোয়দা চিয়ারমেন মাওনা পাউজেল্লম্বা "পাক শন্না কলেজশিংদা লাইরিক লাইশু তম্লিবা ছাত্রশিংনা মখোয় মশামক শূরি-নোম্লিবা প্রজাশিং, সিপোইশিং পুম্নমক্না খূৎশম্নৰা চৎমিন্নগদবনি। অনৌবা ৱাখল্লোন পুথোক্লিবা মখোয়দুসু শূরি নোম্লিবশিংদগী পারা তমগদৌবনি। অরিবা ৱাখল্লোল থাদোক্লবা হোৎনগনি। অদুতদা শূরি নোম্লিবা কাঙবু অমসুং লাম্মীশিংনা নখোয়বু তরাম্না ওক্কনি, হায়বদু নীংশিংগদবনি।"

ৱাফম অসিনা য়ং-লিয়াংগী ৱাখলগী মচাক পীরম্মী। নুংশাগী মঙালদা ফুদোংদুনা লৈরিবা থোংদু য়েংলদুনা মাগী পূক্লিংদু মথুম মরাং হৌরম্মী, ৱাখল কয়ামরুম খল্লম্মী। চিয়ারমেন মাওগী পাৎতাক, "লাইরিক লাইশু হৈরবশিংনা মখোয় মশামক শূরি নোম্লিবশিংগা তোৎনা তিন্নদ্রবদি করিসু ওইথোকপা য়ারোই" হায়বা ৱাহৈদুনা নাকোংদা নিল্লরে। মসিনা মাবু মীৎয়েং থৌহল্লম্মী অমসুং মনুং হঞ্জিন্না ঊবা ঙমহল্লম্মী। মহাক্না মীৎমাঙদা ঊরিবা থোং অসি অচম্বা নত্তে, সনাগী থোংনি, মহাকপু লৌমী শিম্মীশিং অমসুং লাম্মীশিংগা মথা তানা পূনশিলহনগদবা। ❑

---

*রুসিয়াদা 'দ গ্রেট ওক্টোবর রিভোলুসন' মায় পাকশ্নবা মতুংদা লিভোলুসনগী ঈহৌ অসি মালেমগী মফম কয়াদা কনশিল্লক্কুনা মসিনা চিনাদসু থুংলরবদা 'মাও-সে-টুং' গী লিচিং মখাদা মফমদুদগী খোঙজেল য়াঙশিল্লকখি অমসুং মসিনা মমুন ফাদুনা মায় পাক্লবদা ১৯৪৯ দা পিপল্স রিপব্লিক ওফ চিনা' শেমখি। মতম অদুদা সোসিয়েল*

অমসুং কলচরেল রিভোলুসনগা ঈরোয়ননা সাহিত্যগী লমদসু অহোংবা কয়া লাক্লুনা 'আর্ট ফোর লাইফ সেক' হায়বা অদোমদা কন্না চঙশিল্লকখি। রিভোলুসন মমাঙ অমসুং মতুংদা সমাজ অমবু অওনবা পুরকপদা দায়ত্ব লৌখিবা অইবশিং 'শিন মিন-ফু', 'ফেং-রৈ', 'পুচৌ' অমসুং ক চেন' নচিংবা কয়াগা লোয়ননা রিভোলুসনরি ষ্টোরি কয়া পুথোক্লুনা হোংনখিবা ইবশিংনি 'ইয়ান লিয়েন য়াওন' অমসুং 'হু কুব্রাং-সুং' অসি। লাইরিক অসিদা হাপচরিবা 'অনৌবা থৌদোক 'মগী পাউদম' অমসুং 'সনাগী থোং' হায়বা ব্বারীশিং অসি 'দ গোল্ডন ব্রিদজ' কৌবা খোমজিনবা ১৯৭৭ দা ফোঙখিবা লাইরিক অমদগীনি। ব্বারীশিং অসিদা চিনাদা পোষ্ট রিভোলুসনদা, পাক চাউরবা লৈবাক অদু চাওখৎপা শাগৎলকপদা য়ুম্ফম ওইবা রিভোলুসরি স্পিরিট হায়বদু করম তৌবগে হায়বদু খুদম পীদুনা উংলিবা ব্বারীশিংনি। চিনাগী মিংশিংসি ঐখোয়না হায়দোক্লিবা খোঙ্খোকসিগা খরা খেন্নবা শোয়দনা থোক্লমগনি অদুবু ব্বারীশিংসিদং পাউদম্নবা হোংনজবনি। মসিগীদমক ঙাকপিগনি।



অইবগী মিং : সনসম নবদ্বিপ

অপোকপগী মিং : সনসম ইবোতোম্বী সিংহ (লৈখিদ্রবা)

অপোকপীগী মিং : সনসম (ওংবী) ইবেতোম্বী দেবী

মচিল-ইনাওশিং : নুপা মরি অমসুং
নুপী তরুক্কী অতোনবা

লোয়নবীগী মিং : সনসম (ওংবী) সাদোকপম চাউবা দেবী

মচাশিংগী মিং : নন্দিতা (নুপী) অমসুং মালকোন (নুপা)

পোকফম / লৈফম : লমদিং, থৌবাল দিষ্ট্রিক্ট, মণিপুর

পোকপা চহী : ৩০/১১/১৯৬৯

মহৈ-মশিং : এম: এ: (ইংলিস)

লাইরিকশিং : লাইরিক অসিগা ফাইবোক ওইনা ফোঙমিন্নরিবা
শৈরেংগী লাইরিক *‘মৈবা চিংলিবা মালেম’*